# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯅꯥꯡꯀꯥ ꯃꯔꯤ ꯂꯩꯅꯕ ꯏꯁꯩꯒꯤ ꯌꯟꯇ꯭ꯔꯁꯤꯡ

# মণিপুরগী নাংকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং

## (Indigenous Musical Instruments of Manipur)





ডাঃ লাইশ্রম তেজবতি

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯅꯥꯡꯀꯥ ꯃꯔꯤ ꯂꯩꯅꯕ ꯏꯁꯩꯒꯤ ꯌꯟꯇ꯭ꯔꯁꯤꯡ

# মণিপুরগী নাংকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং

## (Indigenous Musical Instruments of Manipur)

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯅꯥꯡꯀꯥ ꯃꯔꯤ ꯂꯩꯅꯕꯥ ꯏꯁꯩꯒꯤ ꯌꯟꯇ꯭ꯔꯁꯤꯡ

# মণিপুরগী নাংকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং

## (Indigenous Musical Instruments of Manipur)

ডাঃ লাইশ্রম তেজবতি

"মণিপুরগী নাংকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং" (Indegenous Musical Instruments of Manipur) লাইরিক অসি তোঙান তোঙানবা মণিপুরগী চীং অমদি তম্মী ডিষ্ট্রিক্টশিংদগী খোমজিঙ্গদুনা ডাঃ লাইশ্রম তেজবতিনা ইজবনি।



অহানবা ফোঙবা ঃ জনুৱারি, ২০০৯;
ফংফম থোকপা হক পুন্নমক অইবীগীনি।

অফোঙবা ঃ ডা. এল. তেজপতি

ফোটো অমসুং য়েকপা ঃ
মূতুম জাপান
জোনি লাইশ্রম, সঙ্গীতা লাইশ্রম

মমল ঃ লুপা ১৫০/-

ফোটো কর্শি ঃ
মূতুৱা ম্যুজিয়ম, অন্দ্রো,
লাইময়ূম রামগোপাল শর্ম্মা
হিদংময়ূম লালকাহ্নাই শর্ম্মা
নিংথৌজম নবদ্বিপ সিংহ

মখুম অমসুং নমফম ঃ
ডিজিটেল প্রীন্টর
কৈশাম্পাৎ কৈশামথোং রোড, নম্বুল মপাল,
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

**পুন্সি লম্বী লমশাঙদা**

*হিংনবগী লাম্থেংনরম্বা,*
*নচাশিংগী হোৎনবদা*
*নুংঙাইবা শরুক থুংজখিদ্রবা*
*অপোকপা ইপাগী নফমদা*
*কচ্চরি নচাগী –*
*'মণিপুরগী নাৎকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং'।*

— নচানুপী

**তেজবতি**

# রাহৈ খরদং

Why man felt the need of Musical instruments since far remote past of his existence on this earth? রাহং অসিমকনি হৌজিক্কী মীওইশিংনা খঙনীংবগা লোয়ননা তত্তনা হংনরিবা। অদুবু শম্নপ্পা অসুম্নদি খুমনিংই – Because, it is the musical instrument that primitive man owes his inspiration to music in his life and obviously therefore music become so closely associated with his world, অসিনি শম্নম্পা পাউখুম। মণিপুরদা চীংমী তম্মীশিংগী তোঙান-তোঙানবা মখল-মখলগী Indigenous musical instrument য়াম্না লৈখ্রে। অদুবু হৌজিক্কী মীরোলশিংনদি পুম্নমক্না অসিবু কনানসু হন্না য়েংবিদরে, কাউথোক্লবসু য়াওরে – মসিমদি মখোয়না খনফম থোকই মদুদি 'These are the forerunners of the present day Modern sophisticated Musical instruments, that we see today', ইবেম্মা লাইশ্রম তেজবতিনা পুথোক্লিবা লাইরিক "মণিপুরগী নাংকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং" অসিনা লমদম অসিগী রাংতুনা লৈরবা মফম অমদি শোয়দনা মেনশিনবা ওম্নগনি হায়না খল্লি।

লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ

০৩।০১।২০০৯

# ৱাহৈ খরদং

অরিবা মতমদগী মণিপুরদা চৎনরক্লবা অমদি হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা মণিপুরী ঈশৈগা লোয়ননা শীজিন্নরীবা বাদ্যযন্ত্রশিংগী মরমদা লাইরিক ওইনা ডাঃ এলঃ তেজবতিনা ইদুনা পুথোকপা অসিদা থম্মোয়দা য়াম্না অপেনবা অমা পোকই। থবক অসি য়াম্না অরায়বা নত্তে। লাইরিক অসিদা মণিপুরদা শীজিন্নরীবা বাদ্যশিংগী শুগাইবা ৱারোল অমদি হৌরকপগী, চৎনরকপগী ওইবা শন্নম্পা ইতিহাসকী ৱারোলসু য়াওরি।

লাইরিক অসিগী য়াম্না মরুওইরিবদি ঙসিগী সঙ্গীত সাহিত্যগী লমদা লমদম অসিগী ওইনা য়াম্না অচৌবা অৱাৎপা অমা ওইনা লৈরম্বা, লমদমসিগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রগী ওইবা লাইরিক্লচিংবগী অৱাৎপা অদু লাইরিক অসিনা মেনশিনবগী থৌদাং অমা লৌরগনি। লোয়ননা মণিপুরগী ওইবা বাদ্যসঙ্গীতকী যন্ত্রশিংগী মতাংদা চর্চা তৌজনীংবা অমদি খণ্ডনীংবা মীওইশিংনা পাবা অমদি খঙবা ঙম্নবগী খুদোংচাবা অদু শোয়দনা ফংলগনি। মসিদসু নত্তনা হেন্না খুমাঙ চাওশিন্না থিজিনবা পাম্বা মীওইশিংগী ওইনসু অমুক্তা হেন্না থিজিনখিবা য়াননবগী লম্বী অমা ওইরগনি।

লাইরিক অসিদা মৈহৌরোন্দগী হৌনা মণিপুরদা চৎনরক্লবা বাদ্যযন্ত্রশিংগী মরমদা অমদি নৌনা অতোপ-অতোপ্পা লমদমদগী চঙলক্তুনা চৎনরিবা বাদ্যযন্ত্র শিংগী মরমদা শুগাইবা ৱারোল য়াওরী। অইবীনা ফোংদোক্লীবা মোত অমদা মপান্দগী চঙলকপা বাদ্যশিংনা নমহৎখিদুনা লমদমসিগী ওইবা মশাগী অশেংবা বাদ্যযন্ত্রশিংবু লায়না লৌনরক্তুনা, চৎনরম্বদগী থওইনরক্তদুনা মুৎখিগদ্রা হায়না নুংনাংবা পোক্লিবা অসিসু মতমসিমক্তদা মীয়াম্না থেংনরবা অমদি উরবা অচুম্বা ৱাফম্নি। মরম অসিনা, ইশাগী লৈজরীবা থায়নদগী চৎনরক্লবা ইরমদমগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রশিং অসিবুসু য়োকখৎপা অমদি চাওখৎহনবা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা ৱাফম্নি। মরুওইনা লমদম অসিগী ওইবা হরাও কুম্মৈ, ধর্ম্ম কর্ম্মগী ঈরাৎ থৌনি, লাই হরাওবনচিংবদা নোংচুপ লমগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রশিং কা হেন্না শীজিন্নবনা ঐখোয়গী ওইবা থবক থৌরম অদুগী মশক মওংদা য়াম্না অকায়বা, অওনবা ওইহনবদা নত্তনা ঐখোয়গী ওইবা বাদ্যযন্ত্রশিংবু নমহৎখিনবগী মরম অমসু ওইদবা নত্তে। ঈশৈগী সুর খক্ত, তাল খক্তং মণিপুরগী ওইনা শীজিন্নরগা বাদ্যযন্ত্র পুন্নমক্লা অতৈ লমগী ওইরবদি মমৈথংদা অউবা-অতাবা পুন্নমক্লা মণিপুরগী ওইবা বাদ্যযন্ত্র অমত্তা লৈজদবা, কলাগী লমদা চাওখৎতবা লম অমনি হায়না হায়রক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে।

অতোম্পা চাওখৎপা লৈবাকশিংদা মশা-মশাগী ওইনা লৈজরক্লবা ফোক ইন্সট্রুমেন্টশিং হেন্না হেন্না চাওখৎহন্ননবা, য়াম্না ফজবা মওং কয়ামরুমদা পুথোক্লুনা উৎননবা হোৎননৈ। খুদম ওইনা পঞ্জরবদা ময়াম্নসু উবিরিবা তাবিরিবা, কোরিয়াগী আরিরঙ্গ চেনেলদা উৎলিবা লোকবাদ্য, লোকগীত অমদি লোকনৃত্যগী থৌরমশিং অসিনি। কলাকারশিংনা ইশাগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রশিংবু মীরায়বা তৌদনা হেন্না চাওখৎনবা হেন্না ফজবা মওংদা মীয়ামদা উহনবা, তাহনবা হায়বসিসু মরু ওই।

মণিপুরদসু লমদমসিগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রনচিংবা অনৌবা মওংদা পুথোক্লবা ইহোৎমক হোৎনদবদি নত্তে। হান্না চৎনরক্লবা অমদি মীয়াম্না খঙনরবা ওইদ্রিবনা ডাঃ এল. তেজবতিগী লাইরিক অসিদা মশাগী মফম্মক ফংদ্রবসু হৌজিক অনৌবা যন্ত্র অনীথকসু চৎননবা কলাকার খরনা হোৎনরক্লি। যন্ত্র অনী অদুদি অমনা 'পেনাও' কৌই, পেনামক্কী মখোলগুম্মী অমদি অপিকপা পেনা অমগুম্মী, শামৈগী মরী অহুম তিংই অমদি শামৈগী চৈজিংনা লেন্দুনা খোংই। বাদ্য অসি মণিপুরদা হৌজিক লোকগীত, লোকনৃত্যনচিংবা থৌরমদা শীজিন্নবা হৌনরক্লে। বাদ্য মখল অমনা 'খোংদিং মরীগী পেনা' কৌই। শামৈগী মরী, মরী (৪) তিংই অদুগী চৈজিংগী শামৈনা লেন্দুনা খোংই। পেনামক্কী মখোলগুম্মী। চৎনবদা বাদ্য অসি খরা ব্বাৎনা শীজিন্নবা উই। হান্না লৈজবা বাদ্য যন্ত্রশিংগী মথক্তা মখোয় অদুবুসু চাওখৎনবা হোৎনবগা লোইননা, অনৌ-অনৌবা বাদ্যযন্ত্রশিংসু পুথোক্লুনা চৎনহল্লক্লবদি লমদম অসিগীসু ইশাগী ওইবা বাদ্যযন্ত্রশিং মরাং কায়না লৈজবা সঙ্গীত কলাগী লমদা বাদ্যযন্ত্রগী মপুং ফাবা লমদম অমা ওইগনি হায়জনীংই।

ঙসিফাওবদা মণিপুরদা চৎনরিবা বাদ্যযন্ত্রশিংগী মরমদা পুন্না লাইরিক অমত্তদা পাবা ফংননবা অমদি খঙবা ঙম্নবা লাইরিক লৈত্রি। সঙ্গীত সাহিত্যগী লমদা অসিগুম্বা লাইরিক "মণিপুরী নাৎকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং" হায়বা অসি ইবিদুনা মীয়ামদা কান্নবা অসি ফংহল্লিবা অইবী ডাঃ এল. তেজবতিবু ঐহাক্না থাগৎপা ফোংদোকচবগা লোয়ননা মহাক্কী হোৎনজবদা মহৈ য়ানবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা নিজরি।

ইম্ফাল,
তাং ১৯।১২।২০০৮

লাইময়ুম দেবেন্দ্রজীৎ শর্ম্মা
সেনিয়র লেকচরর,
দিপার্টমেন্ট ওফ ভোকেল ম্যুজীক
এসঃএসঃবিঃদিঃ গোভটঃ ম্যুজীক কলেজ,
ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

মণিপুরগী নাৎকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং হায়রিবা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মূতুম্বা ম্যুজিয়মগী ডিরেক্টর, ওজা বহাদুরনা অচৌবা থৌনা হাপ্পীবনি। ঐহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈ শোক ১৯৯০ গী মতমদগী ওজাগী মতুং ইন্দুনা ৱাখল্লোন মান্নবা মরুপ মপাংসিং পূন্না পূন্না চীংগী ডিষ্ট্রিক্টশিংদা ইনাৎকা শাগোন্নবা অরিবা পোৎ চৈ থিজিন হুমজিনবা অমদি লমথৈদা খিনবা লমথৈগী নুঙশিং ছাত্র অমা ওইনা য়েংশিনবা অমদি শেমজিন শাজিনবগী থবকসু য়াওজরকখি। অসিগুম্বা খোঙচৎশিং অসিদা যন্ত্রশিং অসিগী খোঙ্গুল লীদুনা খোমজরকপনি। খোমলকপা মতমদা যন্ত্রসিং অসিগা শাগোন্নবা ৱারী শীংবুল, ঈশৈ নোংমাইনচিংবা ৱারী ৱাখোঙসু লোয়নরকই। ঈশৈ নোংমাইদা খরা পামজবা থৱায় য়াওবা উবদা ওজানা থৌনা পিবিখিবনি। রিসার্স তৌবা হায়বসি করিনো খঙদ্রিঙৈদগী পঙথিদা থি, পঙখোমদা খোম্মী, ওজাগী তুং ইল্লগা। যন্ত্রশিং অসিসু মতম অমদদি মুৎখিবা য়ানা লৈরি থিজিন্দুনা ইশিন্দুনা থমহৌবা কান্নগনি হায়না ওজানা য়াম্না কন্না তাকপি। য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী ফোঙগে হায়নদি খঙবনি অদুবু লাইরিক তম্বগী হোৎনবদা ফোঙবা ঙমজখিদে। চীংগী লম খক্তা নত্তনা লমদমসিগী অরিবা চকপা খুনশিং – অন্দ্রো, সেকমাই, খুরখুল, লৈস্রান্নচিংবা মফমশিংদসু খোং অমদি পুংজাউশিংগী ৱারী ৱাখোঙ থিজিনজখি। মসিদসু নত্তনা ককচিং, শুগুনু, সনা কোনুং পন্দিত লোয়শঙগী পন্দিতশিং, মরী লৈনবা ওজা গুরুশিংগী মফমদগী হংজ-তান্নজদুনা ৱারী ৱাখোঙ কয়া অমসু লৌজখি।

পুথোকচগদৌরিবা লাইরিক 'মণিপুরগী নাৎকা মরী লৈনবা ঈশৈগী যন্ত্র শিং' হায়বসি মালেমগী চৎনরিবা ঈশৈগী যন্ত্রশিংগী চৎন-কাংলোনগী মখাদা লমসিগা চাশিন চুশিন্নবা মওংদা মিং থোন্দুনা থমজবনি। নাট্য শাস্ত্রদা ভারত মুনিনা খুঃ অনীশুবা চহীদা ঈশৈগী যন্ত্রদা মখল মরী খায়দোক্লম্মী। (১) অবন্ধ (অথীনবা) (২) দ্যান (অয়েবা), (৩) সুষিরা (অকাম্বা) অমদি (৪) তত (মরী পানবা) লাইরিক অসিদসু যন্ত্রগী মশক মওং খেন্নবগী মতুংইন্না মখল মঙা থোক্না খায়দোকই। হায়রিবা মখলশিং অসি মালেমগী ওইনা মান্নরবা মেমব্রাফোন নৎত্রগা দ্রম হায়বসিগী মনুং চন্না য়েন-থীন্নবা যন্ত্র হায়না মখল পীরি। অনীশুবদা কোরদোফোন নৎত্রগা ষ্ট্রিং হায়বসিগী মনুং চন্না অরেনবা যন্ত্র (লেন্নবা যন্ত্র), অহুমশুবদা এরোফোন নৎত্রগা য়িন ইন্সট্রুমেন্ট হায়বসিগী মনুং চন্না অখোংবা অমদি অকাম্বা যন্ত্র হায়না মমিং পীরি। মরীসুবদা ঐদিওফোন নৎত্রগা শোলিট হায়বগী মনুং চন্না খীংনবা অমদি খৎনবা যন্ত্র হায়না মমিং থোন্দুনা থম্লি। মসিদসু নত্তনা অতোম্পা মফমশিংদা ফংদ্রবা লমসিগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লে হায়না থাজনরিবা চকপা খুন অন্দ্রো

অমদি ফয়েংদা শীজিন্নবা পূং লৈত্রিঙেগী পূংগী মহুৎ শিনবা যন্ত্রনি হায়না লৌনরিবা খোং নৎত্রগা হোওন অসিবু শুনবা যন্ত্র হায়না মমিং পীদুনা অহানবা মখল ওইনা থমজরি। শুনবা যন্ত্র হায়বসি লমসিগা চান্নবা মওং মতৌ লৌরগা থোনবনি। পূংগী মহুৎ শিনবা যন্ত্রনি পূংগী মশক্তি হায়না লৌনরবসু মালেমগী ওইনা পূংগী ৱাহল্লোক পীবদা যন্ত্র অসিগা খরা খেন্নবা লৈবনা য়েন-থীন্নবগী মনুং চন্দনা তোঙান্না থম্বনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা যন্ত্রশিং অসি লমসিগী অশুনবা মতমদগী নাংকা শাগোল্লদুনা লাকপা ঈশৈগী যন্ত্রশিংদা য়ুমফম ওইবনি। লাইরিক অসিগী মপূং ওইবা মীৎয়েং, মিংথোল, ৱারী ৱাখোঙ পূম্নমক মিথ শিংদা য়ুমফম ওইবনি।

লাইরিক অসিগী মচাক খোম্বদা মতেং পাংবিরকখিবা ঐগী মরুপ মপাংশিং মিং ওইনা পঞ্জরবদা লাইশ্রম ইনাউচা, ময়াংলম্বম চাউবা, গোপে শর্ম্মা, অখাম দোমরেন্দ্র, রাজকেতন, লাই ইমো, মখোয়শিং অসিগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মসিদসু নত্তনা ঐগী য়ুমগী ইবুং-ইপ্পাশিংনসু অচৌবা মতেং পাংবিদুনা মচাকশিং খোম্বদা অপনবা লৈতবগা লোয়ননা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজরিবনি। ৱারী শীবিরকপা অহলশিং অদুগী মমিং মথাশিং হংবা হঙ্গোইদুনা কয়া কন্না ইশিনদে, নিংথৌনি, ওজানি মহাক্তা অসুম অসুম তৌই হায়বদি খঙলকই মদুনা ৱারী মপূম শাগৎপসু য়াওই। ফোটো পিবিরকখিবা মরুপ মপাংশিং অমদি ফোটো নম্বিখিবা ইবুংঙোশিং, মুতুম জপান, জোনি লাইশ্রম, সঙ্গীতা লাইশ্রমনচিংববুসু থাগৎচরি। অন্দ্রো কলচরেল কম্প্লেক্স ম্যুজিয়মদগী মরুওইবা ফোটো নমহনবিদুনা চাউনা মতেং পাংবিবতা নত্তনা মথুম অমদি মনুংদা লাইশিং য়েকপিরিবা মুতুৱা ম্যুজিয়ম, ডাইরেক্টর মুতুৱা বহাদুর ওজাবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোয়ননা অচৌবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে। অশোই-অঙাম, ৱাহৈ ৱাতা খরা য়েংশিনবিনবা হায়জরুবদা চাউনা মতেং পাংবিরকখিবা ওজা ইবুংঙো প্রোফেসার ওয়নাম ইবোচৌবা সিংহ দিন ওফ হ্যুমেনিটিজবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী ৱাহৈ ৱাতা, অশোই অঙাম য়েংশিনদুনা লাইরিক অসিগী মরমদা ইবিরকখিবা মণিপুরগী অমত্তা ঙাইরবা ম্যুজিকোলোজিষ্ট লাইশ্রম বিরেন্দ্রকুমার অমদি গোভর্নমেন্ট ম্যুজিক কলেজগী সেনিয়র লেকচরর শ্রী লাই ময়ুম দেবেন্দ্রজিৎ শর্ম্মবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

অরোয়বদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা অমদি পৃক্লীং থৌগৎপিখিবা পূম্নমকপু পূকচেল শেংনা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী শরুক্তা অশোয়-অঙাম য়াওরবসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগে।

ডাঃ লাইশ্রম তেজবতি

# হীরম লামায়

১। ব্রাহৌদোক - ১

২। শুনবা যন্ত্র - ৫

[খোং, হোওন]

৩। য়ৈন-থীন্নবা যন্ত্র - ১১

[তানয়ৈপুং, লাংতৈপুং, খুনবুং (খুনপুং) লাইবুং (লাইপুং), পানা পুং, মৈতৈ পুং, ধুলোক, খোল, শেন, শেঙ্খুং, কাংশী, তরংকাং, তিংকুং, সারেমচি]

৪। অরেনবা যন্ত্র - ২৯

[পেনা, তিংতৈলা, সিরাংদার]

৫। অখোংবা অমদি অকাম্বা যন্ত্র - ৪০

[তৌদ্রি, বাঁশী, থরাউচি, পেরে, মোইবুং, পেংকুল (বেঙ্গুল), রালোইচী, লীলম, রোসেম, হ্লেমলৈ, কানলু, থৈফিট, হাকাই, রেলঅরু]

৬। থীংনবা অমদি খৎনবা যন্ত্র - ৫৭

[শরীক, য়োৎথীংবা, ঝান, মাঙ্গং, মন্দিলা, করতাল, রামতাল, ওলোবী কাদা, রু-পেরকোং]

৭। যন্ত্রশিং শাননবগী থৌরাং অমসুং থৌওং - ৬৫

৮। থাজনবী অমসুং তৌহৈদবা - ৭৩

৯। ব্রাইরোইশিন - ৮০

# ব্রাহৌদোক

ঈশৈগী যন্ত্র মীওইবা জাতিনা ফুরূপ অমা নাইনা মালেম অসিদা খুন্দাবা হৌরকপদগী মখোয় মখোয়গী সংস্কৃতিগা থাদোক্নবা য়াদনা ঙসিফাওবা লাকলি। মণিপুরদসু যন্ত্র কয়া য়েলহৌঙৈদগী লমদম অসিগী সংস্কৃতিগা থাদোক্নবা য়াদনা লাকলি। মণিপুর ভারতকী অব্রাং নোংপোক চিদাইদা লৈবা অপিকপা লৈবাকনি। লমদম অসি মরাক্তা ময়ুংগা চাংদম্নবদা ময়ুংনা ঙম্না লৈবা লৈবাকনি। লৈবাক অসিগী অব্রাংথংবা লেটিচ্যুৎ ২৩°৫০' দগী ২৫°৪২' অমসুং নোংপোক থংবা লোঙ্গিচ্যুৎ ৯২°৫৮' তগী ৯৪°৪৫' ফাওবগী মনুংদা লৈ। লৈবাক অসিগী অব্রাংদা নাগালেন্দ নোংচুপ্তা আসাম, খা-নোংচুপ্তা মিজোরাম অমসুং মখা অমদি নোংপোক্তা ম্যানমার লৈবাকশিংনা কোইশিন্দুনা লৈ। মহৌশাগী ফিভম, লৈমায়গী মওং অমসুং অইং অশাগী মতুংইন্না লৈবাক অসি মপূমদা শরুক অনী থোক্লা হায়বদি চীং অমসুং তম হায়না খায়দোকপা য়াই। চীংশাংগী মরক্তা নোংচুপ্তা কৌব্রু অমসুং থাংজিং অদুগা নোংপোক্তা মপিথেন পনবা য়াই। বরাক তুরেল অমদি মশা মরেংশিং ওইরিবা ইরং, মক্রু, জিরি অমসুং তুইবাই তুরেলশিংনা নোংচুপ থংবা চীংগী লমদা অদুগা ম্যানমারগী 'য়ু' তুরেলদা তাবা তুরেল মচাশিং মরু ওইনা অখোং-লোক, লাইনীংলোক, চম্মু, সনা লোক, খুনু-খোং, মাক্রুং-খোং, তুয়ুংবী, তুরেৎ, লোকচাও, তুইশাদুঙ অসিনচিংবশিং অসিনা নোংপোক থংবা চীংগী শরুক্তা চেল্লি। তম্পাক্কী শরুকনা মরু ওইনা মণিপুর (ইরিল) তুরেল অমদি মশাশিং - ইম্ফাল তুরেল, থৌবাল তুরেল, সেকমাই তুরেল, খুগা অমসুং চকপী তুরেলশিংনা ঈশিংগী ঈচেল ওইরি। অব্রাং থংবা মাইকৈদা লৈবা তেনিপু (ইশো) চীংশাংনা সমুদ্রগী ঈমাইদগী মি: ২,৯৯৪ (ফুট ৯,৮২৪) ব্রাংদুনা লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী ব্রাংবা চীংদোল ওইরি। তম্পাক্কী শরুক অসি চাংচৎতা চাউরাক্লা সমুদ্রগী ঈমায়দগী মি: ৭৯০ মুক ব্রাংই। লৈমায়গী ফীভমগী মতুং ইন্না নোংপোক, নোংচুপ অমসুং খাদা নেমথৈ। অপূনবা মীশিং ইং ২০০১ গী সেনসস রিপোর্টকী মতুং ইন্না ২২,৯৩,৮৯৬ নি। ডিষ্ট্রিক্ট ৯ থোক্লা খায়দোকই, মখোয়শিং অদুদি ইম্ফাল ইষ্ট, ইম্ফাল ৱেস্ট, থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট, চুড়াচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্ট, তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্ট, সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্ট, উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং চান্দেল ডিষ্ট্রিক্ট নি।

মহৌশাগী ফীভম, লৈমায়গী মওং অমসুং অশাবগী মতুং ইন্না মণিপুর অসি মপূমদা শরুক অনী থোক্লা, চীং অমসুং তম হায়না খায়দোকই। তম্পাক্কী লমদা মরু ওইনা মৈতৈ, মৈতৈ পাঙল, মৈতৈ বামোন, রাজকুমার অমদি চকপশিংনা খুন্দাই। চীংগী লমদনা ভারত সরকারনা শকখঙলবা তোঙান তোঙানবা চীংমী কাংলূপ ৩৩ না খুন্দাই। মখোয়শিং অদুদি অনাল, আইমোল, অঙ্গামী, চীরু, চোথে, গাংতে, মার, কবুই, কাচা নাগা, কোইরেং, কোইরাও (থাঙ্গাল), কোম, খারম, লমকাং, মাও, মরাম, মরিং, মিজো, মোনশাং মোয়োন, পাইতে, পাউমাই, পুরুম, রালতে, সেমা, সিমতে, সালতে (সুকতে), তাংখুল, তারাও, থাদৌ, ব্রাইফে, এনিকুকি অমসুং জৌ অসিনচিংবনি। হায়রিবা কাংলূপশিং অসিদা নত্তনা সংবিধানদা চন্দবা ফুরুপ মচা কয়ামুকসু লৈরি।

চীংগী কাংলূপশিং অসিদসু মখোয় মখোয়গী মশাগী ওইবা তোঙান তোঙানবা ঈশৈগী যন্ত্র য়াম্না মরাং কায়না শীজিন্নরম্মী, হৌজিক্তি অয়াম্বা থাদোক্লরে।১৯ শুবা চহীচাদা খৃষ্টান লাইনীং লৌরবা মতুংদা চীংগী মীশিংনা মখোয়গী হাম্নগী চৎন-লীচৎ থাদোরকপগা লোয়ননা হান্না শীজিন্নরম্বা যন্ত্রশিংসু তপ্না তপ্না থাদোক্লরকই। অরেনবা যন্ত্রশিংগী মহুৎশিনবা ওইনা গিটারনা মহুৎ শিল্লকখি। হান্না লৈজরম্বা পুংজাউশিংগী মহুৎতা অপিকপা পুংনা মহুৎ শিল্লকখি। কুম্মৈ হরাওগী মতাংদসু হান্নগী চৎনবী ওইনা লৈজরম্বা মশক য়াম্না হোংদোক্লরকখি। অদুবু যন্ত্রশিং অসিদা অরি অনৌ শিন্নবগী ফজবা মশক অমদি লৈতবসু নত্তে।

তম্পাক লমদা লৈরিবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং অসি শরুক অনী থোকনা খায়দোক্কুনা য়েংবা য়াই। অহানবদা মৈতৈশিংগী মশাগী হান্না লৈজরম্বা যন্ত্রশিং অমদি অনৌবা অমা ওইনা হিন্দু লাইনীংনা মপূং ফানা লৈবাক অসিগী লাইনীং ওইরবা মতমদা চঙলকপা, অমদি নিংথৌরোলশিংগী মতম মতমদা পুশিল্লকপা যন্ত্রশিং।

মণিপুরগী তম্পাক্কী লমদা মরু ওইনা মৈতৈশিংনা মশীং য়াম্না খুন্দাই। মসিগী মনুংদা বামোনশিং অসিনা মৈদিংঙু ক্যাম্বা খৃ: ১৪৬৭ - ১৫০৮ দগী চঙলকপা হৌরকখিবগা লোয়ননা নিংথৌরোল কয়াগী মতমদা চঙলক্কুনা লমদম অসিগী নিঙোলশিং লৌদুনা খুন্দা লৈতাদুনা মৈতৈ খুনাইদা পূনশিনখি। মৈতৈ পাঙলশিং অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম খৃ: ১৫৯৭ - ১৬৫২ দা লানফা ওইনা ল্যাকপদগী মণিপুরী নিংঙোলশিং পিদুনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈহনখি। গরিবনিবাজ মহারাজগী মতম খৃ: ১৭০৯ - ১৭৪৮ দা হিন্দুগী লাইনীংনা লৈবাক অসিগী চপ চাবা লাইনীং ওইরবা মতমদা মখোয় মখোয়গী মশিনগী মতুং ইন্না য়ূম্লাক শাগৈসু থায়দোকলম্মী। লমদম অসিদা চঙলকপা মীওইশিংগী

মরমদা ইশিন্দুনা থমলম্বা অরিবা খূৎই লাইরিকশিং থরদং পনবা তারবদি *নোংচুপ হারম, নোংপোক হারম, চিংভুরেম্বী খোঙলূপ, চিঙুরেম্বী নাউহন, ময়াং তেখাওলোন, কালিসালোন, বামোন খুম্লেক লোন,* অমদি *উখোংশাং লোন* অসিনচিংবা লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা পল্লি।

লমদম অসিদা তোঙান তোঙাননা চঙলকখিবা মীওই কাংলূপশিং অমদি ধর্ম্মগী শাফুশিংগী মতুং ইন্না ঈশৈগী যন্ত্রশিং অসিদসু অহোংবা কয়া লাকপগা লোয়ননা চাওখৎলকখি অমদি মশীংসু য়ামখৎলকখি। লমদম অসিগী খ্বাইদগী লিরবা উপূম অমগী মবুক্তা শাংনা কোৎথোক্তুনা শেন্নগা মপান্দা শুরগা মখোন থোকহনবা যন্ত্র, অদ্রোনা 'খোং', ফয়েংনা 'হোওন' হায়রগা খঙনবা যন্ত্র অসিনি। যন্ত্র অসি উ মপূমদগী কোৎথোক্লগা মমায়না শউন তিংলগা শীজিন্নবা পূং লৈত্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরম্বা যন্ত্র অমা ওইরমগনি হায়না লৌনৈ।

লমদম অসিদা ঈশৈগী যন্ত্র শীজিন্নবা হৌরকপগী চপ চাবা ৱাপা পীবা য়াবা রেকোর্ডনচিংবা পুথোকপা ঙমদ্রবসু খূৎই লাইরিক, *নুমিৎ কাপ্পা, লৈথক লৈখারোল, চকপা তিংশাংলোন, পাম্থোইবী খোঙ্গুল*নচিংবা য়েংলুরগদি থেংলবদা অহানবা চহী চাদগী শীজিন্নবা হৌরে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মসিদসু নত্তনা *চৈথারোল কুম্বাবা,* (রোয়েল ক্রোনিকল) *নিংথৌরোল লম্বুব*নচিংবা লাইরিকশিংদা খুয়োইতোপোক্কী মতম খৃঃ ১৫৪-২৬৪ দা পূং অসি মরু মনাউ নাইনা মওং তানা তিংবগী ৱা পল্লি। পল্লিবা ৱাফমশিং অসিনা য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা লমদম অসিদা ঈশৈগী যন্ত্রশিং শীজিন্নবা হৌরে হায়বসি খঙবা ঙম্মী।

নিংথৌরোল মথং মথং পাল্লকপনা মতম মতমদুগী নিংথৌশিংনা মাগী মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মতুং ইন্না অতোপ অতোপ্পা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা মরুপ মপাং ওইনবত নত্তনা ঙাই শেন ফাওবা ওইনরকই। অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মরুপ মপাং ওইনরকপদগী লমদম অসিদা ধর্ম্ম অমদি রাজনীতিদা অওনবা কয়া লাকপত নত্তনা ঈশৈগী যন্ত্রশিংদসু অহোংবা লাকই। য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা মরুপ মপাং ওইনবত নত্তনা যন্ত্র খোংবা মীওইশিংসু শিন্নবা অসি তৌনরকই। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতম খৃঃ ১৪৬০-১৫০৮ দা পোং নিংথৌ চৌফাখেখোম্বগা মরুপ ওইনবদগী মৈতৈ পূং য়ৈবা, বাঁশী খোংবগা পোংগী পেরে খোংবগা শিন্নখিবগী ৱা *চৈথারোল কুম্বাব*দা ইরি।

অসুম্না নিংথৌ মথং মথং পাল্লকপনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ দা নোংচুপ হারম অমদি নোংপোক হারমদগী মীওইশিং পূনদুনা লমদমসিদা

যন্ত্রগী অহোংবা কয়া লাকহনখি। মৈদিংগু অসিগী মতমদগী কীর্ত্তনিয়া অমসুং হিন্দু বৈষ্ণবশিংনা শেমগৎচরকখিবা অনৌবা সংকীর্ত্তনদি মৈতৈগী সুর লয় অমদি নাংকী শরুক খরা খরা চণ্ডশীনখিদুনা নট পালা হায়না খণ্ডনরকখি। লৈমা নিংথৌকোন য়ৌরক্নুনা চরাইরোংবা মহারাজগী মতম খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯ দগী জয়শ্রী গরিবনিৱাজ মহারাজ খৃঃ ১৭০৯-১৭৪৮ মতমদদি সংকীর্ত্তননা পোকপা অমসুং শিবগী থৌরমশিংদা চপ চাবা থৌদাং য়াররে।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতম খৃঃ ১৭৫১-১৭৬২, ১৭৬৩-১৭৯৮ দা চপ চানা হিন্দু লাইনীং অসি মরা চেৎনা মহৈ য়ানবদা নত্তনা জগোই রসনচিংবা লিংখৎতুনা মৈতৈতগী ওইনা ফাওরিবা মরু মনাউ নাইবা মৈতৈ পূং হায়না মিংথোন্দুনা পৃথিবীদা লমদমসিবু মশক তাকপদা অচৌবা শরুক য়ারি। মসিদসু নত্তনা হোলি পালা কয়াসু শেমগৎতুনা ধুলোক্কী মফম অমসু থমখি। সংকীর্ত্তন পালাশিংদা তোণ্ডান তোণ্ডানবা মমিং থোন্দুনা রাজর্ষি মশামক য়াওনা পূং চোলোমগী অমদি ফিজেৎ লৈতেংগী ফজবা মশক অমসু পুথোরকখি। মসিদসু নত্তনা সনা হাক্তক অসিদা ঝান, মঙ্গং, করতাল মন্দিলানচিংবগী শীজিন্নফম থমদুনা যন্ত্র অমা ওইবগী মশক তাকপা হৌরকখি। যন্ত্রশিং অসি হেন্না চেকশিন্না অমদি মওং তানা শীজিন্নগদৌরিবা মী মী অদুগী মওং য়েংলগা ফজনা শেম শাবা ঙম্বা খুৎহৈবা মীসু থমলকই। তোণ্ডান্না পূং তিংফম অমদি শাফম লৈ। সংকীর্ত্তন পালাশিংগীসু সনা কোনুংদা লোয়শঙ লিংদুনা থম্মী। মসিদসু নত্তনা সনা কোনুংদা হৌজিক ফাওবা মতম খণ্ডনবদা য়ৈবা পূং, তানয়ৈ পূংবু পান্নবা লোয়শঙ হায়না, নিংথৌরোল কয়াগী মতমদা চৎনরকপদু হৌজিক ফাওবা ঙাক্তুনা থন্নী। পেনা লোয়শঙ অমদি পালা লোয়শঙ হায়নসু লিংদুনা সনা কোনুংদা লৈরি। লোয়শঙশিং অসিবু পান্নবা তোণ্ডান তোণ্ডানবা ফম হাপ্তুনা ঙসি ফাওবা চৎনরি ঙরুরি।

চীং অমদি তম অনীমক্তা শীজিন্নরিবা যন্ত্রশিং অসিগী মাগী মাগী শীজিন্নফমগী মতুং ইন্না মখল মঙা থোক্না খায়দোকচদুনা নৈনজরি। মখলশিং অদুদি : ১) শুনবা যন্ত্র, ২) য়ৈন-থীন্নবা যন্ত্র, ৩) অরেনবা লেন্নবা যন্ত্র, ৪) খোংনবা (অখোংবা অমদি অকাম্বা যন্ত্র), ৫) থীংনবা অমদি খৎনবা যন্ত্র।

# শুনবা যন্ত্র

শুনবা যন্ত্রশিংগী মনুংদা 'খোং' হায়রিবা যন্ত্র অসিসু উপূম অমগী মবুক্তা শাংনা কোংথোক্লগা, কোংথোক্লিবা উপূমদুগী মপান্দা শুদুনা মখোল থোকহনবা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসি লমদম অসিগী খ্বাইদগী লিরবা যন্ত্র মখল অমনি। অন্দ্রো অমদি ফয়েংদা নত্তনা অতে মফমশিংদা শীজিন্নদবা য়াম্না তাঙলবা যন্ত্রনি। যন্ত্র অসিগী মমিং ফয়েংনা 'হোওন' হায়রগা খঙনৈ অদুগা অন্দ্রোনা 'খোং' হায়না কৌনৈ। যন্ত্র অসি য়াম্না লিরবা পূং লৈত্রিঙৈগী যন্ত্রনি হায়নসু লৌনৈ। খোং হায়বগী ব্রাহনথোক্তি পূং হায়বনি। 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' লাইরিক্তা শেল্লোয় লংমাইশিংনা পূঙবু 'খোং' হায়না খঙনৈ হায়না পীরি। খৃ: ১৯৬০ দা ফোঙখিবা লৈখিদ্রবা নামৈরাকপম দিনচন্দ্র সিংহগী 'খুনুংলোনগী অর্থ' লাইরিক্তা খোংবু 'পূং' হায়না ব্রাহনথোক পীরি। ফয়েংনা শুনবা খুৎলায় অসিবু 'হোওন' হায়না খঙনৈ। মিং অসিমক চকপালোননি। যন্ত্র অনী অসি হায়রিবা চকপলম অন্দ্রো অমদি ফয়েংদা নত্তনা অতে খুন্দা ফংদবা অতাঙবা যন্ত্রনি। যন্ত্র অসি চকপা খুন অনী অসিগী লৈঙাকলোন অমদি পুন্সিরোলগসু চাউনা মরী লৈনৈ। চকপা খুনশিংগী লৈঙাকলোন অমদি পুন্সিরোল তোঙাললি, হায়রিবা চৎনরোলশিং অসি হৌজিক ফাওবা ঙাক্তুনা লৈরি।

লমদম অসিদা মমাঙঙৈদগী চৎনরকপা ব্রায়েন থৌদাগী চৎনরোলশিং মুৎথ্রবসু হৌজিক ফাওবা চকপগী খুলশিংদদি থাদোক্লবা য়াদনা হিংদুনা লৈরি। শমলপ্না হায়রবদা লিভীং হেরিটেজগী মশক অমা ওইনা মীয়াম্না য়েংনরি। চকপা হায়রগা ঐখোয়না খঙনরিবসি অন্দ্রো, সেকমাই, ফয়েং, খুরখুল অমদি লৈত্রামনি। চকপা খুনশিং অসিদা ফম্নাইবা কয়া হাপ্তুনা চৎনরি। মখোয়শিং অদুদি :- ১) খুলাকপা, ২) লূপলাকপা, ৩) খুঞ্জাহনবা, ৪) খাবম লাকপা, ৫) য়ুপানবা, ৬) পাখঙলাকপা অমদি ৭) নহারাকপা নি। লূচিংবা তরেৎ অসিনা লৈবাক্কী হি-য়াই, ব্রাখল লৌশিং পুথোকই। মখোয়না খন্নরগা লেপ্পা ব্রারেপ্পা অরোয়বনি। অন্দ্রো খুন্দদি ব্রায়েন থৌদা হেন্না খুদোং চান্নবগীদমক হায়দুনা পানা অনী থোক্লা খায়দোকই। মদুদি - অহল্লুপ পানা অমদি নহারুপ পানানি। অহল্লুপ

পানাদা য়ূম্লাক ৯ না শাই। নহারুপ পানানা য়ুম্লাক ১৩ না শাই। নহারুপ পানাদা য়ূম্লাক মশীং হেনগৎলকপগী মরুদি খুল অসিদা তাংজদুনা চঙলকপা য়ুম্লাকশিং পূম্নমক চল্লি। খুন্দারিবা য়ূম্লাকশিংগী পিবাগী হিংগোলদা উমংলাই ১ / ১ খুবম য়াদুনা থম্মী, পুন্না উমংলাই ১৩ নি। অন্দ্রোগী ওইনা মকোক ওইবা লৈঙাকলোইশিংনা নুমিৎ খুদিংগী কারক্তুনা তিন্নফম, খুনগী অফ-ফত্ত তান্নফম শঙ অসিবু 'লোয়শঙ' হায়না খঙনৈ। খুনগী ওইবা ব্রায়েন বিচার অয়াম্বা লোয়শঙদা তৌই। শঙ অসিদা অঙম্বা ফমনাইবা তরেৎ ফমদুনা ব্রায়েন থৌদা পাঙথোকই। লোয়শঙ অসিদা পূং, খোং অমদি মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা মুৎপা য়াদ্রবা মৈফম অমসু লৈরি। মালেম লৈশেমঙেদগী য়াওরক্লবা ইপু লৈয়ু য়ুপান্নবগী 'য়ুপূং' থোন্দুনা থমলি। লাইনীংথৌ লাইরেম্বীগী খুভমসু লৈরি। ফমনাইবা ফমফম মথং মনাও কায়দনা শঙ মনুংদা থম্মী। মরম অদুনা লোয়শঙ অসি অন্দ্রোগী খ্বাইদগী মরু ওইবা লাইনীং অমদি লৈঙাকলোন অনীগী অপূনবা মফম ওইরি। মফম অসিদা লৈরিবা মুৎপা য়াদ্রবা মৈফম অসি হৌজিক ফাওবা পনম নিংথৌগী শঙলেন্দা খুঞ্জাশিংনা য়ুমকোক্তী পাল্লি নাইনা নোংম নোংমগী পুনদুনা ঙসি ফাওবা মৈ মুৎহন্দনা লৈরি। মসিদা নত্তনা পনম নিংথৌ অমদি পুরৈরোম্বা অমসুং চিংশোম্বগা শাগোম্ননা উমং লাই ১৩ য়াওনা হরাওবগী থৌরম কালেন থাদা পাঙথোকলি। লমতা থাদা পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদদি খুল অসিগী পানাশিং য়াওদবা মীওইশিং চঙবা অমদি লাই হরাওবদা শরুক য়াহন্দনা লাক্লি। মসিগা ইরোয়ননা খুল অসিগী খুনজিন অমসুং খুনদোন অনীমক্তা লাই হরাওবা লোইদ্রিফাওবা মীতোপ চঙবসু থিংলম্মী। চৎনবী অসিবু ঙাক্লবা মরী লৈনবা মণিপুর সরকারনসু নোটিশনচিংবা থোক্তুনা হায়রম্মী। অসিগুম্বা হরাওবগী থৌরম অসিদা চকপশিংগী মরু ওইনা শীজিন্নরিবা যন্ত্র খোং, লাইবূং, খুনবূং পানাপূং, লাংতৈ পূং তৌদ্রি অমদি পেনানচিংবা অসি শীজিন্নৈ।

ফয়েং খুনগীসু চৎনবী অসি কায়দনা ঙাক্তুনা লৈরি। ফয়েংগী ওইনা হরাওরিবা লাইদি 'কৌব্রু' অমদি 'লোয়া লাকপা' লাইনি। কালেন থাদা হরাওই। অসিগুম্বা হরাওবা মতমদা চকপরোলদা হরাওবত নত্তনা হোওন অসি ঈশৈ নোংমাইগা লোয়ননা শক্তুনা শীজিন্নৈ। ফয়েংগী ওইনা 'লোয়শঙ কোয়বা' হায়বা থৌরম অসিদা হোওন অসি শুদুনা পাঙথোকই। লোয়শঙ কোয়বা হায়বা থৌরম অসিসু ফয়েংগী ওইনা তোকপা অমসুং থাদোক্লবা য়াদ্রবা চৎনবী থৌরমনি। মসিবু ঙাক্লবা খুনগী খুলাকপা, লূপলাকপা, য়ুপানবা অসিনচিংবা ফমনাইবা মশীং ব্রাৎতনা লৈরিবশিং অসিনা মাগী মাগী মশিল পুদুনা লাই হরাওই। মরু ওইনা লাই হরাওবদা পুরীবা ফমনাইবাশিংদি - খুলাকপা, লূপলাকপা, তোলোয় হঞ্জবা, তোলোয় হিদং, য়ূপানবা, খুঞ্জাম্বা, হিজংলাকপা, লৌমীলাকপা,

**লৌমিহীদং, পাখঙলাকপা, নহারাকপা, চবোন হঙবা, সেলুংবা মথোয়শিং অসিনা লাইগী থৌরম পুবা ফমনাইবশিংনি। অসিগুম্বা লাইগী থৌরম অসিদা হোওন অসি য়াম্না মরু ওইনা শীজিন্নৈ।**




লোয়শঙ ফয়েং

১। হোওন
২। লোয়শঙ পুংজাউ (লাইবুং নৎত্রগা লোয়শঙ পুংজাউ)
৩। ফম্নাইবশিংগী ফমফম (মাঙশোক)
৪। ফম্নাইবশিংগী ফমফম (ফমেন)
৫। ফম্নাইবশিংগী ফমফম
৬। ফমেন অমসুং মাঙশোক্তা পুন্না ফম্নাইবা ১৩ ফম্মি।

ফম্নাইবশিং অদুদি ঃ—

ক) খুল্লাকপা
খ) লূপলাকপা
গ) তোলোইহঙবা
ঘ) তোলোই হিদং
ঙ) য়ূপানবা
চ) খুঙ্গাম্বা
ছ) হিজংলাকপা
জ) লৌমীলাকপা
ঝ) লৌমী হিদং
ঞ) পাখঙলাকপা
ট) নহারাকপা
ঠ) চবোনহঙবা
ড) সেলুংবা

অন্দ্রো অমদি ফয়েংখক্তদা শীজিন্নরিবা যন্ত্র অসি অন্দ্রোগী ওইনা মফমদুগী খুঙ্গাশিংনা হৌজিক মৈ মুৎহন্দনা থমলিবা পনমনিংথৌগী শঙলেন দা লৈরি। খোং অসি খুনগী অনকপা চীংদা ফংবা চীং য়েনশিন কৌবা উনা শাবনি। ফয়েংগীনা লৈহাও অমদি উনিংথৌনা শেম্মী। অন্দ্রোগী উপূম অমদা শাংনা কোৎথোক্লগা শেম্বনি অদুগা ফয়েংগীনা জিক-জাক লাউবা মওংদা মখুল অহুম থোক্লা হুৎপনি। থম্বগী মওংসু খেন্নে অন্দ্রোগীনা শঙলেনগী মনীংথংবা শরুকতা থম্মী অদুগা ফয়েংগীনা শঙলেনগী মমাঙথংবা শরুক্তা থম্মী। কোৎথোকলিবা মওং অসি নৈনরগদি ফয়েংদা শীজিন্নরিবা হোওন দগী অন্দ্রোগী খোংনা হেন্না লিরবা যন্ত্রনি হায়না লৌগনি। খোং অসিদা শুগদবা মচৈদি উ অমনা হেক্তা শেম্বা য়াই। অপিকপা খূৎনা পায়বা য়াবা উ পাম্বীদগী লৌরগা মচৈ ৭/৭ না খুজিং ওইরগা মচৈ ২১ শেমগনি। খোং মশা অসিদি হোংদোক হোংজিন, লেংথোক লেংশিন তৌবা য়াদে, নুমিৎ থা মশক উবা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। হায়রিবা খোং অসি য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লে হায়না অহলশিংনা ঙসিফাওবা লৌনরি। মখোয়গী থাজনবীদা খোং অসি নিপা নুপীগী অনীগী মশকনি হায়না লৌনৈ।

অন্দ্রোগী খোং শুবগী মতমদি লমতা থাদা পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা শুগনি। খোং অসি শুবা মতমদা ঈশৈগা লোয়নননা শক্লুনা শুগনি। মসিবু শুগদবা মীওইদি মীশক খল্লি। ময়ূম পাল্লবা নিপা তরেৎনা শুগনি অদুগা খোং অসিবু শুবগী মরম খঙবা মীওইসু ওইগনি। ফয়েং খুন্দনা মরু ওইনা লোয়শঙ কোয়বা হায়বা থৌরম অসিদা শুগনি। থৌরম অসি কালেন থাগী থা পানখৎলকপা মতমদগী পূর্ণিমা ফাওবগী মনুংদা অফবা নুমিৎ অমা লেপ্পরগা পাঙথোকপা থৌরমনি। থৌরম অসিদা হায়রিবা হোওন অসি ঈশৈগা লোয়নননা শক্লুনা শুগনি। হোওন অসি শুবগী অখন্নবা মীওই লৈতে। মরু ওইনা পাখঙ লৈশাবীনা শুগনি, মৌ য়াওবা য়াদে। হায়রিবা হোওন অসি অন্দ্রোগুম্না নিপা নুপী অনীগী মশকনি হায়বগী থাজনবী লৈ। পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা খোং অসি শুবগী খোম্লোকতি:

খোং - খোং

খোং - ত্রোক খোং

খোং - ত্রোক ত্রোক খোং

খোং - ত্রোক ত্রোক খোং হায়না শুই।

খোং শুবদা শকলিবা ঈশৈশিংসি চকপা লোন্দা শকপনি। ঈশৈশিংসি লোইনা হায়দোকপা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। খুনগী অহলশিং অমত্তনা লোইনা ফাবসু ওইদে। মচেৎ মচেৎ খঙনৈ। হরাওবা নকশিলক্লবা মতমদা পূম্না ফমম্নিন্নদুন ঈশৈ ওরাইমিম্নৈ। ঈশৈশিং অসিগী অহৌবা মকোক খরা পনজরবদা :

হো ... হো ... (৩)

হোয়ে হোয়ে হোয়ে হায়না অসুম্না হৌদুনা শকনৈ।

খোং অসি শুবা মতমদা অখঙবা নিপা অমনা হল্লগা ময়াম্না খুমদুনা শকই। মসিদা শকলিবা ঈশৈসি মরুওইনা লৈবাক মরা তপ্পবা খুঞ্জাও লৈচাউনবা, চাকহোঙ ঙাহোঙনবা, তেকপী ওককোন থন্নবা, কাইরৈ য়েনগোন থন্নবা অমদি নিংথৌ পুন্সি নুংশাংনবা শকপা ঈশৈনি।

ঈশৈগী মরোলশিং অদুদি :

হাংপিয়ো এ শঙলেনয়াইগী লাইনিদা
হালেঙচাদি খাবমনা হঞ্জোক চাদি লাইফম না
লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি খুনজাওনবা শুবনি
খুলহোঙনবা শুবনি লৈবাক মরা তানবা
নিংথৌ মফম চেৎনবা লাইনিংথৌ খোংবু
শুবনি হৈ, হৈ, হৈ।

ময়াম্না :

হাংপিয়ো এয় শঙলেন
য়াইসিদা লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি
তেকপী ওককোন থন্নবা কাইরৈ য়েনকোন
থন্নবা, কাওরেন শঙ্গোন থন্নবা কোরৌ
কান্ন-ব্রাৎলগা নমু মীনা থোইনবা
লাইনিংথৌ খোংবু শুবনি হৈ, হৈ, হৈ।।

অসুম্না অব্রায় অখুম তৌনা শক্রুনা খোং অসি শুই। অন্দ্রো অমদি ফয়েংগী খোং শুবগী ব্রাখললোন খরা খেম্নৈ। ফয়েং খুন্দা মরুওইনা লোয়শঙ কোয়বা হায়বা থৌরম অসিদা লৈশাবী পাখঙশিংনা ঈশৈ হন্নরগা শক্রুনা শুবনি। ফয়েংগী হোওন অসি শুবগী পন্দমদি থকসি-খাসি ঙাকপা অমদি চাদা নাউদা শনদোকনবনি।

লোয়শঙ কোয়বগী থৌরম অসিগী মপুং ওইবদি লাইগী শঙলেন অমা মগোৎ মচৈ, ই, ব্রাচেৎ, পয়ানচিংবা লোইনা পৈশিল্লগা নোংমতদা লোইনবা শারগা শঙলেন অদু শঙ্গাবগী থৌরমদা পাঙথোকপা কুম্মৈনি। থৌরম অসি নুমিৎ মঙানিদগী হেনবসু য়াদে ব্রাৎপসু য়াদে। থৌরম অসিদা হায়রিবা যন্ত্র হোওন অসি নিপা নুপী পূন্না ঈশৈ শক্তুনা অখঙবা নিপাশিংনা শুই। মমাঙঙৈদদি হায়রিবা লোয়শঙ অসি শঙ্গাবগী কুম্মৈ অসি তোয়না থোক্লবগীদমক শঙলেন কুপ্পীবা ই-নচিংবশিং অদু পাখঙ লৈশাবীশিংনা চৈনা থিন্দৎতুনা হোহলম্মী। হৌজিক্তি মতমগী অহোংবা লাকপনা অমদি ই-নচিংবা মরাং কায়না ফংবা ব্রাৎপনা মরম ওইদুনা চেক্লা চনবা নৎত্রগা জিংঘনা কুপ্তুনা শান্নরে। মরম অদুনা হায়রিবা কুম্মৈ অসি তোয়না পাঙথোক্লদরে। অন্দ্রো অমসুং ফয়েংদা শীজিন্নরিবা থোং অমসুং হোওন অসিগা মশক মান্নবা অমদি শীজিন্নবসু মান্নবা শুনবা যন্ত্র মখলশিং চীংগী লমশিং খরদসু উবা ফংলম্মী, অদুবু হৌজিক্তি অমফাওবা শীজিন্নবা উদ্রে।

# য়েন-থীন্নবা যন্ত্র

মণিপুরদা যন্ত্র মখল শুনা, য়াম্না মরাং কায়না ফংই। যন্ত্রশিং অসিগী মনুংদা য়েন-থীন্নবা যন্ত্র মখলসু মরাং কায়না শীজিন্নৈ। তম্পাক লমদা মরু ওইনা পূং, শেন, কাংশী, তারকং অমদি শেম্বুং, মখোয় অসি য়েন-থীন্নবা যন্ত্র ওইনা শীজিন্নৈ। চীংগী লমদসু য়েন-থীন্নবা যন্ত্র য়াম্না মরাং কায়না ফংই। চীংগী লমদা য়েন-থীন্নবা যন্ত্রশিংগী মনুংদা চনবা শেঙ্জেংনা শাবা মমায় কোয়বা নৎত্রগা মখোয় তোঙবা পোৎশকশিংদা চৈ নৎত্রগা চৈগী মতোন্দা শউন নৎত্রগা ফিনা মতুম তানা য়েৎলগা য়েবা মখলসু য়েন-থীন্নবগী মনুং চল্লি। মসিদা নত্তনা শন্দং মচী নৎত্রগা ইরোই মচীসু চৈ মকক অমনা য়েদুনা শীজিন্নবা অসিবুসু য়েন-থীন্নবগী মনুং চল্লি।

তম্পাক লমদা পূং অসি মাগী মাগী মওং থেন্নবা অমদি শীজিন্নফমগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মমিং থোন্দুনা মখল কয়ামুক থোক্লা খায়দোক্কুনা শীজিন্নৈ। মখোয়শিং অদুদি অহানবদা তানয়েপূং, খুনবূং, লাইবূং, হরাওপূং, লাংতৈপূং, য়াইপূং, লানপূং, পানা পূং, মৈতৈ পূং অমদি ধুলোকনচিংবনি। চীংগী লমদসু মাগী মাগী জাতিগী তোঙান-তোঙানবা মিঙ্গৌদা পূংজাউনচিংবা পূং মখল কয়া শীজিন্নৈ।

য়েন-থীন্নবা যন্ত্রশিংগী মশক মওং তাকত্রিঙৈদা পূং কৌরকখিবগী ৱারোল হান্না থমজরি। মরীল হোবা পোৎশক (অয়াম্বনা উনা শাবা) অমদা মনীং মমাঙ শউন্না কুপশিন্দুনা ফাজিল্লগা য়েনবা যন্ত্র অদুবু পূং হায়না কৌই।

মৈতৈলোন্দা 'পূং' হায়বা ৱাহৈ অসিনা খঙহল্লিবা ৱাহন্থোকশিংদি মথংশিংনা (১) মতমগী শরুক (মীনীট ৬০) অমা। (২) মখুল হুৎপা উদা শউন তিংলগা য়েনবা যন্ত্র। (৩) লৈপূং নৎত্রগা চীংদোঙ মচা। খুদম- লাল্লামপূং, নোংমৈপূং, মসিদসু নত্তনা অপিকপা লৈবাক নৎত্রগা লমদম (পূংজাউ অমনা য়েবদা তাবা লমদম ওইবা য়াই। খুদম-কংলৈপূং, খুমন পূং, কেগে শাংবৱায় মোইরাং চাউবা পূং অসিনচিংবা।

পুংবু 'ব্রাংলেন' হায়নসু অরিবা লোন্দা খঙনৈ। মসি য়েনবা পুং নৎত্রগা মতমগীসু অর্থ ফোঙদোকই। খুদম খরা পল্লবদা- ব্রাংলেন মরাং হৌবা (পুং য়েবা) ব্রাংলেন পুংদোইহঞ্জবা (তানয়েশঙগী হঞ্জবা)

ব্রাংলেন ঙাইহাক (মতম ঙাইহাক) লৈরগা; ব্রাংলেন (মীৎকুপ) অসিনচিংবা।

মীৎয়েং অসিদগী য়েংলগদি পুং হায়বা পোৎশক অসি মতম তাক্লবা পোৎশক অমা ওইনা পুথোকপদগী ঈশৈগী তাস্থা তাক্লবা শীজিন্নরকপা যন্ত্র ওইনা চৎনরকপগী ওইথোকপা য়াবা মওং লৈ।

লমদম অসিগী থাজনবীদা পুং হায়বসি করম্না ওইরকপগে অমদি করম্না পুং কৌখিবগে হায়বগী মতাংদা অসুম্না থাজনৈ। পুং হায়বসি মীওইবগী হকচাংগা মরী লৈনহল্লী। পুং হায়বা পোৎশক অসিনা মীওইবগী হকচাংবু ওইহল্লগা শিংলী নাউরীনা মরী ওইহল্লগা মিহুনগী কাংলোম্না ফাজিন্দুনা ইহান হানবা ওইনা মতমগী খোঙচৎ তাকপদা তানয়েপুং পুথোরকখি। অসুম্না মীওইবগী হকচাং কয়াৎকা মরী লৈননা পুং অসি পুথোরকখি। হায়রিবা পুং অসি লাইগা মীগা শম্নরিঙৈদগী লৈরবা পুংনি হায়বসি *লৈথক-লৈখারোল* কৌবা খুৎই লাইরিক অসিনা তাকলি। মসিগী মতুংদা মীওইবনা খুন্দা লৈতানা লৈরক্লবা মতমদা ঐখোয়বু শেমবিরিবা শকউদবা য়াম্না শক্তি লৈবা পোৎশক অমা লৈ হায়না থাজনরকই। মখোয়গী মফমদা করিগুম্বা খরা মীওইববু অব্রা অনা কয়াদগী ঙাকপী শেনবীনবগীদমক হায়জবা, হৈকৎ লৈকৎ কয়া তৌরকখি। মীওইবগী মশাদা তাস্থ অমা লাক্লুনা মালেমসিদা চাদা নাউদা শনদোক্লবগী ব্রাখল লাকপগা ইরোয়ননা চান্নবা পুং শেমদুনা নিপা নুপীগী মশক লৌদুনা লমদম অসিগী লিরবা খুন চকপা অন্দ্রো অমদি ফয়েংদা লৈরিবা খোং অমসুং হোওন অসি পুথোকই। হায়রিবা খোং অমসুং হোওন অসি মতম অমগী পুং লৈত্রিঙৈগী পুংগী মহুৎ শিনবা পোৎশকনি হায়না ঙসিফাওবা থাজনরী। মসিগী মতুংদা মীওইবনা লৌশিং জ্ঞান হেনগৎলক্লুনা মীপুম খুদিংমকপু লাকশিনবা ঙমগদবা অকনবা শক্তি পুথোক্লবা হোৎনরকই। লৈবাক নিংথৌ পাল্লক্লুনা লৈবাক ব্রায়েন তৌরকই। মাগী-মাগী শিনফম খায়দোরকই। অসুম্না মথং মথং লাকপনা য়াম্না মওং তাবা যন্ত্র কয়া পুথোক্লবা হোৎনরকই। লৈশেম্বা মতমদা লাইবুংথৌ মাপল, লাই নুরা তরেৎনা লৈশেম্বদা লৈপুঙ ৮/৮ থোক্লি। লৈপুং অমা থোনবগী মতম অদুবু পুং অমা কৌনরি। মতম অদু তাক্লবগীদমক উতোংগুম্বা মমায় নামতা পানবা পোৎতা শউম্না কুপশিল্লগা পুং তাক্লবা অমা শেমলে। মদুবু তাল হায়নবা পুং হায়বদগী 'তানয়েপুং' থোক্লে। মতম অদুদা মমায় নামতা পানবা পুংনা মতম তাক্লবা তানয়েপুং কৌরগা, জগোই ঈশৈনচিংবগী তাস্থা পীনবা পুংদি

মমায় অনী পাল্লে। মসি তিংখিবনা চকপা তিংশাংনা তিংখি হায়না *চকপা তিনশাংলোন্দা* হৈরি। মদুগী মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োই তোমপোক্কী মতম খৃ: ১৫৪-২৬৪ দা য়াং হায়রিবা উ অসিদা শউন্না মমায় কুপ্লগা মরু মনাউ নাইবা পুং পুথোকখি হায়না *চৈথারোল কুম্বাবা*দা হৈরি। অসুম্না নিংথৌ অসিগী হাক্তক্কী তানয়ৈপুংগী লোয়শঙ লিংখৎপদা নত্তনা মওং তানা মরু মনাউ নাইবা পুংসু তিংবা হৌখি। মসিদগী মথং মথং লাকপনা ঙসি মৈতৈ পুং হায়না হেন্না নিয়ম নাইবা পুংগী মশক অমা উবা ফংলিবসিনি।

## তানয়ৈপুং

তানয়ৈপুং, সনা কোনুংগী তানয়ৈবা লোয়শঙনা মতম খঙনবা পুংজা খুদিংগী য়ৈবা পুংবু তানয়ৈপুং কৌই। অসিগুম্বা মতম খঙনবদা পুংজা খুদিংগী য়ৈরিবা মীওইশিং অদুবুনা 'তানয়ৈবা' হায়না খঙনৈ।

তানয়ৈবা অসিগী লোয়শঙ ওইনা লিংবা হৌখিবদি মৈদিংঙু খুয়োই তোমপোক্কী মতম খৃ: ১৫৪-২৬৪ দগী হৌখিবনি। অসিগুম্বা মতম খঙনবা পুংলোন অসি লেপফদে অমদি কায়নসু য়ৈফদে। পুংলোন অসি কায়না য়ৈরবদি লৈমা নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়ামগী ওইনা মিহুন পুংজা কায়বগা মান্নৈ হায়না ঙসি ফাওবা অহলশিংনা থাজনরি।

তানয়ৈপুং শেমগৎপদা মপুং ওইবা মচাক অহুম থাদোক্লবা য়াদে। মখোয়শিং অসি অমগা অমগা নকশিন্নরা থমগনি। মখোয়শিং অদুদি- (১) পুং অমসুং পুংবু য়ৈনবা চৈ, (২) লৈবাক্কী খুদেং, তেঙ্গোৎ অনী, (৩) য়াংদৌবা য়াংদৌবী অমসুং কাংখিল মশিং নীপাল।



তানয়ৈপুং

তানয়ৈপুংগী মচাকশিং ঃ

১। তানয়ৈপুং, পুং, অচৌবা, খুদেং, তেঙ্গোৎ অনী, য়াংদৌবা (লাইনিংথৌ), য়াংদৌবী (লাইরেম্মা) অনীগী শক্তম, লোয়ননা লীগী মরীদা কাংখিল নীপাল।

চাউরাক্না সে:মি: ৭১.৯২ য়াংবা অমদি মমায়না সে:মি: ৭১ পাকপা, মখোঙ য়াংলপ হাপ্পা পুং অমা লেঙদনা খিনগনি। পুংগী মওং অয়ুংবা অমদি মমায় পাকপনি, মথক্তা পুং য়ৈনবা চৈ থমগনি। পুং অসি উনা নেম্না মখোং নাইনা শাবনি, মমায়না যণগী মউন্না তিংই। পুংগী মরীনা অহানবদা লীনা ওই মতুংদা শউন্না ওইদুনা শীজিন্নরকই। পুং অসিগী য়ৈনবা মচৈনা য়ারুনা ওই। মনাক্তা লৈবাক্কী খুদেং অমা থমগনি, মনিংদা পিক্না মখুন হৎপা তেঙ্গোৎ অনী থমগনি। খুদেংগী মনাক্তা চাউরাক্না সে:মি: ৬০ রোম য়াংবা, সে:মি: ৮০ মুক শাংবা উনা মখোঙ অনী ওইরগা, অফৈবা অমা মথক্তা হাপ্পুনা লেপহনগনি। উ অনীগী কারক্তা অপিকপা লী অমা তিংদুনা থমগনি। লীগী মরক্তা ফি থোংদবা য়াংদৌবা য়াংদৌবী কৌবা লাই নিপা নুপীগী শক্তম অনী মখুৎ লোন্নদুনা থম্মী। পুংগী মনাক্তা থমলিবা লৈবাক্কী খুদেং অদুদা ঈশিং পীক থন্না হাপকনি, ঈশিং পীক থনবা খুদেং অদুগী মথক্তা মনিং হোবা তেঙ্গোৎ অমা থাদগনি। তেঙ্গোৎ অদুনা ঈশিং থল্লগা লুপ্পা খুদিংগী য়াংদৌবনা য়াংদৌবীরোমদা চঙশিন্না কাংখিল অমমম কানশিন্দুনা মথং মথং থমগনি। য়াংদৌবীদি লেংদনা লৈগনি। তেঙ্গোৎ অসিনা লুপ্পা খুদিংগী পুং অমমম শাগনি। অসুম্না কাংখিল নীপাল শুনা য়াংদৌবনা কানশিনবা মতমদা য়াংদৌবা য়াংদৌবী অনী থেংনরগনি। লাই অনী অসিনা মমায়গা মমায়গা থেংন-থেংনবা মতম অদুবু পুংলুপ নীপাল শুরে য়ুথক অমা কৌগনি। নোংঙাল পুংদগীনা য়ুথক অনীদা নুমিৎ য়ুংবা পুং য়ৈগনি। য়ৈবা মতমদা পুংয়ৈচৈনা পুংমায়দা য়ৈগনি। নুমিৎ য়ুংবদগী য়ুথক অনীদা য়াচঙ পুং য়ৈগনি। অসুম্না মতমগী খোঙচৎ লেপকনি। পুং অসি য়ৈবা মতমদা মাগী মাগী মতমগী মতুং ইন্না মরোলসু খেন্নগনি। নোংঙাল পুং য়ৈবগী পুংলোনগা য়াচঙপুং য়ৈবগী মরোলগা অনীসি মান্নগনি। নুমিৎ য়ুংবগী পুংলোনগা নোংয়ায়গী পুংলোনগা অনীসিমা মান্নগনি। পুংলোনদি 'দং-দা-দং' অহুমনা লোইরগা 'দং-দা-দং-দং' মরীদা লেপকনি। মরোল অসিনা নোংঙানবা অমদি য়াচঙবগী পুংলোননি। নুমিৎ য়ুংবা অমদি নোংয়ায়গী পুংলোননা 'দং-দং' য়ৈরগা 'দং-দং-দং' অহুমলক্তা লোইগনি। অসুম্না মতমগী খোঙচৎ খঙনবা পুং য়ৈবসি তানয়ৈবা লোয়শঙনা পান্নদুনা ঙসি ফাওবা কায়দনা ঙাক্নুনা থমলি। হায়রিবা পুংলুপ অসি শেমখিবা মতমদি লৈনুং লোঞ্জা অরিবগী মতম অতিয়া শিদবগা মালেম লৈরেনহনবী মমাগা চীংভু খোয়মোম অনীমক্না চৎন হৌনরকপদগীনি হায়না অহলশিংনা থাজনৈ। মতমসিদগী তিল্লম লাইরম কায়দনা নিংথৌ মরোল খুদিংগী য়ৈদুনা লাকই। হৌজিক হৌজিক সনা কোনুং তানয়ৈবা লোয়শঙদা লৈরিবা মওং অসি মশক মওং হোংদ্রবসু মচাক্তি হৌজিক হৌজিক ফংবা মচাক্না মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নরে।

## লাংতৈ পূং


লাংতৈপূং : মৈতৈ

ঙল্লিঙৈ মতমদগী জগোই ঈশৈগী থৌরমদদি লাংতৈ পূং অসি শীজিন্নদুনা লাকই। হৌজিকসু লমদম অসিগী মরু ওইবা লাই হরাওফমশিংদা অদুম শীজিন্নরি। চকপা খুন অন্দ্রো, সেকমাই, খুরখুল, ফয়েং, লৈশ্রামনচিংবা মফমশিংদসু শীজিন্নরি। লাংতৈ পূং অসি মরু মনাউ নাইদে, নাকল অমনা খূৎনা য়ৈগনি, নাকল অমনা চৈনা য়ৈদুনা শীজিন্নগনি। অন্দ্রোদা শীজিন্নরিবা লাংতৈ পূং অসিদি অতৈ মফমশিংদা শীজিন্নরিবশিংদগী মশক তোঙাললি। পূং অসিগী মবুক্তা লংজম পূংয়োম, অন্দ্রোনা 'খাচা ফি' হায়না কৌনদুনা উরৈরোম শঙলগা পূংগী মবুক্তা য়েৎশিন্দুনা শীজিন্নে। অন্দ্রোগী তোপ তোপ্পা অমনা লাংতৈ (লাংদেং) পূং দা নত্তনা মৈহৌফম শঙলেনদা খিল্লিবা পূংজাউ, অহল্লুপ অমসুং নহারুপ পানা অনীগী পূংশিংসু ফি য়েৎশিনবা অসি চৎনৈ। ফিশিং অসি চহীগী ওইনা হরাওবা মতমদসু ফিরোই ফিঙাং হোংই। লাংতৈ পূং শীজিন্নবা লোইরবা মতুংদা খুল্লাকপগী য়ুমদা শগাই মথক্তা নুপী অঙাংনা শোক্তনবা থাংগৎতুনা থম্মী। লাংতৈ পূং অসি লৈশ্রাম খুন্দা অহল-লমনশিংনা অসুম্না থাজনৈ মদুদি পূংসিগী ব্রাহম্মোক্তা 'লাং' হায়বদি থব্রায়নি হায়না লৌরগা 'তৈ' হায়বসিনা হকচাং ফানবা ওইনা লৌরগা 'পূং' হায়বসিনা মিহুন ওইনা লৌই। অমরোমদা 'লাংতৈপূং' হায়বসি হকচাংবু ফাজিন্নবা মিহুননি হায়না লৌই। অসুম্না খুন অসিদা পূং অসি য়াম্না মরু ওইনা লৌনৈ। পূং অসি চাংচৎতা অশাংবনা সে: মি: ৫১ নি। মমায়না সে: মি: ৪১ পাকই। অদুগা পূং অসিগী কোনবনা সে: মি: ১৩২ নি। মমায়না শউম্না তিংই, মরীসু শউম্না অদুম ওই। ঙল্লিঙৈ মতমদদি য়াইরীনা তিংলম্মী। য়ৈনবদি চৈ অমনা হেক্তা য়ৈদুনা শীজিন্নবা য়াই। শীজিন্নবদা খুদোংচাবা য়েংদুনা অতেন অশাং খায়না য়ৈনৈ।

ঙল্লিঙৈ মতমদা য়েক শলাই কয়া খায়দোক্তুনা লমদম অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা শলাইশিং অদুগী নিংথৌ অমমম লৈদুনা লৈবাক ব্রায়েন তৌনা পাম্লম্মী। থেঙথরবা মতমদা নিংথৌজা শলাইদা লোইনা পূনশিনখিদুনা ঙসি মৈতৈ হায়দুনা পূম্না লৈরকখি।

নিংথৌরোল কয়াগী মতমদগী মৈতৈ কংলাদা লৈবাক্কী থৌদোক ব্রাথোক্তা শীজিন্নবা পূংজাউ লৈরম্মী। পূংশিং অসি অয়াম্বনা খঙনবদা কংলা য়াইবূং নৎত্রগা কংলা লানবূং হায়নসু কৌনৈ। লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক অয়াম্বদা য়াইবূং অসি থীল্লি। শা-লানগী মতমদা লানবূং হায়না শীজিন্নৈ। মতম অমদা মাগী-মাগী শলাইশিংগী ব্রায়েনশঙগী মনুংদা পূংজাউ শীজিন্নরম্বগী মমি ফজনা উবা ফংই। ঙসি ফাওবা চীনবূং ওইনা মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারীদা পেনা শকপা অশৈবশিংনা পুরেম্বনা মচানিপা খম্বা পোকপা মতমদা হরাওমন্দুনা মোইরাংগী কংলা য়াইবূং থীল্লুবদা থোংলেন্না য়েক্লবনা লান্দারক্লমাল্লে হায়না লানগী শাপোৎ লানপোৎ পুদুনা শাফি লানফি শেৎতুনা লাকপগী ব্রারী শক্লুনা ঙসি ফাওবা শৈশক্লরি। চকপা খুন অন্দ্রো, লৈত্রাম, সেকমাই, ফয়েং, খুরখুল-নচিংবা মফমশিংদা লৈরিবা পূংজাউশিং অসিনা শাথিনি। অসুম্না মতম অমগী লৈবাক ব্রায়েন পথাপকী লীচৎ অমা কায়দনা চথবা ওইনা খুনশিং অসিদা পূংজাউ অনী অনী লৈ। পূংশিং অসি লাইবূং নৎত্রগা খুনবূং হায়না কৌনৈ। অন্দ্রোদদি পানা পূং হায়না তোঙান্না পূংজাউ অনী অমসু লৈ।

## খুনবূং (খুনপূং)

খুনবূং অসি খুনগী থৌদোক ব্রাথোক অশি অনাগী পাউ পীবা, খুনগী মীতিন তৌবগী পাউ পীবা, খুনগী নুপী নহা চেনখিবগী পাউ তাকপা অমদি খুনগী খুল্লাকপা খুল্লাকপী শিবা মতমদসু য়েদুনা শীজিন্নৈ। কনাগুম্বা খুনগী মীওই নৎত্রগা অতোপ্পা খুন লান্না লাকপা মীওইশিংনা হুরান চীনথিগা


ইচুম লাইরেম্বীগী হরাওবূংগী ময়ায়দা পূং থম্বা : ফয়েং

লোয়ননা ফত্তবা থবক তৌরবদি পূংখোঙদা পুল্লগা ব্রারকপসি চৎনৈ। মী অমবু দন্দি পীবগী খ্বাইদগী কনবা অরোইবা দন্দি ওইনসু লৌনৈ। লৈত্রাম, সেকমাই, খুরখুলনচিংবা খুল খরদদি হায়রিবা মীওইশিং অসি চহী ওনদনা শোয়দনা শিগনি হায়বগী থাজনবী লৈ। অন্দ্রো নত্তনা অতৈ খুনশিংদা থল্লিবা পূংশিং অসি লাই হারাওবা অমদি মতম মতমগী থৌদোক ব্রাথোকশিংদা থাংদোক থাংজিন তৌদুনা শীজিন্নৈ। থম্বগী মওংসু খেৎনৈ। ফয়েংদা

থম্বা পূংগী মওংদি লাইগী শঙলেনগী মনীং ওইরপ্লা লময়ায়দা য়াম্লি। খুরখুলগীসু য়াম্লগা থম্মী। সেকমাই অমদি লৈত্রোমগী পূং থম্বগী মওংদি মাম্নে। লাইগী শঙলেনগী মনীং ওইরপ্লা ওই থংবা নাকলদা মখোং মরী য়ুংদুনা মথক্তা থাংগৎলগা থম্মী। অদ্রোদনা লাইগী শঙলেনগী মনীং ওইরপ্লা য়ৈগদৌরিবা মমায় অদুনা খরা ব্রাংখৎনা থম্মী। পূংগী মবুক্তসু ফিনা য়েৎলি। পূংশিং অসি অয়াম্বনা 'উনিংথৌ'* অমদি 'ব্রাং'*না শানে। য়ৈবগী মওংদি পূং য়ৈচৈনা য়ৈগনি। খুনপূংদি নাকল অনীমক অদুম শীজিম্নে। মফম মতমগী মতুং ইন্না থাংদোক থাংজিন তৌদুনা য়ৈনবা অদুম য়াই। সেকমাইগীনা খুমাং লোয়শঙগী খ্বাইদগী নহা ওইবা পাখঙশিংনা খুনবূং অসি য়ৈবগী থবক তৌগনি। ফয়েংদা লৈবা পূংনা অতোম্বা খুনশিংদা লৈবা পূংদগী খরা হনথৈ। ফয়েংগী পূংনা চাউরাক্লা সে: মি: ১০৭ ফাওবা শাংই।

## লাইবূং (লাইপূং)

লাইপূং, খুনবূংগা পিকপা চাউবা চপ মাম্নে। পূংশিং অসি শারিবা উসু অয়াম্বনা উনিংথৌ অমসুং ব্রাংনা শানে। পূংজাউ অসি শীজিন্নবগী মওংদি খুনবূংগা খেৎম্নে। লাইবূংদি খুনগী লাইগী থৌরমশিংদা য়ৈ, মরু ওইনা খুনগী লাই হরাওবা মতমদা য়ৈ। মতম মতমগী লাকপা লাইগী থৌরমশিংদসু য়ৈ। পূংজাউশিং অসি লাইগী শক্তি চেনবা লাইগী মশকনি হায়না লৌনে। পূংগী পূংখোঙদা ইরাৎ থৌনি তৌদুনা খুরুমনে। পূংজাউশিং অসি থম্বা শঙলেনশিংদা নুপী-নহা চঙবা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। কনাগুম্বা তঙাইফদনা চঙবা তারবসু মনীংথোঙদা খজিক্তুং চঙবা ফাওবদি য়াহল্লি। পূংশিং অসি থাংদোক থাংজিন তৌবা য়াদে, নুমিৎ থা মশক উবা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। য়ৈবা মতমদসু লাইবূংদি নাকল নামত য়ৈদুনা শীজিন্নগনি। য়ৈবসু অহলশিংনা য়ৈগনি। অদ্রো খুনদদি লাইবূং অসি খুনগী লাই হরাওবা মতমদা য়ৈবত নত্তনা 'থাশি লুবাক' হায়দুনা থা অমগী থাশি খুদিংগী পাঙথোকপা লাইগী থৌরমদসু য়ৈনে। মসিনা খুন অসিদা থাসি নুমিৎপু নীংশিংহল্লী। থাশি নুমিৎতা অনীরক য়ৈগনি। কারকপা অমদি কূমলকপা মতমদা য়ৈগনি। খুনগী লাই হরাওবা মতমদা অহিং নোংয়াইদা য়ৈগনি।

## পানা পূং

অদ্রো খুন্দা পানা পূং হায়দুনা পানা লোয়শঙদা পূং অনী লৈ। মদুদি অহল্লুপ পানাগী শঙলেন্দা অমা, নহারুপ পানাগী শঙলেন্দা অমা থমলি। পূং অসি য়ৈদুনা

---

* উনিংথৌ = *Phoebe henesiana*
* ব্রাং = *Gomilina arborea.*

শীজিন্নবদি পানাগী ওইবা থৌরমশিংদা নত্তনা পনম নিংথৌ হরাওবদসু য়ৈ। মসিদ নত্তনা 'লাংবন লমহাইবা' (নাপী শেংদোকপা) হায়রিবা মতম অসিদসু পানা পুং অসি য়ৈদুনা শীজিন্নৈ। পনম নিংথৌ হরাওবগী অহিং নোংয়াইদা পানা কাং লৃপ্তগী পানা পুং অসি অহন্নপুন্না ওত্নুনা য়ৈগনি। পানা পুং অসি মরু ওইনা 'কংলা তোমান পুং' হায়নসু খঙনৈ। পানা পুংদি থৌ চনস্রবা হায়বদি ময়ূম পান্নবা নিপাশিংনা হিরুকারকপা মতমদা য়ৈগনি। পানা পুংদি লৈহাউনা শাবনি। পুংগী মমায়না যন্দং মউন্না তিংই। মরীনা ঈরোই মউন্না ওই।

পানা পুং নৎত্রগা পুংজাউশিং অসি চীংগী জাতি অয়াম্বনা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা পুংশিং অসি খুন খুদিংদা থমদবা য়াদে হায়বা লৈতে। খুনশিংগী খুদোংচাবগী মতুং ইন্না থম্ন বা ঙাক্তনি। পুংজাউ অসি খুন খুদিংদা থমদবগী মরমদি মসি শানবা হোৎনবদা মী চঙই, শেন চঙই, লম্বী থোং ফবা অমদি মখোয় মখোয়গী খুনগী অনকপা চীংশিংদা উজাউ য়াম্না মরাং কায়না হৌবসু মরু ওই। মরম অদুনা পুংজাউ অসি চীংগী খুন খুদিংদা থম্বা ঙম্নদবনি। পুং অসি চাউরাক্না সে: মি: ৯২-১২২ ফাওবা শাংবা পুং মখলশিংনি।

পুংজাউশিং অসি চীংগী জাতিশিংনা মাগী মাগী লোন্দা তোঙান তোঙানবা মিঙৈদা কৌনৈ। রোংমৈনা 'ইনখোব্রাং' জেমৈনা 'সুম', লেংমৈনা 'চোআম', আইমোলনা 'খোং' খোইবু মরিংনা 'ফুং', কোম অমদি লমকাংনসু পুংবু 'খুঙ' হায়না খঙনৈ। পাইতে অমদি কুকিনসু 'খোং' হায়না কৌনৈ।

তমেংলোং খুন্দা মরুওইনা লেংমৈশিংনা খুন্দাবা মফমদা পুংজাও অসি খুনগী বিচার লোয়শঙদা থম্মী। লোয়শঙগী চঙফমগী খোংজিন মথক্তা ব্রাংনা থাঙৎলগা থম্মী। লোয়শঙ অসিবু মখোয়না থৌবৈ হায়না খঙনৈ। লোয়শঙ অসিদা মীহাৎ মীপুনগী বিচার তৌবত নত্তনা খুনগী ব্রাথোক লানথোক্নী বিচারসু তৌই। লোয়শঙ অসিগী মকোক ওইগদবা মীওই অদুদি খুনগী খ্বাইদগী অহল ওইবা মীওইনা ওইগনি। মদুসু শেন-থুম য়াম্না পায়বা মীনা ওইগনি। কনাগুম্বা মকোক ওইরিবা মীওই অসিনা পুবা ঙমদ্রবসু কনাগুম্বা অহল শৈশা পায়বা অমনা শিনবা য়াই। অসিগুম্বা অহল অসিনা খুনগী হরাও কুম্মৈ পাঙথোকপা মতমদা খরচ তৌগনি। পুংজাউ অসি য়ৈদুনা শীজিন্নবদি খুনগী লাই তিনগী থৌরম লাকপা, মৈহৌ লাংগোক থোকপা অমদি শা-লান অকী অখঙ থোকপদসু য়ৈগনি। খুনগী অহল-লমন, মরু ওইবা মীওইশিং শিবা মতমদসু য়ৈ। শক্তিবু থাদা 'শিংহি' কুম্মৈ হায়বদি শিংহি থকপগী কুম্মৈগী মতমদসু য়ৈনৈ। খুনগী মতম মতমগী মতুং ইন্না পাঙথোকপা হরাও কুম্মৈ হায়বদি লৌ লিংবা, লৌ লোকপা, মহৈ পান্নকপা, পান মাইরেন, চুজাক্লচিংবা

চারম্বন্দগী যৌনা মহৎ শিল্পকপা মতমগী কুম্মৈদসু পূংজাউ অসি য়ৈ। খুনসিগী পুন্সিরোলগা মরী লৈনবা হরাও কুম্মৈগী মতমদসু পূংজাউ অসি য়ৈনৈ। পূংজাউ অসি অঙাংশিংনদি য়ৈনদে। খুনগী অহল লমনশিংতনা য়ৈবগী থবক তৌই। তমেংলোং খুন্দা লৈরিবা পূংজাউ অসি মাগী শাংবা সে: মি: ১২২ নি । মমায়গী অকোয়বা সে: মি: ২৬৭.৬৫ নি। মবুক কোনবসু মমায়গা চপ মান্নৈ। পূং অসি খুনগী অনকপা চীংদগী ফংবা উনা শাবনি। পূং অসি শান্নবা উদি তলহাও হায়বা উ অদুনা শাবনি। মখোয়গী মরোলদা 'হোললোক' হায়না কৌনৈ। মমায়না শমুক্কী মউয়া তিংই। পূংলীনা লীনা ওই। য়ৈনবা চৈদি লীপোপ অচৌবা অমগী মভোন্দা ফিনা তাশিল্লগা য়ৈনৈ।

## মৈতৈপূং

লমদম অসিদা খৃ:গী ১৮-১৯ শুবা চহীচাদা হিন্দু ধর্ম্মনা মরা চেংশিল্লবা মতুংদা ধর্ম্ম অসিগী পাঙথোকপা থৌরমশিংদা মৈতৈশিংতগী ওইনা তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইনা লাকখি। নিংথৌগী অপাম্বা মতুং ইন্না লৈবাক অসিগী কলা সংস্কৃতিদসু অচৌবা অহোংবা অমা পুরকখি। অহোংবা অসিগা ইরোয়ননা লমদম অসিগী সংস্কৃতিগা থাদোক্লবা য়াদবা মৈতৈ পূং হায়বা পূং মখল অমা পুথোরকখি। মৈতৈ পূং অসি মখল অনী থোক্লা অরিবা অমসুং অনৌবা পূং হায়না খায়দোকই। বঙ্গদেশ নৎত্রগা অরিবা পালানা শীজিন্নবা পূংবু অরিবা পূং অমদি নট পালানা শীজিন্নবা মখলনা অনৌবা পূং নৎত্রগা চুম্নগী পূং হায়রগা খঙনৈ।

লমদম অসিগী ওইনা পূংগী শীজিন্নফমদি ঙাল্লিঙৈদা নিংথৌশিংগী ফম্বাল তোংবা, ফম্বাল ফিজেৎকী মতমদা য়ৈদুনা শীজিয়ৈ। লোইরকপা মতমদসু য়ৈ। লমদমসিগী চৎনবী ওইনা অখন্নবা থৌরম 'ক্বাক তানবা', 'ক্বাক যাত্রা' নুমিৎতা য়ৈ। নিংথৌশিংগী মরুপ মপাং অখন্নবা লাকপা মতমদা অন্না পোত্থানবা অমদি নুংঙাইনবগীদমকসু য়ৈ।

পূংশিং অসিগী মনুংদা অরিবা পূংনা খ্বাইদগী চাউই। পূং অচৌবসি চাউরাক্লা সে: মি: ৬৪ + নাউথোং সে: মি: ৪ নাউথোং শরুক য়াওরগা পুন্না সে: মি: ৬৮ শাংই। পূংগী মমায়দা সে: মি: ৪গী নাউথোংগী শরুক অসিনা হুকচীনগদবনি। হুকচীনগদবা নাউথোংগী কম অসিনা সে: মি: ১ নি। মবুক্কী কোনবনা সে: মি: ৮৬ নি। নাউখোংগী মমায়গী অকোনবনা সে: মি: ১১ নি। নাউথোং য়াওরগা মনাউগী মবুক ফাওবগী শাংবনা সে:মি: ৩৯ নি। মবুক্তগী মরু ফাওবনা সে:মি: ২৯ নি। পূংগী অথাবনা সে:মি: ১ নি, পূংমায়গী অকোয়বদা লাখাগী অকোয়বা অমা হাপক্কনি। পূং অচৌবসি

হৌজিক চাউরিবা চাং অসিদগী সে:মি: ৩ হেন্না চাউরম্মী। চাউবা হেনমল্লে হায়বদগী হৌজিক্কী চাউরিবা চাং অসিদা চাংচৎ ওইনা চৎনখিবনি।

অনৌবা পুংগী শাংবনা সে:মি: ৬৩ নি। মনাউগী মচীনথংবা অপুনবা কোনবা সে:মি: ৪৬ অদুগা মমায়গী পাকপা সে:মি: ১৩.৫ নি। মরুগী মমায়না সে:মি: ১৪ পাকই। মনুংদা মরী তিংবা য়াম্নবগীদমক লী অমা কোল্লগা হাপকনি। লী অসি অয়াম্বনা ইরোইগী মউন্না ওইনৈ। মসিবু 'বেরি' হায়না খঙনৈ, মসিদা পুংলী তিংগনি। পুংগী মনাউগী পুংমায়না যণ হনুবী মউন্না তিংই। মসিসু লাবগীদি য়াদে, মরুগী পুংমায়না যনাউ মচাগী মউন্না তিংই মরী লোনবনা যন্দং মউন্না ওইগনি, যণ লাবগীসু য়াই। খ্বাইদগী ফবদি যন্দং মউন্না



মৈতৈ পুং

হেল্লি। মনাউদা মরী মচা ৩৮ লোনগনি, মরুদনা ৪১ লোনগনি। পুংগী পুংলী য়ানফমদগী খুদোপ অনী হাপক্কনি। অরিবা পুং, পুং অচৌবগীনা মরী লোনবা মনাউদা ৪১ লোনগনি অদুগা মরুদনা ৪৪ ওইগনি। পিকপা চাউবা খেন্নবগী মতুং ইন্না মরী মচা অহুম/অহুম খেন্নবনি। পুংগী মরী ঙক্তা য়াল্লগা শীজিন্নবা অসিবু পুংলী কৌই। মসিবু থাঙ্গং মরী হায়নসু কৌনৈ। পুং লীগী শাংবনা সে:মি: ৪৪২ নি। নাকল অনীদা জোম জোম য়াস্থরিবা অসিনা চামর কৌই। মসিনা নাকল ১/১ সে:মি: ৩০ শাংই। মরী অহানবদা লংজমনা খ্বাংদা শারগা শেম্মরম্মী। হৌজিক্তী শামতুনসু শান্নরে। অয়াম্বনা মচুদী অঙাংবনা ওই।

পুংগী মরু মনাউ অনীগী পুংমায়দা কাপ* থাগনি। মমায় থুংনা কাপ থাগনি। কাপগী অকোয়বদা অচৌবা অকোয়বা পরেং অমা চৎকনি। মসিনা কাটা কৌই। কাপ থাবা মতমদা পুংমায়গী মতুং ইন্না কাপ থাগনি। মমায় থারবদি কাপ থানা থাগনি। মমায় পারগনা কাপ পানা থাগনি। কাপ হেল্লবদি মরী পুবা ব্রাই। কন্না চেৎশিন্না পুনবা চঙই। পুংগী পুংয়োম হায়দুনা পুংগী মবুক্তা লংজম ফি অঙৌবনা

* কাপ হায়বসি পুংগী মমায়দা অমুবা লাইয়ার অমা কোইনা থাবদুনি। মসি য়োৎ মকুপকা চাক্তা য়াম্না কুপ্পা শুরগা থাবনি। য়োৎ মকুপ অসি শুঙ্গী কুপ্পা বোডি পাউদরগুম্না মোন মোন লাওনা শেমগনি।

য়েৎকনি। পূং অসি অয়াম্বনা য়্রাং, উয়াংমৈ, লৈহাউ লৈশং, থৈবোং, শরীক হৈনৌ অমদি তাইরেন্নচিংবনা শান্নে।*

মৈতৈ পূং অসি য়াম্না মওং তানা করম্বা মতমদগী শীজিন্নবা হৌখিবগে হায়বগী চপ চাবা মতম পীবা ঙমদ্রবসু মৈদিংঙু ক্যাম্বাগী মতম খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮ দগী লৈরে হায়না লৌনৈ। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বনা পিরকখিবা শেম্বী লাইবু বিষ্ণু চক্রনী হায়না হিন্দুগী চৎনবীদা পূজা কৎখিবা অসিদগী সংকীর্ত্তনগী মরু হুনবা হৌগ্রে হায়না লৌনৈ। মসিদসু নত্তনা মৈদিংঙু অসিগী সনা হাক্তক্তা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা মরুপ ওইনবদগী মৈতৈ পূং য়ৈবা, বাঁশী খোংবগা পোংগী পেরে খোংবগা শিন্নখিবগী য়া *চৈথারোল কুম্বাব*দা ইরি। থেংলবদা মণিপুরদা ১৭-১৮ শুবা চহীচাদা পূং অসি লৈরে হায়না লৌনরি।

লমদম অসিগী পোকপা শিবগী থৌরমখক্তা নত্তনা সংকীর্ত্তনগা মরী লৈনবা থৌরমশিংদা মৈতৈ পূং থাদোক্লবা য়াদনা ঙসি ফাওবা লাকলি। লাইগী আরতি কৎপদসু মৈতৈ পূং শীজিন্নৈ। মৈতৈ পূং অসিনা অসুম চাওখৎলকপনা হৌজিক্তি কলেজ লিংদুনা পূং তমফম লৈরে। মসিদ নত্তনা ওজা, গুরু নাইনা পূং তম্নরি। পূং অসি লমদম অসিগী থাদোক্লবা য়াদব যন্ত্র অমা ওইরি। দফং, পখরাজ, খঞ্জুরীনচিংবা পূংশিং অসিসু পৃথিবীগী অনীশুবা লানজাও মতুংদা লমদম অসিদা চঙলকখিবা ঙাক্তনি। মখোয়শিং অসিনসু লমদম অসিদা লাক্লবা মতমদা হান্নগী মশক্তগী তোপ তোপ্পা লমদম অসিগা চান্নবা পোৎশক্তা শেমদোক্তুনা লমদম অসিগী কলা সংস্কৃতিদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ঙসি ফাওবা অচৌবা কলা অমা ওইনা লৈরি।

## ধুলোক অমদি খোল

ধুলোক অমদি খোল লমদম অসিদা অদুমক শীজিন্নৈ। মখোয়শিং অসিনসু লমদম অসিদা তোঙান্না অচৌবা থৌদাং লৌরি। খোলনা লৈবাক্লা শারগা মনুং হোরগা মৈ ইক্লগা শেম্বনি। ধুলোক্লা উপূমদগী হুৎতোক্লগা মনুং হোরগা শেম্বা যন্ত্রনি। ধুলোকতা অচৌবা মচা অনী থোক্লা খায়দোকই। য়াম্না ঙক্লিঙৈদা ধুলোক অচৌবা শীজিন্নৈ। হৌজিক্লা পুথোক পুশিন নুংঙাইনবা খরা পিকথবদা চাং অমা ওইনা অদুম শীজিন্নরে।

ধুলোক অসি লমদম অসিদা ইহান হান্না শীজিন্নবা হৌরকপদি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা মতম খৃ: ১৭৮০ লমতাগী ১৫ নি পানবা পূর্ণিমা নুমিৎতা য়াওশঙ মৈ

---

* লৈহাউ লৈশং = Michelia champaca, থৈবোং = *Artocarpus integrifolia*, শরীক হৈনৌ = *Emblic ..yʋobalam* অমদি তাইরেন = *Cedrela toon*

থাবগী থৌরম পাঙথোকখি। অমসুং ১৬ নি পানবা নোংমা কোনবদা পিচকারি হায়না শ্রী শ্রী গোবিন্দগী মমাঙদা হোলিগী শৈশক হৌদোক্তুনা শকখি। মসিদা নিংথৌ মশামক্তা ধুলোক পায়দুনা হোলি শকপা য়াওখি। মসিগী মতুং তারকপদা হোলি থক্ত নত্তনা মাগী মফম অমা চাউনা কলকপদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচা ইবুংঙো কুল্লচন্দ্রগী মতম খৃঃ ১৮৯০-১৮৯১ দা মণিপুরীশিংগা বৃটিশকা মণিপুরগী নীংতম্বা ঙাক্নবা খোংজোমগী খেব চীংদা এপ্রিল তাং ২৩ দা শোক্নখিবা লান অদুগী মতুংদনি। হৌজিক শক্নরিবা খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক অসি মণিপুরদা খোবী লৈনৌনা হৌদোকপিরম্বনি। মহারাজ কুল্লচন্দ্রগী



ধুলোক ঃ মৈতৈ

মতমদা খোংজোমদা পাউনা ব্রজবাসীনা লূচিংলগা বৃটিশ লান্মীগা অকনবা লান শোক্ন খিবা খোবী লৈনৌদি মৈতৈ লান্মীগী মরক্তা লানগী ফীরাল পায়রম্মী। মহাক্না লানফমদা মমিংনা উহৌবা মনানা তাহৌবা লানগী থৌদোকশিং অদু নুমিদাং থাবলদা মচা পোরগা নাউশুম ঈশৈ ওইনা শকই। মহাক্কী নুংশিরবা শৈহেক শৈদাগা কোম্নবা ব্রারীদু বামোন লৈকায়দা লৈবা হঞ্জবম নিংথৌ শর্ম্মাদা তম্বি। হঞ্জবম নিংথৌনা ধুলোক য়ৈদুনা খোংজোম লানগী ব্রারীবু শক শোনবদগী খোংজোম পর্ব্ব হায়না খঙনখি। ঐজ্ঞা নিংথৌসি হুই খোংবসু য়াম্না হে। মহাক্না শকপা ঈশৈ শৈশক্কী মরক থৎনা হুই খোংদুনা শকপদু তাবদা মীয়াম্না পেম্নবদগী মমৈথংদা বামোন হুই হায়না মমিং চৎখি। বামোন হুইনা ফমদুনা ঈশৈ শকলম্বদগী মতাং চাবদা হৌগৎতুনা ধুলোক চোলোমসু তৌই। মসিদগী খোংজোম পর্ব্ব হায়বা শৈশক অসিদা মপুং ওইনা ধুলোক শীজিন্নবা হৌরকখি।

বামোন হুইগী মতুংদা খোংজোম পর্ব্ব শকপা ওজাশিং খরা পঞ্জরবদা-খুমন্থেম চাউবা, (ব্রাংখৈ), উখুল চাউবা (উরিপোক), তখেল্লম্বম থম্বালঙৌ (হুঙোই চুরা) লৈমপোকপম হেরাচন্দ্র অমসুং ঙাঙোম মনি (ঙাম্নপী থোং) নচিংবনি। ওজাশিং অসিনা চরাইরোংবা, খোংজোম লান, জিলা দরবারনচিংবা মৈতৈ নিংথৌরোলগী ব্রারী কয়াবু ধুলোক য়ৈদুনা শকপীখি। ওজাশিং অসিগী মখা তারকপদা অরিবম তোম্বীসনা শর্ম্মা, (বামোন লৈকায়), থখেল্লম্বম তোম্বী (খুরাই) অমোম খোংনাং (ব্রাংঙু) নিংথৌজম অঙাংয়াইমা (ময়াং ইম্ফাল) ওজাশিং অসিনা নিংথৌরোলগা লোয়ননা লেজেন্দ ওইনা লৈরিবা ব্রারী মাইনু পেমচা, য়াইহিরিপোক থম্বালনু, সত্তি-

খোংনাং, ওসমান থম্বাললনচিংবসু শকপীখি। মসিদসু নত্তনা মৈতৈ চনুরাশিংগী ব্রারীগা কোন্নরা হৈরোল লৈরোল কয়া য়াওনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা শকপীরম্মী। ওজাশিং অসিগী মখা তাবদা খুদোংবম তোমচা (ভাগ্নপীথোং) তোনা (মোইরাং) লৌক্রাকপম বোলাই (খম্নাম লৈরক) সোরোখাইবম ভগীরত (থাংমৈবন্দ) মাইস্নাম ইবোবী (চিংঙামখা) খুমন্থেম নিঙোল ইবেমনী (ক্বাকৈথেল) নচিংবনা মখা তানা শকখি।


ধুলোক য়ৈবগী শক্তম

মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারীদা মুস্ফম ওইবা মোইরাং শাইওন ৭ কী ব্রারী ধুলোক য়ৈদুনা খোংজোম পর্ব্বগী শৈশক ওইনা শকখিবসি নোংথোনবম চাউবা ময়াম্মা কুলিজাও হায়না খঙনবা ওজা অসিননি। কুলিজাও হায়রিবা মিংথোল অসিমক চুড়াচান্দ মহারাজনা থোনবিখিবা মিংনি। মতুং তারকপদা ওজা অসিগী সেবক হৈস্নাম ইবোতোন (কোম্না ময়াম্মা থাঙ্গা মাঙ্গোলজাও) হায়না কৌনখিবা ওজা অসিনা মহৎ শিন্দুনা শকখি। ওজা অসিদ নত্তনা মিং খরা পঞ্জরবদা নিংথৌজম থম্বৌমচা, সোরোখাইবম মধু, লাইশ্রম মৈনোনচিংবা ওজাশিংনা মথং শমথখি। অসুম্না খোংজোম পর্ব্ব হায়বা শৈশক অসিদা ধুলোক্কী মফম চাউনা কল্লকখি। মসিদসু নত্তনা ধুলোক অসি জগোয় ঈশৈগী থৌরম লাই হরাওবদসু শীজিন্নৈ। থাবল চোংবা মতমদসু ধুলোক শীজিন্নৈ। মসিদসু নত্তনা লান মতুংদা ওইরকখিবা শুমাং খুদিংদা ভাবকশিংনা মাইকৈ মরীদা ফমদুনা য়েংনবা লিলা অসিদসু হৌদোকপা মতমদা ধুলোক অসি য়াওদবা য়াদবা অমা ওইরম্মী।

ধুলোক অচৌবসি চাউরাক্না মরুগী মমায় (ওইনা) সে:মি: ২৫ নি, মনাউনা, (য়েৎ) সে:মি: ২৪ নি। শাংবনা সে:মি: ৬৪ শাংই। মনাউনা কাপ থাদে, মরুনা কাপ থাই। মবুক্কী কোনবনা সে:মি: ১০৫ নি। কাপকী অথাবনা মি:মি: ৪-৫ ওই। (মরুগী মমায়দা বেরি কোনবগী নাপ সে:মি: ৩ য়াওরগা পুম্না সে:মি: ২৮ ওইগনি। মনাউগীসু বেরি কোনবা শউনগী অথাবা নাপ সে:মি: ২ য়াওরগা পুম্না সে:মি: ২৬ ওইগনি) মরী মচা ২৪ ওইগনি। পুংমায়দি ষণ অমদি হামেংগী মউম্নসু তিংই। পুংমায় চাউরিবমখে শউনসু থাগনি কাপসু থাগনি। মসি নৎত্রবদি অপাম্বা

খোঞ্জেল থোকহনবা ঙমদে। পূংমায়গী কোনবগা কাপকা চান্নদ্রবদি খূৎকী চাং পুবা ঙমদে অমদি শীজিন্নবদা ব্রাই।

থুলোক মচানা মরুনা পূংমায়দা ২১+.৫ বেরি সে:মি: ২১.৫ নি। মনাউগী পূংমায়না সে:মি:১৯+.৫ = ১৯.৫ নি। শাংবনা সে:মি: ৫০ শাংই। মবুক কোনবনা সে:মি: ২৪ নি। কাপকী অথাবা মি:লি:মি: ২৯ ওই। মসিনা লেডিজ সাইজ হায়জরবসু হৌজিক্তী অয়াংবসি পান্নবদগী নিপানসু পায়নরে। হান্নদি থুলোক অচৌবসি নিপাগী ওইনা শীজিন্নরম্মী। পূংমায়গী শউনসি পারিবমখৈ খোঞ্জেল ফজবা হেল্লি। মরম অসিনা থা ৩ দগী ৬ ফাওবগী মনুংদা লৈবা শনাওগী মউন্না তিংনৈ। মরুদগী মনাউনা শউন থাবা হেনগনি।

## খোল



খোল য়ৈবগী শক্তম

অহানবদা পূং অসি লৈবান্না মৈ ইক্লগা শারন্নবসু হৌজিক্তি উনা মহুৎ শিন্দুননা মৈতৈপূংগুম্না মমায় শউন হাপ্লুনা, শাউন্না পূংলী তিংদুনা শীজিন্নরে। খোলনা মনোহর শাই শৈশক্তা অয়াম্বা শীজিন্নৈ। মণিপুরদা কীর্ত্তন শৈশকপু বঙ্গদেশতগীনি হায়দুনা বংদেশ পালা হায়রগসু খঙনৈ। শৈশক অসি মৈদিংঙু ক্যাম্বা খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮ গী মতমদগী লৈরে হায়না লৌনরবসু, চপ চানা শৈশক অসিবু খঙনরক্লুনা খোলগী মফম অমা কল্লকপদি চরাইরোংবা মহারাজগী মতম খৃ: ১৬৯৭-১৭০৯ গী মতমদগীনি হায়না লৌনরি।

খোলগী পিকপা চাউবগী চাংদি চাউরাক্লা সে:মি: ৬১ শাংই। মরুগী মমায়দা সে:মি: ১৪ (দাইমেটর) ওই। মনাউনা (দাইমেটর) সে:মি: ৯ নি। পূংগী মরুদগী মবুক ফাওবদা সে:মি: ২৬ শাংই। মবুক্তগী মনাউ ফাওবদা সে:মি: ৩৫ নি। পূংগী মওংসি মৈতৈ পূংগা থেন্নৈ। মরুদগী মবুক ফাওবদি তেল্লি। মৈতৈ পূংদগী চাউবসু হেল্লি। মবুক্কী কোনবনা চাউরাক্লা সে:মি: ৮০ মুক কোল্লি। মসিগী চাউবগী চাং অসি চাংচৎতা শীজিন্নবা পূংনি। পূংগী চাউবা পিকপদি শীজিন্নগদবা মী মী অদুগী

খুদোংচাবগী মতুং ইন্না শাবনি। মণিপুরদা মনোহরশাই, কীর্ত্তনিয়া, গৌড়লিলা অমসুং বাসব সঞ্জ্যানচিংবদা শীজিন্নরকই, খোল হায়রিবা পুং অসি করতালবুদি মন্দিলা নৎত্রগা রামতালগা হেন্না চুশিন্নৈ। খোলদি মৈতৈ পুংগুম্না মবুক্তা ফি য়েৎতে।

## শেন

য়ৈন-থীন্নবগী যন্ত্র অমা ওইনা শেন অসিসু অদুমক শীজিন্নৈ। চাউরাক্না সে:মি: ২৫-৩০ কোনবা যন্ত্র মখল অমনি। মসি শেঞ্জেংনা হৈদুনা শাবনি। মসি পুখম মানবা অকোয়বা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসি চকপা খুন ফয়েংদসু মখোয়গী পোকপা অমদি শিবগী থৌরমদতা নত্তনা হরাও কুম্মৈগী থৌরমশিংদসু অদুমক শীজিন্নৈ। মণিপুরগী লাই য়েকপা নিংথৌজম ভদ্রাশিংহ (খৃ: ১৮৫৬১-১৯২৭ ইং) অমসুং মহাক্কী মতমদা থোরকপা মোইরাং লাই হরাওবনচিংবা য়েকপদসু শেন য়ৈবগী মশক ফজনা উৎলি। যন্ত্র অসি থেংলবদা মৈদিংগু নাউথিংখোংগী মতম খৃ: ৫২৮-৬৪৮ দা লৈরে অমদি শীজিন্নবা হৌরে হায়না লৌনরি।

## শেম্বুং

শেম্বুং, শেননা হৈদুনা শাবা মখোয় তোঙবা যন্ত্র মখল অমনি। মবুক তোঙববু শেম্বুং হায়না খঙনরবসু, মবুক তোঙদবা য়ৈন-থীন্নবা শেঞ্জেংনা শাবা খরবুসু শেম্বুংগী মনুং চন্ন-লৌনবসু য়াওই। যন্ত্র অসি চীংগী জাতি অয়াম্বনা মখোয়গী পুন্সিরোলদা থাদোক্ত বা য়াদনা ঙসি ফাওবা লাক্লি। য়ৈবগী মওংদি কনাগুম্বনা পায়রগা নৎত্রগা চৈদা লেংদুনা অকনবা নিপাশিংনা পুরগা লী ওইরবসু নৎত্রগা ব্রাচেৎ অকনবা অমদা মচীন থংবদা শউন্না য়োমশিনবা নৎত্রগা ফিনা ফিবুল তাদুনা য়ৈনৈ। যন্ত্র অসি মণিপুরগী চীং-তম অনীমক্তা শীজিন্নবত নত্তনা খা-নোংপোক-এসিয়াগী লমদমশিংগী ওইনসু য়াম্না মরু ওইবা যন্ত্র অমসু ওইরি। মণিপুরদা লৈরিবা চীংমী খুদিংমক্তা খ্বাইদগী চাউবদগী খ্বাইদগী পিকপা ফাওবা অদুম শীজৈন্নৈ।

খ্বাইদগী পিকপদা মবুক অতোঙবা য়াওরগা পাকপা সে:মি: ১০.৫ নি (দাইমেটর) অপূনবা কোনবা সে:মি: ৩২ ওই। মবুক তোঙবগী শরুক্তা সে:মি: ৩ নি। মপান হাইথবা শরুক্তা সে:মি: ২ নি। খ্বাইদগী চাউবনা সে:মি: ৬০ ওই, পূন্না কোনবা সে:মি: ১৮৪ (সারকমফরেন্স) কোল্লি। মবুক তোঙখৎপা শরুক্তা সে:মি: ১৭ নি। মপান হাইথবা শরুক্তা সে:মি: ১০ নি। শেম্বুং অসি য়ৈবগী মওংদি ব্রাচেৎনা ওইরবসু ফজনা ইৎথোক্লগা মতোনদা শউন নৎত্রগা রবরগুম্বা মতুম অমা হাপ্পা নৎত্রগা ফিবুল তাশিল্লগা য়ৈনবসু য়াওই।



শেম্বুং ঃ মৈতৈ অমসুং চীংমীশিংনা শীজিন্নবা

যন্ত্র অসি য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী তম্পাক লমদা উমং লাই হরাওবদা মৈতৈ মোইরাংশিংনা শীজিন্নৈ। শেম্বুং মৈতৈগী অরিবা রেকোর্ডশিংদা 'তরেৎ খোয়দোঙবা' হায়না শীংথানৈ। অমরোমদা শেম্বুংবু মমল লৈবা পোৎ অমা ওইনা লৌনদুনা পোৎকা পোৎকা শিন্নবা অসিসু তৌনরম্মী। হৌজিক্তী যন্ত্র অসি হিন্দুগী লাইশঙশিংদা য়ৈদুনা শীজিন্নরে। যন্ত্র অসি মৈতৈশিংনা য়াম্না মরু ওইনা লৌনবগুম চীংগী লমদসু লৌনৈ।

শেম্বুং অসি চীংগী তোঙান তোঙানবা জাতিশিংনা মখোয় মখোয়গী ওইবা মিঙৌ কয়াদা কৌনৈ। লীব্রা চনীংনা শেম্বুংবু 'সেনমন' হায়না কৌনদুনা শেম্বুংগী মমায়দা ঙা মকুগী মওং মাম্না য়াম্না ফজনা হক খোৎতুনা শীজিন্নৈ। হকলিবা মওং অসি ফজনবগীত নত্তুনা খোঞ্জেল হৌনা অমদি শাননা চৎনবগী পান্থে অমসু ওইবা য়াই। শেম্বুং থাদৌনা 'দাপি', আইমোলনা 'সম', মরিংনা 'দার' অনালশিংনা 'দালখোং', জেমৈনা 'মেয়ু' হায়না তোঙান তোঙানবা মিঙৌশিংদা শীজিন্নৈ।

শেম্বুং অসি অয়াম্বা জগোই ঈশৈনচিংবা হরাও কুম্মৈগী থৌরমদত নত্তুনা মীশি মীনা থোকপা মতমদসু য়ৈদুনা শীজিন্নৈ। মরু ওইনা থাদৌশিংগীদি নিংথৌগুম্বা অঙম অথৌ শিবা অমদি নিংথৌ অঙম অথৌগী অচৌবা থবক লৈবা মতমদা শেম্বুং য়ৈদুনা শীজিন্নৈ। করিগুম্বা শেম্বুং য়ৈবগী মখোল তারবদি নিংথৌগী থবক অমা লৈরে হায়বা খঙদুনা খুনগী মীশিংনা মখোয় মখোয়গী তৌরম্বা থবক থাদোক্তুনা লাকনৈ। শেম্বুং অসি অয়াম্বদি খুনগী পৈশা পায়বা মীওইনা লৈদুনা শীজিন্নবগী মওংসু উবা ফংই। তমেংলোং খুন্দা শেম্বুং অসি শীজিন্নরকপা চাউরাক্লা চহী ৮০ মুক শুরে। মসি খুনগী পৈশা পায়বা মীনা লৈদুনা শীজিন্নবনি। খুনগী কুম্মৈ হরাও থোকপা মতমদা নিংঙোল মন্নাশিংনা ময়ামগী

নুংঙাইনবা য়ৈ। খুনগী অহল শিরবা অমদি খুনগী থৌদোক খরদসু, পাউ পীবা মতমদসু য়ৈদুনা শীজিন্নবসু য়াওই।

## কাংশী অমসুং তরংকাং

হিন্দুগী লাইশঙশিংদা কাংশী অমদি তরংকাং নমনা শীজিন্নৈ। যন্ত্রশিং অসি পীথ্রাইনা হৈরগা শাবনি। তরংকাং মৈতৈগী খুন অরিবা ক্নাথাদা শীজিন্নবা থেংনৈ। অদুবু হৌজিক্তি শ্রীশ্রী গোবিন্দগী লাইশঙদা তরংকাং কৎনদুনা শীজিন্নবা উরে। তরংকাং কাংশীগুম্বা অকোইবা ওইদে, মথক থংবা শরুক খর পিকলপ তৌরগা মতোন চাউথোক্লগা মপানগী নাকল অনীদা খিক্তং থেকৎকনি,। কাংশীনা অকোয়বা ওই। চাউরাক্লা সে:মি: ২০ - ২৩ মুক পাকপা শীজিন্নৈ। মি:লি: ৩ মুক থানা পীথ্রাইনা হৈরগা শাবা পোৎশকনি। য়ৈনবা মচৈদি ব্রারুগুম্বা নৎত্রগা চৈ মতোন্দা ফিবুন তারগা শেম্বা নৎত্রেগা উকক মচা অমগী মতোন্দা রবর অমা হাপ্পগসু য়ৈনৈ। অসুম্না য়ৈন-থীন্নবা যন্ত্রশিং অসি লমদম অসিদা য়াম্না মরু ওইবা যন্ত্র মখল অমা ওইদুনা ঙসি ফাওবা অচৌবা থৌদাং লৌরি।


কাংশী : মৈতৈ হীন্দুশিংগী লাইশঙদা য়ৈনবা যন্ত্র


তারকং নৎত্রগা কাংশী

## তিংকুং

য়ৈন-থীন্নবগী মনুং চন্না চীংগী লমদা ‘তিংকুং’ হায়না কৌনবা যন্ত্র অমসু শীজিন্নৈ। যন্ত্র অসি সে:মি: ২৬ কোনবা রাকক্কী সে:মি: ২০ মুক শাংবা অমদা খুৎপায়ফম সে:মি: ১৫ মুক শাংবা মচৈ অমা হেনদোকহল্লগা অতোপ্পা চৈ অমনা ব্রাকক অদুদা য়ৈরগা মখোল থোকহনবা যন্ত্রনি। তিংকুং হায়রিবা মিং অসি খোইবু মরিংশিংনা কৌনবা মিংনি। শীজিন্নবসু খোইবু মরিংনা অয়াম্বা শীজিন্নৈ। যন্ত্র অসি জগোই ঈশৈগী থৌরমদ শীজন্নবত নত্তনা ফৌ পাম্বীনা ব্রাই ব্রাই লাউনা শংত্রিক শংনা ব্রাংলকপা মতমদা মদুগী ফজবা মশক থাবগা লোয়ননা হরাওবা ফোঙদোকপদা শকপা ঈশৈদসু য়ৈনৈ। করিগুম্বদসু খুনজাশিংনা খুলদা শানচিংবা চঙলকপা মতমদসু যন্ত্র অসি য়ৈদুনা ঙাকথোকপগী থবক্তসু শীজিন্নৈ।

## সারেমচি



শেরাকী ঃ আইমোল

যন্ত্র অসি যন্দং মচীদা চৈনা য়েদুনা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি। 'সারেমচি' হায়রিবা মিং অসি খোইবু মরিংনা কৌনবা মিংনি। আইমোলনা 'সেরাকি', থাদৌনা 'সেলকি', পাইতেনসু 'সেলকি' কৌই। জেমৈন 'বুইকে' হায়না খঙনৈ। যন্ত্র অসি মীশী-মীনা মতমদসু পূংগা লোয়ননা চৎলি। মসি চীংগী কাংলূপ অয়াম্বনা পাকত্তননা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি। হরাও কুম্মে, জগোই ঈশৈনচিংবদসু শীজিন্নৈ। যন্ত্রশিং অসি অয়াম্বা নিপা ঙাক্তনা শীজিন্নৈ।

# অরেনবা যন্ত্র

## পেনা

পেনা অসি মৈতৈশিংগী ওল্লিঙৈ মতমদগী নাৎকা থাদোক্লবা য়াম্রবা অরেনবা যন্ত্রশিংগী মনুংদা অমনি। য়ুবীগী মরুদা শউম্না মমায় কুপ্লগা পুংমায় শেন্নবা মতুংদা, ব্রা অমসুং উ মকক শম্নদুনা চৈখোক অমা শেমদুনা পুংমায়দা পাল্লবা মতুংদা শগোলগী শামৈনা পুংমায়দগী না চৈখোক্কী মথক্তা মরী তিংদুনা শেম্বনি। অতোপ্পা য়োং অকোনবা অমনা শামৈ হাপ্পুনা লেল্লগা মখোন থোকহনবা যন্ত্রনি।



খুৎখুং পেনা
পেনা অচৌবা : মৈতৈ

পেনাগী তোঙান-তোঙানবা মচাকশিং তাকপা





মরুগী শরুক
১। তেঙখল
২। পুংমায়
৩। মরু
৪। উয়েক
৫। উতোং
৬। নুরা খ্যাংচেৎ
৭। শামৈ
৮। চুম্বুল্লি
৯। লৈনা
১০। মরেক

চৌজিং শরুক
১। নারেং খোংজি
২। শরীক
৩। য়োৎকোন
৪। শরীক থবৌ লং
৫। চৌজিং
৬। খুদুম
৭। শামৈ
৮। মোন
৯। শামৈ কোন্দ



উরৈরোম লাবা

থোইদোক্না কুপশিনবা মীৎয়েংদা পেনা অসি শরুক অনী থোক্না খায়দোকই। পেনাগী মরু অমদি চৈজিং। পেনাগী মশা ওইরিবা মরু অসি মচাক মপাল থোক্না খায়দোকই। মদুদি - ১) মরু, ২) তেঙখল, ৩) পূং মায়, ৪) শামৈ, ৫) চুম্বুল্লি, ৬) উতোং, ৭) উয়েক, ৮) লৈনা অমদি ৯) মরেক অসিনি। কনাগুম্বশিংনা মরেক্কী মহুৎতা নুরা খ্যাংচেৎপু মশীং চন্না লৌনবসু য়াওই।

পেনাগী চৈজিংসু মচাক মপাল থোকনা খায়দোকই। মদুদি - ১) নারেং খোংজি, ২) য়োৎকোন, ৩) শরীক, ৪) শরীক লং, ৫) শামৈ, ৬) শামৈ কোম্থাং, ৭) মোন, ৮) খুদুম অমদি ৯) চৈজিং ময়াঙ অসিনি।

পেনা মখল : মৈতৈশিংনা ব্রারুনা খেৎলগা শাবা অমসুং য়ুবীগী মরুনা শাবা পেনা মখল অনীখক শীজিন্নৈ। মসিবু পেনা অচৌবা অমদি পেনা মচা হায়রগা খঙনৈ। পেনা মচা অসিবু 'খূৎখূং' পেনা হায়রগসু খঙনৈ। পেনা মচাগী পাকপা চাউবদি মরুগী অকোয়বা (দাইমেটর) সে: মি: ২২ নি। পূংমায়না (দাইমেটর) সে:মি: ৫ নি, মনীংগী খোঞ্জেল থোকফম মখুল অহোবা অমা য়াওবসিনা (দাইমেটর) সে: মি: ৩, চৈখোক্কী অশাংবা মরুগা হেক তাইনবনা সে:মি: ১০ নি অদুগা মতোল থংবনা সে: মি: ১৭ নি। মতোনগী অকোয়বা (দাইমেটর) সে:মি: ২.৫ নি।

পেনা অচৌবনা মরুগী কোনবা (দাইমেটর) সে:মি: ৩২ নি। পূংমায়গী পাক চাউবনা (দাইমেটর) সে: মি: ৯ নি। পেনাগী চৈখোক্তা তাঙ্কক অনী থোক্না পাল্লি। মরুগা হেক থংনবনা খরা পিকই মসিনা সে: মি: ১২ নি। অদুগা মতোন থংবনা খরা চাউই (অশাংবা) মসিনা সে: মি: ১৯ নি। মতোনগী অকোয়বা (দাইমেটর) না সে: মি: ৩ নি।

## চৈজিং

চৈজিংগী চৈখোকনা সে: মি: ২৬ নি। য়োৎকোন মরীনা শাংবা সে: মি: ৪২ নি। চৈজিং অয়াম্বনা চাউবা শাংবা চাং মান্নরপ লৈ।

খূৎখূং পেনা অসি চকপা খুনশিংদা অয়াম্বা শীজিন্নৈ। চকপা খুনশিংনা শীজিন্নদ্রিঙৈদা মৈতৈশিংনা লাই হরাওবগী লাই য়াকৈবদা পেনা অচৌবগী মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নরকই, মতুংদা চকপা খুনশিংদা শীজিন্নখি হায়না অহলশিংনা হায়নৈ।

## পেনাগী খোঙহৌ

পেনাগী খোঙহৌগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত লৈ। পেনা অসি অহানবদা খোমতুম্বা কৌবা (খোংক্রম অথাবী) তুম্বা মখল অমনা শীজিন্নরম্মী। মথংদা ব্রাগী-ব্রাক্রনা খেৎলগা শীজিন্নৈ। মমৈথংদা ইনিংথৌ খাগেম্বগী মতম খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২ দগী য়ুবীনা মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নরকই। পেনা চৈজিং অসিসু অহানবদদি *উরৈরোম লাবা** কৌবা পাম্বী মখল অমনা কোলম্মী। শরীক অসিসু *য়োংশরিক** মহৈ মরু পানবা নিকপদা শ্রীক শ্রীক লাওবা মখোল থোকপা মখল অমনা ওইরম্মী। মরুগী পুংমায়না শজি মউম্না ওইরম্মী। হংকোক মউন অমসুং হঙোই মউম্নসু তিংনরম্মী। ঙম্লিঙৈ মতমদা শউন নম্লগী মওং অসি মৈতৈ চেং মচং ফজবনা থোংবা চাক্কা শগোল হৱাই তীংলগা মকু খোকলগা উহন মনাগা পূন্না কৃপ্না শুরগা নপলম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা মওং অসি তৌনদ্রে। মসিদা 'খে' কৌবা উদগী শেম্বা অমুবা মচুনা তৈনরম্মী। শগোলগী শামৈনা চৈজিং শামৈ ওইনসু শীজিন্নরম্মী।

## কয়াম কুইরবগে

পেনা হায়বসি য়াম্না লিরবা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসি য়াম্না কুইরবা নীংশিংবা থোক্লুবা মতমদগী লৈরকলে হায়না লৌনৈ। মসিগী প্রমানদি পেনা লাইরিক্কী অহানবা লাতমদা 'অসীপনা হাম্না খোংএ' হায়বসিনা নীংশিংবা থোক্লুবা মতমদগী লৈরকলে হায়বা তাকলি। অসিগুম্বা ইজাতি অসিগী চহী মশিং থীঙমদ্রবা মতমদগী লৈরকলে হায়বা ব্রাফম ময়েক শেংই। ব্রাফম অমনা যন্ত্র অসি চহী ২,০০০ গী মমাংদগী হৌনা শীজিন্নরকলে হায়বসি *নুমিৎ কাপ্পা* হায়বা অরিবা খৃৎই লাইরিক্তগীসু খঙবা ঙম্মী। খৃষ্টগী মমাংদা থোকপ্লবা ব্রারী খ্বাই নোংজেংবম পিবা য়েকমা হাউতংলানা অঙোম নিংথৌবু তেন্না থাদুনা হাৎলুবদগী নিংথৌগী মনাউ নুমিৎ সনা খোম্বদোন অতোনবা কৌবনা খ্বাই নোংজেংবম পিবাবু কিবদগী চেনখিদুনা মোইরাংগী লোঈরেন খুনবিরোক্তা লোৎখি।

কংলৈ লমদা নিংথৌ পান্দ্রবদা প্রজানা মনীং তম্না মখোয়না তৌনীংবতা তৌবনা মরম ওইদুনা লৈবাক মরা তপ্পা পানবা ঙমদ্রবা কাং-খোং চাইবা উবদগী নিংথৌ পোংবা তারানা ব্রা তান্নখি। লৈবাক অসিদা নিংথৌ পান্দবদগী লৈবাক প্রজা য়াম্না ব্রানরে। মরম অদুনা চেনখিবা নিংথৌ অসি থিদবা য়াদ্রে হায়না লেপ্পুরে।

* উরৈরোমলাবা = *Macaranga Tetra cucus*
* য়োংশরিক = *Yellow Melilot.*

অরোনবা পাউ লৌনবা অরোনবা মীওই কয়া, থাদোকখি। মমৈথংদা নিংথৌ অপানবা অসি মোইরাংদা লোৎলি হায়বা খঙলক্লুনা মী কয়া মাইবা মাইবীনচিংবা থাদুনা থেমগৎলুই। মসিদা নিংথৌনা কংলৈদা হল্লকউ হায়বা য়াখিদে। মমৈথংদা নিংথৌ পোংবা তারানা ষ্রা তান্নদুনা মচা ইবেন্মা ষ্রাংঙমলোন পাম্হোইবীবু থাদুনা থেমহল্লুই। মচা ইবেন্মাগী অকনবা ষ্রাহৈ অমদি অমেংবা খোনফম কয়াদগী নিংথৌ অপানবা কংলৈদা হল্লক্লুনা পানখি। নিংথৌনা সনা খোংলেংলকপা মতমদা মোইরাংগী লোঈরেন খুনবী রোক্তগী লফুগী পোঙদা তোংদুনা ময়াং ইম্ফাল মায়কৈরোমদা সনা খোংলেংলকখি। মতম অদুদা লৈনুং থারুক অশৈবনা পেনাগী শৈশক্লা নাউথেম ঈশৈনচিংবা কয়া শক্লুনা লাকপনা লমখাঙদা পেনাগী চৈজিং মখোক নানথোকখি। নানথোকলিবা চৈজিং মখোক অদু লফুগী পোঙ অদুদা শুজিন শজিন্না শেমদুনা লাকপনা চেৎশিল্লু হায়বা ইয়া য়াদনা শমুরৌ হায়বা লম অদু য়ৌরকখি। খোংফম অসিদগী 'পেনা শেমলিঙৈ শমুরৌ য়ৌহি' হায়বা পাউরৌ অসি থোকখি। ঙসি ফাওবা চিম্থাংয়েনা পাউরৌনরি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী মদুদি পেনা হায়রিবা যন্ত্র অসি খৃষ্টগী মমাংদগী লৈরক্লে হায়বসিনি।

মসিগী মতুং তারকপদা মথং মথং শমথরকপনা খৃষ্টগী ৩৩ শুবদা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পানবা মতমদা লৈমরেম্বী লাইসনাগী মবুঙ পোইরৈতোন্না পেনা লোয়শঙ লিংখৎতুনা পেনা শকপা অশৈবা কয়া থমখি। লোয়শঙ অসিগী শীনদোক শীনজীন তৌনবা পেনা খোংবশিংগী মনুংদা শঙলাকপা অমা হাপ্লগা মাগী মিৎয়েং মখাদা হঞ্জবা হিদংনচিংবা পেনা খোংবশিং লৈহল্লি। অসুম্না মথং মথং চথরকপনা হৌজিক হৌজিক সনা কোনুংদা পন্দিত লোয়শঙগী মখাদা পেনা লোয়শঙ অসি লৈরি।

## পেনা কয়াম কুইরবগে (লিরবগে)

পেনা হায়রিবা যন্ত্র অসি কয়াম কুইরবা অমদি কয়াম্না লিরবগে হায়বগী মতাংদা পেনা লাইরিককী অহানবা লাতমদা অসুম্না পল্লি।

... হৌজিক পেনাগী মসকপু ফাওনা হায়রককে। নুমিৎনা মরূনে। থা কৌবা লাইনা মমায় ষ্রোইয়ে, থাকী মনুংতকী হায়পোং পামপি অতুনা পেনাকী তেঙখল ষ্রোইরে। মখুল অখুপা অতুনা পুং কোয়কী মনুং তা ফাওরুতুনা অয়ামপা হায়খরিবা অতুকী ষ্রুং হায়পা খোনথোক্লা সিংলি মৈলোমপা ষ্রোইরাবাকা পুংকোয়কী মনুং অতুনা ষ্রুতোং ষ্রোইতুনা

বুয়েক অতুনা খোয়রী ব্রোইতুনা পেনাকী চৈচিঙ অমরক ব্রোইয়ে। মরীলীসাপা মরাং লাংসাপা পুমনামানা পেনাকী সরীক ব্রোইরে। চক কিরিপা তাং কিরিগী অনিমাকী তুনা অনি পেনলে হায়পাকী পেনা কৌএ। অসিপু মপাল খোক্লা খোংপানে। অসিপু তাইপঙ পানপাকী পোকনা মাঙনপাকী অসীপানা হান্না খোংএ।।

## পেনা শীজিন্নবগী মওং

পেনা নিংথীনা, খোম্থোক চুম্না শেম্লবা মতুংদা হায়বদি মরুগী খোংদিং শামৈ অদুগী চুম্বুলি অদু ইনখৎতুনা খোম্থোক চানা তিংলবা মতুংদা চুম্বুলিদা ঈশিং থারগা চেৎশিলহনগনি। মতুংদা খোংদিং শামৈগা চৈজিং শামৈগা অনীমক উচান মরেক নান্দুনা শিংলগা পেনা অদু লেন্দুনা মখোল চুম্বরা য়েংগনি। অসুম্না পেনাবু খুবী অমদি খুদোম্বীগী মরক্তা লেন্দুনা মখোল চুম্বরা য়েংগনি। অসুম্না পেনাবু খুবী খুদোনবীগী মরক্তা খুৎ ওইনা উতোংগী মতোল থংবা চুম্বুলি পুল্লিবা ময়া অদুদা চপ্পুনা পায়গনি,



পেনা খোংবগী শক্তম

মরু মশানা থবাক্কী ওইগী মথক্তা ভাদুনা খোংদিং শামৈনা য়েৎলোমদা ওন্না পায়গনি। খোংদিং শামৈ পুমথা থাদোক্তুনা লেল্লগা থোকপা খোম্থোকপু 'য়া' হায়না খঙনগনি। খোংদিং শামৈদা খুদোম্বী নন্নগা লেলবদা থোকপা খোম্থোকনা 'রি' হায়না খঙনগনি। খোং দিং শামৈদা খুৎয়ায় খুদোম্বী অনী নন্নগা লেনবদা থোকপা খোম্থোকনা 'হৈ' খঙনগনি অসুম্না খুৎনিংথৌ, খুৎয়ায়, খুদোম্বী অহুম্না নন্নগা লেনবদা থোকপা খোম্থোকপু 'রু' হায়না খঙনগনি। খোংদিং শামৈদা খুৎনাওবী খুৎনিংথৌ খুৎয়াই খুদোম্বী নম্বদা লেনবদা থোকপা খোম্থোকনা 'রৈ' হায়না খঙনগনি। অসম্না খুৎশা মরীনা মথক্কী অদুদগী খরা খুৎফম কাখৎনা নন্নগা লেনবনা 'থৈ' অদুদগী অমুক খরা কাখৎনা খুদোল ওইনা নন্নগা লেনবনা 'য়ি' খোম্থাং খঙনগনি। অসুম্না খোম্থাং তরেৎ অসি থোক্লা শীজিন্নদুনা পেনাগী শ্বর তরেৎ পুথোক্কনি। অসুম্না পেনাগী খোংদিং শামৈদা খুৎশা মরী তোঙান তোঙাননা মথং মথং নন্নগা লেনবদা পুথোকখিবা খোম্থাং

তরেৎ অদুদি মখাগী অসিনি - য়া, রি, হৈ, রু, রৈ, থৈ, য়ি।। অসুম্না পেনা শীজিন্নবগী মওং পীরি।

পেনা হায়রিবা যন্ত্র অসি কনাগুম্বনা য়াম্না পিক্না চম্না অমদি লায়না উবা মরমনা 'পেনা মুক লায়বা য়ানি' হায়বসি শীজিন্নে। পেনা শেম্বা নৎত্রগা শাবগী পোৎচঙ অসি মচাক ইচঙ চঙদনা শাবগী পেনামুক লাই হায়বগী য়ানি, মসি মতম শাংনা ওজা নাইনা তমম্রবদি য়াদবা, শৈশক্না লোয়নগদবা যন্ত্র অমনি। তমদবা মী অমনা মখোন চুম্না খোংবা শুকঙম ঙমলোই, সুরগী অনেম অরাং শেন্নগা শৈশক্রবা মরমনা মখোন ফনা ফবা শৈশকপা অমা ওইরবসু পেনাগী সুরগা চাশিন্নব্রবদি ফজনা শকপা ঙমলোই। পেনাগী শৈহেক মখল য়াম্মী (১) হেন্নী পাবোৎ, (২) হেন্নী থাংয়ৈ, (৩) কালেন হৈজীং (৪) শীকপ্লোন অসিনচিংবগী মতুং ইন্না পেনাগী সুর হন্দ খায়দোকই। পেনাগী মরোলসু মখল য়াম্মী। লাই হরাওবদা খোংবা মরোল, মীয়ামগী হরাও কুম্মেদা খোংবা মরোল, অকল অথৌগী শা লান্দা মতীক মথৌনা থাবদা খোংবা মরোল, শৈহৌরোল, ঈকৌরোল, ঈকারোল, নোংশারোল, নোংকৌরোল,লমইনরোল অসিনচিংবনি। পেনাগী মরোল য়াম্বগী মতীক খূৎখৎ অমত্তা মান্নদে, মরোলসু তোঙান তোঙান্নি। পেনাগী শৈহেক শৈদাশিং অসি লৈনুং থারুক, ইপল থরো নোংথোনবা, লৈনুং নোংখোং খুং খোম্বা, তাংক্রিকপনচিংবা লাইগুন্নবা শৈশকপশিংনা পুথোকপীরম্বনি। যন্ত্র অসি পিকচরবসু মশাগী চপ চাবা মগুন লৈজবা যন্ত্রনি। অতোপ্পা যন্ত্র য়ৈন-থীন্নবা অমদি অকাম্বা, অথীংবগী মতেং য়াওব্রবসু মশা মথন্তগী খোনথোক্লা মপুং ফাবা শৈহেক শৈদা পীবা ঙম্বা যন্ত্রনি। মসিমক্না ঙসি ফাওবদা ইনাৎকী ওইবা থৌরম কয়াদা মতোমতনা থৌদাং য়াম্না চাউনা লৌবা ঙম্বসিনা লেঙব্রব খূদমনি।

## থৌদাং অমদি মফম

পেনা মৈতৈজাতিগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা অরিবা অরেনবা যন্ত্রমখল অমনি। যন্ত্র অসিনা য়েলহৌঙৈদগী হৌনা জাতি অসিগী নাৎকা শাগোন্নবা থাদোক্লবা য়াদনা ঙসিফাওবা অচৌবা থৌদাং লৌরি। জাতি অসিগী ইনাৎকী ওইবা থৌরম কয়া হায়বদি লৈশেম নোংশেম্বগী মশক অমা তাকলিবা *লাই হরাওব*গী থৌরমগা থাদোক্লবা য়াদনা লাক্লি। মসিদসু নত্তনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা নিংথৌশিংবু ফম্মাঙ চঙদুনা *য়াকৈবা* অমদি নাউশুম্না মতমদসু পেনা অসি খোংই। নিংথৌশিংনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদা অমদি শন্দাইদা লেঙশিন্নকপা মতমদা সনা-লমওক্লচিংবা শৈশক্লদুনা পেনানা

অচৌবা থৌদাং লৌরি। নিংথৌনা লমদা শমু তোংদুনা লেঙথোকপা মতমদা পেনা শকপা অশৈবা ওজা অমদি শোইদনা থৌগল্লি। মহাক্না থুংঙু থুংঙুবা মফমশিং অমদি ফাওদুনা চৎপা লমশিং অদুগী ফজবা অমদি মফম অদুগী লমিৎ-তুমিৎ, হৈ-লৈগী ফজবা মশক কয়া শৈথাদুনা শকই। মসিবু খাইনা লমইন পেনা হায়নসু খঙলৈ।

মৈতৈ লৈবাক্তা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলকত্রিঙৈগী মমাঙদদি পেনা পায়দুনা থোংলিবা অশৈবা অদুনা শিপ্রবশিংগী মথৌ য়াংগেনবা, পুরোই লামকোয়বা (শোরাৎ শোনবা) হায়দুনা জাতিগী চৎনরোলগী থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়ারকই। হৌজিক হৌজিকমকসু চকপা খুন অন্দ্রো, সেকমাই, ফয়েং, খুরখুলনচিংবা মফমশিংদা পেনা অসি য়াম্না মরু ওইবা যন্ত্র অমা ওইনা শীজিন্নরি। অশিবগী থৌরমদা পেনা অসি য়াওদবা য়াদবা অমা ওইরি।

অঙনবা মতমদা লমদম অসিদা লৈরিবা মীওইশিংনা অৱা পোত্থানবা মতমদা মাগী মাগী খুন লৈকাইদা পেনা শকপা অহৈবশিং নেক্লগা পেনা তাবা চৎনরম্মী। পেনা ফাংনবা হায়না পেনা খোংবা অনীনা অওক অথোং তৌনদুনা য়াম্না নুংঙাইবা শৈশক্তা মীয়ামবু অৱা পোত্থানহল্লম্মী। খুন লৈকাই খুদিংগী পাখঙ লৈশাবীশিংগীত নত্তনা অহল লমন য়াওনা পেনা অশৈবা নেক্তুনা নিংথৌরোলগী ৱারী, কংলৈরোলগী ৱারী পরিং, পোম্বী লুৱাউবগী অমদি নোংপোক পাম্হৈবীগী ৱারীদা নত্তনা লমদম অসিগী হৈরোল লৈরোলগী ৱারী কয়াবু শৈথাদুনা শকপনা থম্মোয় শুমহৎনবগী মশক ওইবা ৱারী কয়াগী শৈশক্তা ঐখোয়না তাবা ফংলি। শৈশক অসি হেক তাবদা নৌহৌনা ইমাঙদা থোকপগুম উহল্লী।

অসুম্না পেনানা চহীচা কয়াদগী মৈতৈগী ওইবা লাই হরাওবগী থৌরম কয়াদা থৌদাং চাউনা য়ারকপদা নত্তনা নিংথৌ কয়াগী হাক্তক্তগী খুঙ্গং লৈকায়শিং নহা অহল, পাখঙ লৈশাবী কয়ানা পেনা শকপা ওজাশিংবু কৌরগা নিংথৌরোল, নোংপোক পাম্হৈবী, নুংবান পোম্বী লুৱাউবা অমদি মোইরাং শাইওনগী নুংশি নুংওলগী ৱারী শক শোন্দুনা তাম্নরম্লদু পামহৈবা মহারাজগী সনা হাক্তক্তা শান্তিদাস গোষাইগী থৌইনশিন্দগী মৈতৈগী ঈশৈ শক শোনবা লেপখি। মসিদগী পেনা শক শোনবগী থবকসু মতম খরা লেপখি। মসিদসু নত্তনা মহরাজ ভাগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্ত খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮ মসিদগী অৱাশিংনা মণিপুরদা লান তোয়না তোয়না তৌবদগী মণিপুর কাংথোং চাইখি। চহি ৭ খুত্তাকপা থোকখি। মসিনসু মরম ওইদুনা মৈতৈগী ঈশৈ শকপা শোনবা পূমলেপ লেপখি।

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নিংথৌ ওইরবা মতম খৃঃ ১৮২৫-১৮৩৪, শা লানগী অকিবা লৈত্রবা লৈবাক মরা তপ্পা ইংনা পাল্লক্লবা মতমদুদগী পেনা শকপা ওজা চবুংবনা খম্বা থোইবীগী ৱারীবু নৌহৌনা অমুক শকপা হৌখি। মসিগী

মতুং তারকপদা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬ দা ওজা চবুংবগী মথংদা চনম্বা পেনা শকপা মাগী অশেংবা মমিংনা চনমচা বাপু হঞ্জবা (চিংঙা মখা চনম পুষ্ণি মপান) মখা তানা নিংথৌরোলগী হ্রারী শকথবা হৌখি। নিংথৌরোলগী হ্রারীদা নত্তনা মোইরাং কংলৈরোলগী হ্রারীদা মুমফম ওইবা শাইওন ৭কী হ্রারীদা খম্বা থোইবীগী হ্রারীসু য়াম্না ফজনা লৈশি লৈথোক্লদুনা শকপদা নিংথৌনা পেনবিখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার থোঙলেঙবদা নিংথৌগী থৌগল তৌদুনা শকখিবা খম্বা থোইবীগী হ্রারীবু জিলা দরবার হল্লক্লবা মতমদা সনা কোনুংদা থা অমা চুপ্পা পেনা থৌগল তৌহনখি। চনমচা বাপুহঞ্জবা, পাঙম্বা অমদি হ্রাঙুগী লোইতোংবম ঙাংবা পেনা শকপা ওজা অহম অসিনা খম্বা থোইবীগী হ্রারীবু নোংমা নোংমগী পালি নাইহন্দুনা মহারাজগী থৌগল তৌহনখি। মতম অদুদদি পেনাদি নুংথিলগী মতমদত তাররম্মী। অয়ুক্কী চাকলেন চারগা ঙরূপ্পা নুংথিলদগী হৌরগা নুমিদাংহ্রাইরম নুমিৎনা ময়ুম হেক চঙখিবগা লোইনরম্মী। অসুম্না নুংথিলদা সনা থৌগল তৌরকপদা হ্রারীনদি শাংবনিনা য়াদবা মতাং থোকপা, নুমিদাংহ্রাইরমদি ওইশিল্লকলবা, তারিবা মীশিংনসু লোইহননিংদবা মতাং, শক্লিবা ওজাশিংনসু লোইশিনবা য়াদবা হ্রারী মতাং ওইদুনা মথহ্রায় য়াওনা অহ্রাবা খঙদনা হমাং তাবমখে শকপা অদুবু হৌজিক ফাওবা পাউরৌ ওইনা হায়নরি, 'পেনা শকপগী নুমিদাংহ্রাইরম।' অসুম্না থা অমা চুপ্পা শকপা য়ানবা ওজা অহুম্না নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক চাকমাঙদা তান্নরগা মাগী মাগী পালি তাবা নুমিৎতা মথহ্রায় য়াওনা হ্রাহে হ্রাতা ফজবা প্রামান পাহ্নে পাউরৌ কয়া মতাং চানা হাপচিন্দুনা খম্বা থোইবীগী হ্রারীবু মরীক চুম্না শাংদোকহনখি। থোইবীনা কবোদা লোই কুম্মদগী লোই কাবা ফাওবদা লম্মিৎ তুমিৎকা কোয়না হ্রারী কয়া হাপচিনবদা নত্তনা খম্বনা মবায় ফৈরোইজাম্বগা লোয়ননা কবোদা লোম্না কোয়হন্দুনা ফজবা হ্রারী মপূম অমা শাগৎতুনা শকখি। খম্ববু শমুখোংদা য়েৎপগী কংলা হ্রাকৎপদা ঙাংনখিবা চাউবগী হৈশিংবা হ্রাহে হ্রাতা কয়াবু মতাং চানা ফেঙিন্দুনা ফজহনখিবা চনম্বা পেনা শকপনি। চনম্বগী মথংদা মহাক্কী সেবক চুংখাম মনিকনা মখা শম্মথখি। মহাক্না শকপা ঈশৈগী মতাং চাবদা শা উচেক্কী মখোল মান্না থোংবদা য়াম্না হৈ হায়নৈ। মানা হৌদোং থোংবগী মতৌ তম্বদু মানমনখ্রদুনা হৌদোকগুম্বী হায়দুনা মাবু 'চুংখা হৌদোং' হায়না নিংথৌনা থোনবিবদগী মমৈদা অশেংবা মমিং তোক্কুনা 'চুংখা হৌদোং' হায়না মমিং চৎখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা মমিং চৎপা পেনা শকপা ওজা অহুম অসিগী সেবকশিংনা অমুক নৌহৌনা লমদম অসিগী কাচিন কোয়া শীন থুংনা মোইরাং শাইওনগী হ্রারী শকপীখিবদগী ঙসি ফাওবা কাওনদ্রি হায়না অহলশিংনা হ্রারীনরি।

হৌজিক্কী মতমদদি অসিগুম্বা পেনা তাবগী থবক অসি তোক্লম্রে। অদুবু অথাপ অথাপ্পা খুদংশিংদদি করিগুম্বা কুম্মৈ হরাও থোকপা মতমদা তান্নবদি য়াওরি, অদুবু মসি য়াম্না তাঙনা থোকলে। মতম অমদা পেনাগী থৌদাং অসি মসিনসু লোইবা নত্রি। পুম্রি হোঙবা, লুহোংবা, উক্রোঙ হোঙবা অমসুং অহোং খোংচিংবনচিংবা থৌরম পুম্নমক্তা পেনা-না য়াকৈবগা লোয়ননা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই।

যন্ত্র অসি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না খুঙ্গং লমদতা নত্তনা সহরগী ময়োলদদি য়েংশিনবিনবা মী য়াংলকপনা মতম খরগী মতুংদা যন্ত্র অসিগী মহৎ করিনা শিল্লকদগে হায়বগী অকিবা ফাওদবা নত্তে। মতৌ অসুম্না মণিপুরদা খৃ: গী মমাঙদগী হৌনা যন্ত্র অসিগী মরু ওইবা মফম অমা থমলকপদা নত্তনা খৃ: পোকখ্রবা মতুংদগী ওইরক্লিবা মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবগী মতমদা মরু ওইবা শঙলেন অহুম হায়বদি অমাই, অশৈ, য়োইরেন অহুম লিংখৎতুনা মফম অমা থমখি। অশৈবগী শঙলেম্না লৈবাক্কী ওইনা অচৌবা থৌদাং য়ারকই। অশৈবগী শঙলেনগী মকোক অদুবু 'পেনা শঙলাকপা' হায়না খঙনদুনা ঙসি ফাওবা মখোয়গী পেনানা মৈতৈ জাতি অসিগী অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাকপত নত্তনা মফম অমসু চাউনা কনদুনা লৈরি।

## তিংতৈলা নৎত্রগা তলংতলাই

তিংতৈলা নৎত্রগা তলংতলাই হায়বসি তাংখুলশিংনা কৌনবা মিংনি। খোইবু মরিংনা 'তারি' হায়না কৌনৈ। সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টকী ওইনাম খুন্দা লৈবা পুমৈ কাংলুপশিংনা 'লোবুং' হায়না খঙনৈ। কবুইনা 'লাবুং' কৌই। রোংমৈনা 'রো', জেমৈ অমদি লেংমৈনা 'নরা' হায়না খঙনৈ। তরাওশিংনা 'তাল-লা' কৌই। যন্ত্র অসি চাউরাক্পা সে: মি: ৫১ মুক শাংই। মরুনা তুম্বানা ওই, মচৈনা য়ানা ওই। মরীনা মণ নৎত্রগা ইরোই মমৈনা ওই। শগোল শামৈনসু ওই। মবুক্তা তুম্বা মচেৎনা খুতি হাপ্পী। মরুবু য়োমলিবা মমায়না হুই নৎত্রগা ওক্কী ঈশিংখাওনা ওই। মসিদা লেননবা ওইরিবা চৈজিং অসিনা ইচম চম্বা য়াচেৎ অমদা কোল্লগা শগোল



তিংতৈলা : তাংখুল

শামৈনা লং ওইনা তিংলগা শেম্মী। চৈজিং অসিবু তাংখুলশিংনা 'তিংকেরি' হায়না

কৌনৈ। তমেংলোং খুন্দা লৈবা কাংলূপনা মরুনা 'রোবুং', চৈজিংনা 'রোতাং' হায়না কৌনৈ।

খোংবগী মওংদি যন্ত্র অসিগী মরু ওইরিবা তুম্বা অসিনা ওই থংবা লেংজুমদা থন্নগা মচে অসিনা খুৎ ওইনা পায়রগা চৈজিং ওইরিবা অকোনবা মচে অসিনা খুৎ য়েংনা পায়রগা লেল্লগা মখোন থোকহনবনি। চৈজিং অসি হান্নদি ইচম চম্না য়াচেংনা শীজিন্নরম্নবসু হৌজিক্তি য়োংনা কোলগা শান্নবসু য়াওরে।

## সিরাংদা


সারেংদার : আইমোল

মণিপুরগী চীংগী লমদা অরেনবা যন্ত্র ওইনা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসি মরু ওইনা চীংমী কাংলূপ আইমোল, অনাল, কোম, চীরু, তরাও, লমকাং অমদি থাদৌশিংনা শীজিন্নৈ। 'সিরাংদা' হায়বা মিং অসি থাদৌ অমদি অনালনা কৌনবা মিংনি। আইমোলশিংনা 'সারেংদার', তরাওশিংনা 'সনন্তা', লমকাংনসু 'সনন্তা' অসূম্না তোঙান তোঙানবা মিঙৌদা কৌন্দুনা শীজিন্নৈ। খোইরেনতাক্কী কোম অমদি মানতক্কী কোমশিংনসু 'সিদানদা' হায়না কৌনৈ।

যন্ত্র অসি য়াং কৌবা উনা শাবনি। চাউরাক্না সে:মি: ৭২ মুক শাংবা উকক অমগী শরুক অহুম থোকপগী মখা থংবা শরুক্কী তঙ্খাই অমদা মবুক কোৎথোকপনি। কোৎথোকলিবা শরুক অদুদা শউন অপাবনা মমায় কুপশিল্লি। যন্ত্র অসিগী মথক থংবা শরুক্তা নাকল ওইরগ্না উগী খুর্চি পাল্লি। শউন কুপলিবা অসিগী ময়ায় চপ চানা মথক্কী খুর্চিগা পান্ননা অকনবা লং অহুম তিংই। লং অহুম তিংলিবা মখা থংবা শরুক্তা উচেৎ অমা শউন তিংলিবা মমায়দা ঙাকথংলি। সুরগী অনেম অয়াংসু মথক্কী খুর্চিসিদা শেমগনি। হায়রিবা যন্ত্র অসিদা অতোপ্পা মরী পানবা অকোনবা মচে অমানা লেল্লগা মখোন থোকহনবনি। অকোনবা মচে অসি অয়াম্বনা কনম পয়ানা* ওই। খোংবগী

* কনম পয়া = *Bamboo split.*

মওংদি য়ুংনা ওই থংবা খুৎনা পায়রগা য়েৎ থংবা খুৎনা ফৈনা লেম্দুনা খোংগনি। যন্ত্র অসিগী মতোন থংবদা তোঙান তোঙানবা উচেকশিংগী মশক মওং হাপ্তুনা শীজিন্নে। আইমোনশিংনা খুনু, মাত্তক্কী কোমশিংনা ঙারাকপী অসিনচিংবা হাপনৈ। হাপজিবা উচেকশিংগী মশক অসি চীংমী কাংলূপশিংগী মাগী মাগী মনাৎকা থাদোক্কুবা য়াদবা পোৎ ঙাক্তনি।


সারেংদার খোংবগী শক্তম

মণিপুরগী অমত্তা ঙাইরবা ম্যুজিকোলোজিষ্ট লাইশ্রম বিরেন্দ্রকুমারনা মাগী মত ওইনা মণিপুরদা কৌনরিবা 'সিরাংদা' মিঙৌ অসি য়েংলুরগা যন্ত্র অসি নোংচুপ বেঙ্গলগী বিষ্ণুপুর হায়বা মফম অদুদগী হৌরকখিবনি হায়নৈ হায়না পীরি। মফম অদুদনা 'সাঁবিন্দা' কৌনৈ। অন্নাং ভারতকী ত্রাইবেলশিংগী লমদা অমসুং বিহারগী ত্রাইবেলশিংনসু 'সারিদা' হায়না খোংনৈ। খোইদোকপা ব্রাফম অমনা ব্রাহ্মেংবম য়ুমজাওগী আরকাইবতগী ফংবা মতুং ইন্না মণিপুরগী নিংথৌ বোধচন্দ্রনা অন্নাদা ১৮ শুবা চহী চাদা অব্রাফমদা লৈরিঙৈদা 'সারিন্দা' হায়রিবা যন্ত্র অসি মশানা শাজদুনা খোংখি হায়নৈ। অদুবু যন্ত্র অসি তোঙান তোঙানবা চীংমী কাংলূপশিংনা মখোয় মখোয়গী চৎনবী মিঙৌদা তোঙান তোঙান্না কৌনরবসু পোৎশক্তি অমত্তা ওইরি। যন্ত্র অসি কনানা, কৈদৌঙৈ, কদায়দগী পুরক্লুনা নৎত্রগা লৌরুদুনা লমদম অসিদা শীজিন্নখিবনো হয়বদি ঙমদ্রি। যন্ত্র অসি চীংগী লমদা খুনশিংগী হরাও কুম্মৈগী মতমদা নিপা নুপী পুন্না ঈশৈ শকমিন্নবদা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি।

# অখোংবা অমদি অকাম্বা যন্ত্র

চীন্না কামদুনা খোংবা যন্ত্র মখলশিং অদুবু ঐখোয়না খোংনবা যন্ত্র হায়না খঙনে। তম্পাক লমদা শীজিন্নরিবা মরু ওইবা খোংনবা যন্ত্রশিংদি তৌদ্রি, বাঁশী, থরাউচি, পেরে অমদি মোইবুংনি। চীংগী লমদা চীন্না কামদুনা খোংবা যন্ত্র মখলশিং য়াম্না মরাং কায়না শীজিন্নে। যন্ত্রশিং অসি চপ মান্নবা মশক্তা তোঙান তোঙানবা মিঙ্গৌদা চীংবী কাংলুপশিংনা কৌদুনা শীজিন্নে। চীংগী লমদা শীজিন্নবা মরু ওইবা যন্ত্রশিংদি বেঙ্গুল, কীলম, সারেমচি, রুসেম, লেহমলৈ, রে-অরু, থৈফিট, তৌদ্রি অসিনচংবনি।

## তৌদ্রি

তৌদ্রি হায়বসি 'তৌ'* গী মতোন্দা খোংবা মতমদা রি-রি, লাউবা মখোন অমা থোকই হায়দুনা তৌদ্রি কৌই হায়না ঙসি ফাওবা চিন্থাং য়ৈনা ঙাংনরি। তৌদ্রি অসি অরিবা লোন্দা চকপাখুন লৈত্রামনা 'ব্রাতোন থরাউ' হায়না কৌনে। মসিবু 'কোংয়াং ব্রাতারি থারি নামোই ঈ' হায়নসু খঙনে। তৌদ্রি হায়বসি চীন্না কামদুনা খোংবা যন্ত্র মখল অমনি। অয়াম্বনা তৌদ্রি অসি মতাং পানবা অপিকপা ব্রাপুম অমদা মখুল হৎতুনা খোংবনি। খোংবগী মওংসু ফৈনা, য়ুংনা অদুম খোঙনে। ব্রাদি 'শনৈবী' * নৎত্রগা 'খোকব্রা'* না শান্নে। মখুনসু ৬/৬ চীনকামফমগা ৭ হৎলি। চাউবা পিকপা খোন্নবগী মতুং ইন্না মখোনসু খোন্নে। তৌদ্রি অসি করম্বা মতমদগী শীজিন্নবা হৌরকপগে হায়বগী মতাংদা খৃ: ৩৩ গী মমাংদা পান্লম্বা লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবগী হাক্তক্তগী শীজিন্নরে হায়বসি অরিবা খৃৎই লাইরিকশিংদা থেংনে। মসিগী খঙবা য়াবা প্রমানদি লুব্রাং নিংথৌগী মচানিপা অনী পোকই।

তৌদ্রী : মৈতৈ

* তৌ = *Phragmites karkonhalze.*
* শনৈবী = *Bambusa balcoa.*
* খোক ব্রা = *Bambusa khaisiana.*

মপা ইবুংঙোনা অহল ওইরক্লবদা নিংথৌ খুভম শিন্নবগী মতাং লাক্লবদা মমানদি মচানিপা অতোনবদা পিনীংই অদুবু হায়বদি য়াদে। ময়াম্বদি মবুকসু ফত্তে মরম অদুনা মতম খুদিংমক্তা মনাউনিপাবু হাৎনবা শয়ৌ শীন্দুনত লৈ। নোংমদি মপানা শিরবা মতুংদা হাপ্লবা কূ শাসি হায়না কূ অমা শামিন্নখি। মসিদা ময়াম্বনা মনাওবু হাৎনবা হোৎনরকখি কূ মনুং অদুদা মপানা হিপ্লা চনগদ্রা য়েংভু হায়দুনা মনাওদা থৌদাখি। মনাওনিপানা মমানা তাকলকপা মতুং ইন্না মাদি পিকই অঙাং ওইরি অদুনা ইপাগী নাপ খঙলোই হায়দুনা ময়াম্ববু কূ মনুংদা চঙনবা হায়রকখি। অপঙবা ময়াম্বনা কূ মনুংদা চঙদুনা হিপখিবা মতমদা মনাওনা কূ অদু মখুম খুমজিন্দুনা নঙনা তৌবনা নঙনা ফংজবনি হায়দুনা ঈশিংদা থাদনবা তৌরকখি। মতম অদুদা ময়াম্বনা ঐগী 'তৌদ্রি' অদু খরা পিবিরকউ হায়না মনাওদা পিহল্লকখি। তৌদ্রি অসি খোংনা খোংনা ঈথাই তুরেন্দা তাউথরকখি। ব্রারী অসিদগী ঐখোয়না তৌদ্রি অসি লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবগী মতমদগী লৈরে হাবসি খঙবা ঙম্মী।

মসিদসু নত্তনা অতোপ্পা ব্রারী অমদা লুব্রাং খারং খোইনুচাগা নোংবান থাংতেক লৌঙাকপগা মরুপ অনীনা লৌশঙদা লৌ ঙাকলিঁঙৈদা মহাক্কী মরুপ, মতাউ, কেগে থংবী লীব্রাহলনা তৌদ্রি ব্রায়বা লাকপগী ব্রারী য়েংবা য়াই।

লুব্রাং খারং খোইনুচানা মাগী মরুপ মোইরাংগী থংবী লীব্রাহলদা মাগী তৌদ্রি ব্রায়হনখি। মোইরাংগী থংবী লীব্রাহলনা মোইরাংগী পাখঙশিংনা লৈপুং য়াকাবদা, লৈবূং ফমদুনা ব্রারী ব্রাতাই শান্নবদা পুথোক্তুনা লেন্নরুবদগী অমনা অমুক পায় অমনা অমুক পায় তৌবদা তৌদ্রি কায়খি। মদুদগী মহাক্লা য়ুমগী ফক্লাংদা থেৎচিন্দুনা থমখি। লুব্রাং খোইনুচানা মাগী তৌদ্রিদু লৌবা লাকখি। মতাউনা ফক্লাংদা থেৎলিবনি লৌরো হায়না হায়খি। লুব্রাং খোইনুচানা তৌদ্রিদু খোংদুনা য়েংবা মতমদা কায়রবনিনা খোঞ্জেল চুম্না থোক্তে। লুব্রাং খোইনুচানা শাওদুনা করিগী মোইরাং লৈবূং ফম্বদা পুথোক্তুনা উৎলুরিবনো তৌদ্রি কায়রে মখোন ফজনা চুম্না থোক্তে হায়বদা, কেগে থংবী লীব্রাহলনা মীনম্বা ঙাংদুনা মাদি পুথোক্তে হায়না খুমখি। লুব্রাং খোইনুচানা ফরে অদুদি লাইগী ব্রায়েন য়েংনরসি, ইতাউ নঙসু নহাক্কী ইপা ইপু পোকপা থাংজিং কোয়রেল লাইনা ব্রাচুম্বীসনু, লুব্রাং ঐগীসু ইপা ইপু পোকপা লাইনা ব্রাচুম্বীসনু হায়খি। অয়ুক নোং হেক ঙাল্লকপা নুমিৎনা খরা খরা লীখৎলকপা মতমদা চীংয়াদা হৌবা খোইজু মতোল লোংববু কম্বীদা হাপ্তুনা মৈ থারগা ব্রাইশেং হাপ্লগা ব্রাচুম্নসি খুমখি। করিগুম্বা মৈথু অদুনা কেগে মোইরাং লোমদা খোয়না কারবদি মরুপ নঙনা তৌদ্রিদু পায়রুরে, অদুগা লুব্রাং ঐগী ইরমলোমদা কারবদি ঐনা পায়রুরে হায়না খঙনরসি হায়নখি। মথংগী

নুমিৎতা খোইজু মৈ থাদুনা চাং য়েংনবদা মৈখু অদু মোইরাংগী লমলোমদা খোয়না কারকলে। থংবী লীরাহলনা মীনম্বা ঙাংলুবগী ইকাইনা মরু লুক্কা ইতাউ ঐনা লানথ্রে নঙগী তৌদ্রি অদু ঐনা মোইরাংগী পাখঙ ময়াম লৈপুং য়াকাবদা লেম্মদুনা য়েংহল্লুবদগী ময়ামনা পায়থোক পায়শিন তৌবদগী কায়খিবনি হায়না মরাল য়াজখি। খোইজুনা মৈ থাদুনা অচুম অরান য়েংনখি হায়বগী খোইচু চুমথাং তেক খোইচুপাল কৌববু কেগে ফাথিবনা 'খোইজুমান - ও' তৌনা কৌয়ে হায়না *মোইরাং কংলৈরোন; নিংথৌরোল লম্বুবদা* ইরি। য়ারী অসিদগী ঐখোয়না তৌদ্রি শীজিন্নবগী মতম খঙবত নত্তনা তৌদ্রি মখুল ৬ (তরুক) হৎলি হায়বসু খঙই অমদি করম্মা হৎতুনা শীজিন্নবগে হায়বসু খঙবা ঙম্মী। অমদি করম্বা মতমদা তৌদ্রি শীজিন্নবগে হায়বসু খঙবা ঙম্মী।

তৌদ্রি অসি ঙাক্লিঙৈ মতমদগী য়াম্না মরু ওইবা যন্ত্র অমা ওইনা শীজিন্নরে। লাই হরাওবা, লমসিগী পোকপা, শিবগী থৌরম, নিংথৌনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদসু শীজিন্নৈ। যন্ত্র অসি মৈতৈগী অরিবা খুনশিংদদি মখোয়গী জগোই ঈশৈগী থৌরমদ নত্তনা শিবগী থৌরমদসু শীজিন্নৈ। লাই হরাওবগী থৌরমদা নত্তনা খরা থেংথরকপা মতমগী গৌড়লিলাদসু তৌদ্রি অসি খোংই। মোইরাংগী লাই হরাওবা মতমদসু অহলশিংনা তৌদ্রি অসি খোংই। জগোই রাসতা খোংবদা নত্তনা ফোক ওইনা পেনাগা পূন্না খোংমিন্নবা মতমদা য়াম্না চান্নবা যন্ত্র ওই। অয়াম্বা মতমদা পঙ্কমনা পাদম লৌগনি। তৌদ্রি অসি চাংচৎতা চাউরাক্না মতাং য়াওনা অপূনবা অশাংবা সে: মি: ৬৩ নি। চীনকামফম মচীন্দগী শাংবসি চাউরাক্না সে: মি: ৫৬.৫ ওই। মতাংদগী চীনকামফম মখূনগী লাপ্নবা সে: মি: ২ নি। চীনকামফমদগী ময়ায়গী খেন্নবসি সে: মি: ২৮.৫ ওইগনি। অয়াম্বনা তৌদ্রি হৎপা মতমদা চীনকামফমদগী ফিথুপ অহম থোকনা খায়দোক্লগা ময়ায়দগী লৌগনি। ময়ায়দগী সে: মি: ১৭ ফাওবগী মনুংদা মখুন ৬ হৎকনি। অরেম্বা মথাদা সে: মি: ৯.৫ লৈহৌগনি। মখুনগী লাপ্নবসি চাউরাক্না সে: মি: ২/২ লাপ্নগনি। তৌদ্রিগী অথাবা চাউরাক্না মিলি: মিঃ ১ দগী ৫ ফাওবা থাবা চৎনৈ। তৌদ্রি কোনবনা সে: মি: ৪.৫ মুক কোল্লি। তৌদ্রি মচানা চাউরাক্না সে: মি: ৪০ শাংই, কোনবনা সে: মি: ৭ কোল্লি। হৎপগী মওংসু চপ মান্নগনি। তৌদ্রি অপিকপগী থাবগী চাংদি মি:মি: ৩ মুক ওই। খোংবা মতমদা মখুনগী মথক নৎত্রগা মথাদা খুৎনিংথৌ থাদোকপা য়াদে। মসি নৎত্রবদি মখোন ফজনা থোকতে। চকপা খুনশিংদা খোংবা মতমদদি খুৎয়াইনা মেনথোক মেনশিন তৌরগা খোংনৈ। খোংবা হৌদ্রবদি মরক্তা লেপথোকপা য়াদে।

## বাঁশী

বাঁশী অসি করম্বা মতমদগী লমদম অসিদা শীজিন্নবা হৌবগে হায়বগী মতাংদা অককুবা মতম পীবা ঙমদ্রবসু, লমদম অসিগী অরিবা খুন চকপা খুনশিংদা যন্ত্র অসি য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক অমা ওইনা শীজিন্নৈ। মখোয়গী পোকপা শিবগী থৌরম অমদি জগোই ঈশৈগী থৌরমদা নত্তনা লৈশাবী পাখঙশিংগী নুংশি নুংঙল ফোংদোক্লবগী পাম্বৈ অমসু ওইনৈ। কনাগুম্বা পাখঙশিংনা নুমিদাংবাইরমদা লৈশাবীশিংগী মনাক্তা কোয়বা চৎপা মতমদা বাঁশী খোংদুনা চৎলি। মৈদিংঙু ক্যাম্বগী সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮) পোং নিংথৌগা মরুপ ওইনবদগী যন্ত্র খোংবা কয়া শীন্নখিবগী মতাংদা মৈতৈগী পূং য়েবা, বাঁশী খাংবা পিথ্রগা মখোয়গী পেরে খোংবা মী লৌহৌবগী ব্রারোল *চৈথারোল কুম্বাবনচিংবা* অরিবা রেকোর্ডশিংদা ময়েক শেংনা ইরি। রেকোর্ডশিং অসি য়েংলগা বাঁশী অসি য়ামদ্রবদা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতমদগী লৈরে হায়না লৌনরি।

তোঙান-তোঙানবা চাউবা-পিকপা থেন্নবা বাঁশীশিং : মৈতৈ

অঙনবা মতমদা নিংথৌশিংনা লমদা সনা খোঙলেঙবদা পেনাগা লোয়ননা বাঁশী অসিসু খোংই। মরু ওইনা চকপা খুন লৈপ্রাম, খুরখুলনচিংবদদি মী শিবগী থৌরমদা পেনাগা লোয়ননা খোংই। খুনশিং অসিগী চৎনবী ওইনা খুনগী মী শিরবা মতমদা শিরিবা

মী অদুনা পেন্নবগীদমক খুনগী মীওইশিংনা মানা মানা হৈজবা জগোই শাবা, তা খৌশাবা অসিনচিংবশিং অসি অদুম চৎনৈ। থৌরম অসিদা পেনা অমদি বাঁশী খোংই।

বাঁশী অসি লমদম অসিগী থাদোক্কবা য়াম্রবা য়াম্না চুনবা যন্ত্র অমা ওইনা হৌজিক ফাওবা লাকলি। হায়া লৈরম্বা বাঁশীগী মওংদগী য়াম্না নিয়ম চুম্না হিন্দুস্থানি সঙ্গীতকী শাস্ত্রাগী নিয়ম অমগী মথাদা লাকপদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি হায়না লৌনরি। মরু ওইনা চুড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তুংগী খৃ: ১৮৯১-১৯৪১ লমদম অসিগী মশক নাইরবা জগোই রাসতা বাঁশী খোংবা হৌখি। মসিদগী মথং মথং লাকপনা লমদম অসিগী জগোই ঈশৈগী থৌরমদা থাদোক্কবা য়াদনা লাকপনা যন্ত্র অসি য়াম্না অকক্লবা নিয়ম অমগী মথাদা শীজিন্নরকখি। লমদমসিদসু শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ইহৌ লাক্কুনা য়াম্না ফজরবা রাগ কয়া বাঁশীনা খোংদুনা অনৌবা কলাগী তোপ তোপ্পা মহাও অমসু হাপলি।

বাঁশীগী তোঙান তোঙানবা পিকপা চাউবগী মখল য়াম্না লৈ। চাউরাক্লা য়াম্না চাউবদগী য়াম্না পিকপা ফাওবা শীজিন্নৈ। হৎকদবা সুরগী-পাদমগী মতুং ইন্না মখুনগী পিকপা চাউবগী চাংসু তোঙানগনি। শ্রুতি ২৫ গী মতুং ইন্না লাওবা খরা খেন্নগনি। নিয়ম কাইনা হৎপা য়াদে। হৎপা মতমদা চীনকামফম হায়া হৎকনি। চীনকামফমদগী লৌরগা বাঁশীগী শাংবগী চাং মতুং ইন্না শরুক অহুম থোক্লা লৌগনি। অহুম থোকপগী ময়ায়গী শরুক্তা মখুন হৎকনি। মরু ওইনা চীনকামফমদগী অশাংবা লৌরগা ময়ায়দগী মখুন ৬/৬ সি হৎকনি।

বাঁশী চাউরাক্লা খ্বাইদগী চাউবদা সে: মি: ৮৭ শাংই। কোনবনা সে: মি: ১৩ কোল্লি। মরীলগী মতুং ইন্না কোনবা লাক্কনি। খ্বাইদগী পিকপনা সে: মি: ১৮ শাংই। কোনবনা সে: মি: ৪.৫ কোল্লি। শ্বরগী অনেম অরাংগী মতুং ইন্না মখুন পিকপা চাউবা খেন্নগনি। চাউবগী চাংদগী খূৎনা পায়বা থুংবা মওংদা শেমদোক শেমজিন তৌরগা হৎকনি। শ্বরগী-পাদমগী মতাংদা অরাংবা, ময়ায়, অনেম্বা (প) পঞ্চম সুরদা লৌগনি। বাঁশী ফৈনা অমদি য়ুংনা খোংবা অদুম চৎনৈ। অয়াম্বনা মরীল হোবা রাদা শীজিন্নৈ। মতাং পানবদা তৌদ্রিনা অয়াম্বদা তৌন্নৈ। হৎপসু মরীল হোবনা নুঙাইবা হেল্লী হায়না লৌনৈ। অয়াম্বনা শনৈবী অমদি খোক রানা শানৈ। বাঁশীগীদমক রা ফবদি মণিপুরগী রানা ইফ-ফৈ হায়না লৌনৈ। লূমলিবমখৈ খোঞ্জেল ফজবা হেল্লি। খোক রানা লূম্বা হেল্লি হায়না হৌজিক্তি অয়াম্বনা খোক রা না শান্নরে। চীংগী রাদসু 'উমু' হায়বা মতাং শাংবা রাসি শীজিন্নৈ। য়ুংনা কাম্বা মখলদা ক্লাসিকেল তৌদ্রি

হায়না মখল অমসু শীজিন্নৈ। চাউরাক্পা সেঃ মিঃ ১৮ মুক শাংবা মরীল হোবা ব্রা মকক অমদা খোংবদা মখোল থোক্লবা 'রিং' ২.৫ শাংবা নৎত্রগা তিঙ্খল হায়না উনা হুইতেম শানা ইৎলগা মচেৎ অমা হাপকনি। অকংবা উ মপোপ চুম্বা থল্লগা হাপকনি। উচান্না ওইবসু য়াই। হৎপগী মওংদি বাঁশীগী নিয়মগী মখাদা হৎকনি।

বাঁশীগী থাবসু চাউরাক্পা সেঃ মিঃ ১.৫ থাবা ফাওবা চৎনৈ। খাইদগী পিকপনা মিঃ লিঃ ৩ ফাওবা পিকপা চৎনৈ। অন্দ্রো খুনদসু 'লমইন' হায়না কৌদুনা সেঃ মিঃ ৫০ মুক শাংবা ব্রাদা বাঁশীগুম্না মখুন হতুনা শীজিন্নৈ। মাগী কোনবনা সেঃ মিঃ ৮ কোল্লি। চীনকামফম থারগা মখুল ৭ হৎলি। মনীং ফুলগা মতোন হোবনি। মখুন হৎপগী মওংদি য়াম্না পিকপা মওংদা হৎলি। সেঃ মিঃ ৪২ মুক শাংবা কোনবনা সেঃ মিঃ ৭.৫ কোনবা ব্রাপূম অমদা চীনকামফম য়াওরগা মখুন ৭ হৎপা মতোন হোবা মনিংদা মতাঙ পানবা থরা চাউখৎপা ব্রাকক মচেৎনা উপ্পা বাঁশী মখল অসি মরিংনা তৌম্রি কৌই। চোথেনা নাকল অনী মখুল হোবা সেঃ মিঃ ৪২ শাংবা সেঃ মিঃ ৮ কোনবা মখুল ৪ দং হৎপা য়ুংনা কাম্বা বাঁশী মখল অমসু শীজিন্নৈ। লমকাংনা 'পূলেন' হায়না মখুল ৪ হৎপা শীজিন্নৈ। কোমনা 'থৈলে' কৌই। চাউরাক্পা সেঃমিঃ ৫৬, সেঃমিঃ ৫২ অমদি সেঃমিঃ ৪৯ শাংবা অপিকপা সেঃমিঃ ৬ কোনবা ব্রাপূম অমদা ময়ায়দা মখুল ১/১ হৎলগা মখুনশিং অসিদা কামদুনা খোংবা বাঁসি মখল অমসু তাংখুলশিংনা 'কলু' হায়না কৌদুনা শীজিন্নৈ। কোমনা 'থৈলে', লেংমৈনা 'তীআম', জেমৈনা 'তুআ তুনা', অনালনা 'তূমলা' কৌই। ময়ায় চপ চানা মখুল হৎকনি, নাকল অনীদা হোই। নাকল অনীদা খূৎ অনীনা পায়রগা খুবীনা মেনথোক মেনশিন তৌরগা খোংবনি। কোনবদি সেঃ মিঃ ৬ লোমনা কোল্লি। পিকপা চাউবা খেন্নবগী মতুং ইন্না খোম্থোকসু থেন্নৈ। যন্ত্রশিং অসি কুম্মৈ হরাওগী মতমদা খোংবদা নত্তনা পাখঙশিংনা লৈশাবীগী ময়ূমদা কোয়বা চৎপা মতমদসু নুংশি নুংওলগী মওং কয়াদা শৈথাদুনা খোংবসু চৎনৈ।



কানলু : তাংখুল

তোঙান-তোঙানবা চীং অমসুং তমদা শীজিন্নবা বাঁশীশিং
(মথক্রোমদগী)

(১) তৌদ্রি : মরিং (২) বাঁশী : চোথে (৩) মাথেন : লিয়াংমৈ (৪) লমীন : অন্দ্রো (৫) তৌদ্রি : মৈতৈ

## থরাউচি



থরাউচি : মৈতৈ

চীন্না কামদুনা খোংবা খূৎলাই মখলশিংবু ঐখোয়না খোংনবা যন্ত্র হায়না খঙনৈ। থরাউচি কোরিনা শাবা ইরোই থরোবিগী মচী মানবা খোংনবা যন্ত্রনি। যন্ত্র অসি নাউথিংখোংনা পানবা মতম (খৃঃ ৫২৮-৫৬৮) দা শীজিন্নবা হৌরে। নিংথৌ অসিনা নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা মঙাং হাওখুনদা লান্দাবদা লান ঙমলকুনা যন্ত্র অসিদ নত্তনা 'শেন' সু খোমলকপগী ব্রা *নিংথৌরোল লম্বুবা*গী লমায় ৩৫ দা ইরি। যন্ত্র অসিনা লমদম অসিদা লৈরবা মতমদা মওং অসিগা চপ মান্নবা মওংদা কোরিনা শাদুনা শীজিন্নখি। মসিদগী 'কোরি থরাউচি' হায়না খঙনখি। ঙল্লিঙৈ মতমদা মীশি মীনা খোকপা খুঞ্জাশিং অমদি লৈকাই শাগে নাতৈদা পাউ তাকপা মতমদা খোংবত নত্তনা নোংথক্তা ওনখৎলগা লাইশিংদা থাজনবী অমা ওইনা পাউ তাকপদসু খোংই। মৈদিংঙুশিংগী ফম্বাল তোংবা অমদি মচা পোকপদসু অফবগী খুদম ওইনা খোংদুনা শীজিন্নরম্মী। নিংথৌশিংনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদসু খোংনৈ। শা

লানগী মতমদসু খোংই। মৈদিংগু লোইয়ুম্বগী মতম (খৃ: ১০৭৪ - ১১২২) দা মাগী মাগী য়ূমনাকশিংগী তোঙান তোঙানবা শিন য়েনবিরম্মী। তোইবীজম হায়বা য়ূম্নাক্না থরাউচি খোংঙো হায়না শিম্না পীরম্মী।

## পেরে

পেরে অসিসু সংস্কৃত লোন্দা 'শৃঙ্গ' হায়না খঙনৈ। ঐখোয়না লোন অনীসি পূনশিনলগা 'পেরে শৃঙ্গ' হায়না কৌনৈ। মিংথোল অসি য়েংলূরবদি যন্ত্র অসি লমদম অসিদা হান্নদগী লৈরকপা নত্তে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। যন্ত্র অসি লমদম অসিদা মৈদিংগু ক্যাম্বগী মতম খৃ ১৪৬৭-১৫০৮ দা পোং নিংথৌগা মরূপ ওইনবদগী পোং লৈবাক্তগী পুশিন্নকপনি হায়বসি অরিবা রেকোর্ডশিংদগী খঙবা ঙম্মী। যন্ত্র অসি মতম অদুদা লৈজরবসু মপূং ফানা, য়াম্না মওং তানা শীজিন্নরকপদি নিংথৌ খাগেম্বগী হাক্তক্তা (খৃ: ১৫৯৭-১৬৫২) লমদম অসিদা পাঙলশিংনা লাক্লুনা খুন্দা লৈতাখিবদগী মপূং ফানা শীজিন্নবা হৌরকপনি হায়বা য়াই। মতম অসিদগী থরাউচিগী থৌদাংগা চপ মান্ননা খোংমিন্নরকখি। নিংথৌ খাগেম্বনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদা পাঙলশিংনা পেরে খোংদুনা নিংথৌ থৌগললোই ওইনা চৎলি।

## মোইবূং



মোইবূং : মৈতৈ

মোইবূংগী য়াহস্লোক পীবা অরাইবদি নত্তে অদুবু মোইপূং (মোইবূং) অরিবা মৈতৈলোন্দা চীঙ্খাল (লিপ) বু মোইকা হায়না খঙনরম্মী, চীঙ্খান্না খোংবা পূংগুম্বা মখল অমনি হায়দুনা মসিবু মোইবূং হায়না কৌখিবগী ওইথোকপা য়াবসু লৈ। চাউরাক্না সে: মি: ২৫ শাংবা, সে: মি: ৩৮ না কোনবা সমুদ্রদা ফংবা অঙৌবা অচৌবা থরোইগুম্বা পোৎশকনি। পোৎশক অসিবু ঐখোয়না মোইবূং হায়না কৌনদুনা খোংনবা যন্ত্র অমা ওইনা শীজিন্নৈ। লমদম অসিদা মোইবূং শীজিন্নরকপগী চপ চাবা মতম লেপ্পা ঙমদ্রবসু মৈতৈগী অরিবা লাইরিক *নুমিৎ কাপ্পা, পাম্হৌইবী খোংজুল, মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা* অমসুং *চৈথরোল কুম্ববা* নচিংবদা মোইবূং লিক্লোল শীজিন্নবগী অমদি মোইমিৎ চনবগী য়া পল্লম্মী। *শ্রী ও. ভোগেশ্বর সিংহগী মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা ২ শুবা শরুক, ১৯৮৮ গী ৫৬ শুবা লমায়দা ইরি;* য়ারোলদি - তখেল ময়াং ললোনফনা

মোইংবূং লিক্লোল অমসুং অঙৌবা ফীখাও থন্না পুদুনা সনা খল ওনবগুম, লুপানা মহুৎ শিনবগুম শিন্নগে হায়না খুগা তুরেল মরীন ইন্না মোইরাং নিংথৌ সনা হোঙবগী মফমদা হায়খি অসিনি। সনা হোঙবদি মোইরাং নিংথৌরোলদা ৩৮ শুবনি।

পাম্লোইবীনা খাবা মপুংয়াইদা ওংগ্রবা মতুং নোংমা ইরু শাদেংখিবা মফমদা কোঙবম অথা কোঙয়াম্বনা শোয় হোঙবদা মোইবূংনা লুনীং মেল্লী হায়না *পাম্লোইবী খোঙ্গুলদা* ইরি।

*চৈথারোল কুম্বাবা*গী মতাং কয়াদা কংলাগী শঙ নৎত্রগা য়ুম কয়দা মোইমিৎ য়েবগী ব্রা ইরি। মোইমিৎ হায়বসি মোইবূংগী মচীন্না ময়ায় ওইরগা ময়ি অকোয়বশিংনা ইকোয় কোয়না লৈপ্রিবা অদুগী মওংবুনি। মসি শীজিন্নদুনা লৈতেংনরম্মী হায়বসি অরিবা লাইরিকশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মী। অসুম্না অঙনবা মতমদগী লমদম অসিদা মোইবূং য়ৌরক্লে, মোইবূং শীজিন্নরকলে হায়বা খঙবা ঙম্মী।

লমদম অসিদা মোইবূং শীজিন্নরকপগী অতোপ্পা অমনা মৈতৈশিংনা অচঙ অশিগী মথৌ হোঙনেম্বা, কাসা পাউতাকপা, নিংথৌ মচা পোকপা অমসুং লৈম নিংথৌকোনগী অখন্নবা থৌরমদা থরাউচি খোঙনরম্মী। অসিগুম্বা থরাউচি খোঙবগী শিনফম অসি *মশিললোল, লোইয়ুম্বা শীনয়েল* নচিংবা লাইরিক্তা 'তোইপীচ্ম' না খোংঙে হায়না ইরম্মী। লাইরিকশিং অসিনা মোইবূং খোংবদি 'মোইফেংবম, মোইবূং লোকপম অমসুং মোইকাম' হায়বা য়ুম্নাকশিংনা খোংঙে হায়রি। মরমসিদগী মোইবূং হায়বসি থরাউচিগা লোয়ননা খোংনরকলে হায়বা তাকই।

'কাসা পাউতাকপা' হায়বসি অশিবগী মথৌ য়াঙ্গেম্বা (শ্রাদ্ধ) দা অমা, মচা পোকপা অমদি অতৈ থৌরম খরদা পাঙথোকই। কাসা হায়বদি শিথ্রবা ইপা-ইপু অশি লৈবাক্তা লৈবরু খঙনৈ। মদুগী মফমদা পাউতাকপনি। 'হোঙনেম্বা' হায়বসিনা অশিবগী কুমওন চহী ফাবদা পাঙথোকপা ঈশৈ অমসুং চাক খাঙবা লাইদা কৎপগী থৌরমনি। অসিগুম্বা থৌরম কয়াদা থরাউচী অমদি মোইবূং শীজিন্নরকপদু গৌরিয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলক্লবদা হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাব অমদি বিধিগা, মৈতৈ নাৎকী মহৌশা লাইনীং অমসুং চৎনরোলগা পূন্না নট সংকীর্ত্তন অমদি অতৈ থৌরমশিংদা চৎনরকখি।

যন্ত্র অসি ঙল্লিঙৈ মতমদগী শা-লানগী মতমদা খোংদুনা শীজিন্নবত নত্তনা নিংথৌশিংনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদসু লমইন থৌগন ওইনা খোংই। মোইবূংগী খোঞ্জেলনা লাই ফত্তবা তিনমু-লাইমু তাম্লোকই অমরোমদা অফবা মঙ্গল পিনবিদুনা গৃহ লক্ষ্মীনা থৌজানবী হায়না হ্বারী লাইরিক্তগী থাজনৈ। ঙল্লিঙৈ মতমদা

য়াম্না চম্বা মওংদা যন্ত্র অসি শীজিন্নরম্মী। অদুবু লমদম অসিদা ধর্ম্মগী অহোংবা লাক্লুনা লৈবাক অসিদা হিন্দু ধর্ম্মনা মপূং ফানা লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইরকপা ১৭-১৮ শুবা চহীচা অসিদগী যন্ত্র অসিগী থৌদাং চাউরকপদা নত্তনা মশুনসু হেনগৎলকখি। লমদম অসিগী ইনাৎকী ওইবা শিবগী থৌরমদা সংকীর্ত্তননা মপূং ওইরকখি। অসিগুম্বা সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসিদা অহৌবা ময়ায় অমদি অরোয়বনচিংবা খায়দোক্লুনা তণ্ডায় ফদনা য়াওদবা য়াদবা পোৎশক অমা ওইনা লৈরকখি। অসিগুম্বা মোইবূং অসি খোংলিবা মীশক অদুগী চপ চাবা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা মাগী মফম অমসু চাউনা কল্লি। লমদম অসিগী কলা, সংস্কৃতিনা অসুম অসুম চাওখৎলকপগা ইরোয়ননা অচৌবা কলাগী মশক অমা ওইনা মোইবূং অসিসু চাওখৎলকখি। নট-সংকীর্ত্তনদা মোইবূং অমা খোঙনরম্বদগী চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃ: ১৮৫০-১৮৮৬) মহারাজ সনা হাক্লক্তা শ্রীগুরুময়ুম গুনেশ্বর শর্ম্মা য়াইস্কুল হীরুহনবা লৈকায়দা লৈরিবা ব্রাহ্মনসিনা মোইবূং অনী পূংবা খোংবা হৌদোকখি। সনা কোনুং পন্দিত লোয়শঙগী পন্দিত খরনদি চূড়াচান্দ মহারাজগী মতম (খৃ: ১৮৯১-১৯৪১) দা স্বৰ্গীয় তেলেম চাউভলনা মোইবূং অনী ফাংনা মতম অমত্তদা খোংবা অসি হৌদোকখি হায়নবসু লৈ। মসিদগী তোঙানবা মশক অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা শৈহেক শৈদা হাপ্তুনা য়াম্না ফজবা যন্ত্র অমা ওইহনবদগী ঙসি পৃথিবীগী মফম খুদিংদা লমদম অসিগী মোইবূং খোংবগী ফজবসু ফাওরি। লমদম অসিদা খোঙনরিবা মোইবূংগী মশক অসি অতৈ লৈবাকশিংগা য়েংনরুবদা য়াম্না চাউনা খেন্নে। মোইবূংগী মশক মওং ফজবসু লমদম অসিদা খোংনরিবা মোইবূংনা হেন্না ফজনা উবত নত্তনা যন্ত্র অসিবু খোংলিবা ওজাশিংনা হাপ্লিবা শৈহেক শৈদা অসি পৃথিবীদা অতাঙবনি হায়বা য়াই। যন্ত্র অসিবু খোংবা পামজবা মীওইশিংনা ওজা নাইনসু তম্মরি।

চীংগী লমদা অকাম্বা যন্ত্রদা গাংতেনা 'ফিট' কৌবা থাদৌনা 'থৈফিট' হায়বা য়া, নৎত্রগা য়েংদৌ মতাং অহুমদা খোংবা মথল অমসু লৈ। চাউরাক্লা অশাংবদা সে: মি: ১৫, খরা তেনবদা সে: মি: ১৪, অতেনবদা সে: মি: ১৩ শাংবা মকক অহুমদা ফৈজেনা কক্লগা মতোন কোল্লপ তৌবা মওংদা কামদুনা খোংবনি। মসিবু চীরুনা 'রুসেম' অদুগা লমকাংনা 'রেলঅরু' হায়না কৌনৈ।



থৈফিট : থাদৌ



হকাই : পাউমৈ



রেলঅরু : লমকাং

অশাংবা চাউরাক্না সে: মি: ৪০ মুক শাংবা ব্রাপূম অমদা তুম্বা মাগী কোনবনা সে: মি: ১৫ অমদি তুম্বাগী শাংবা সে: মি: ৩৯ ওইবনা ব্রাগী ময়ায়দা হাপ্লগা তুম্বাগী মচীন্দা খোংদুনা শীজিন্নবা যন্ত্রনি। অয়াম্বা হরাও কুম্মৈগী মতমদা শীজিন্নবা ওাকনি।

## পেংকুল

যন্ত্র অসি ব্রা মতাং অশাংবদা খোংবনি। মসি চাউরাক্না ব্রা মতাং মঙামুক শাংবা ওইগনি। চাউরাক্না সে: মি: ১৮০ দগী ২৪০ শাংবা ব্রাশিংদা খ্বাইদগী মচীন থংবা খোঙফমনা শিক্লগা মতোন থংবদা চাউহনবা মওংদা শেম্বনি। ব্রা মতাং অপিকপদগী খরা খরা চাউথৎপা মথাং মথাং শমজিন্নরগা ফজবা মওংদা শাদুনা শেম্বনি। কনাগুম্বনা মতোন্দা ইরোই মচী মকক য়োমদুনা শীজিন্নবসু লৈ। কনাগুম্বনা শব্দং মচী মকক হাপসু লৈ। মাওরোমদদি পেংকুল শীজিন্নদ্রিঙৈদা অশাংবা মরীল হোবা উ মশাদা খোংনরম্মী। পেংকুল/বেজুল হায়রিবা মিঙৈসিমক থৈথরকপা লোননি। বৃটিশ লাক্লবা মতুংদা ওইখিবনি। হায়রিবা মিঙৈ অসি চীংগী কাংলূপ অয়াম্বনা কৌনৈ। কনাগুম্বনা 'পেংখুল' হায়নসু কৌনৈ। মসিবু শারিবা ব্রা অসি আইমোলনা 'রোথা' হায়না খঙনৈ, মরিংনা 'শান্দক' কৌনৈ, মৈতৈনা 'নাৎ' হায়না খঙনৈ। মতাং মতাংশিং অসি অমগা অমগা শম্নবগী মওংনি। শম্নফম অসিদা অকুপ্পা ব্রারুদগী শেম্বা লংগুম্বনা পুল্লি। অকুপ্পা লংগুম্বা মওং অসিবু 'রোচল' হায়না খঙনৈ। কনাগুম্বনা শামতুগী লং মচু মচুনা য়েংৎপসু লৈ। মচীন থংগদবা অপিকপা ব্রা মতাং অসিদা আইমোলশিংনা 'অমুর' মথংনা 'তালক' হায়না কৌনৈ। পেংকুল অসি অয়াম্বনা নিপাশিংনা খোংনৈ। মসিবু শেম শারিবা মীশিংসু



মথক্রোমদগী
(১) পেংখুল : অনাল (২) বি : পাউমৈ (৩) তলা : তাংখুল (৪) পেংকুল : মরিং




পেংকুল : তোঙান-তোঙানবা চাউবা মান্নদবা বা মকক অমসুং তুম্বা : মরিং

ওইরোমদগী
(১) তুম্বা (২, ৩, ৪, ৫,) চাউবা মান্নদবা বাশিং

খুনগী অহৈবা মীশিংনা মখোয়গী অকোয়বদা ফংবা মচাকশিংনা অদুম শাজবনি। লমকাং কাং লূপুদি পুথোক পুশিন্দা খুদোং চাবা য়েংদুনা মরৈ মরৈ কোনশিনলগা খোংই।

পেংকুল অসিগী শীজিন্নফম য়াম্মী। শা-লান লাকপগী পাউ পিবা, মৈহৌ লাংপোক থোকপগী পাউ পিবা অমদি করিগুম্বা খুনগী অচৌবা কুম্মৈগা মরী লৈনবা থৌরমগী অহৌবা অমদি অরোয়বদসু খোংই। অয়াম্বনা অফবা মঙ্গলগী থৌরমশিংদা খোংনৈ। করিগুম্বা খুন্দা মরু ওইবা মী লাকপা মতমদসু খোংই। জগোই ঈশৈগী থৌরমদসু খোংই। যন্ত্র অসিগী তোঙান তোঙানবা মরোল লৈজে। মরোলশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা থবক্কী মওং তাকই। আইমোল কাংলূপতদি মখোয়গী অহলশিংনা পূংকক চাউরবা অঙাংশিংদা তোঙান তোঙানবা মরোলদা খোংদুনা তম্মী। খুদম ওইনা হৌনা শাংনা খোংলগনা হন্নানবা চঙবগীনি হায়বনচিংবগী তোঙান তোঙানবা মরোলশিং তম্মী।

## রালোইচী

যন্ত্র অসিসু খোংনবা যন্ত্র মখল অমনি। মসি ইরোই মচীদা চীননা কাম্মদুনা খোংবনি। তোঙান তোঙানবা চীংগী কাংলূপশিংনা তোঙান তোঙানবা মিঙৌ কয়াদা কৌনদুনা শীজিন্নৈ। খোইবু মরিংনা 'রালোইচী', অনালনা 'তম্বী', লমকাংনা 'পূত্তিট', লেংমৈনা 'বুইকে' অসুম্না তোঙান তোঙানবা মিং কৌনৈ। যন্ত্র অসি শীজিন্নবগী মওংদি শাবাও-লানবাও লাকপা মতমদা খোংই। অতোপ্পা অমনা করিগুম্বা থবক অমা হায়বদি খুনগী মীয়ামগী ওইবা থবক চৎপা মতমদা চৎকদৌরে হায়বগী পাউ পীবা মতমদসু খোংই। থবক্কী মওং তাকপদনা মঙারক কূংনা কূংনা খোংই, অদুগা লানগী মওং ওইরবদি শাংনা চিংলগা খোংই।

## লীলম

যন্ত্র অসিসু অখোংবা যন্ত্রশিংগী মনুং চন্না লৈবা অতাওবা যন্ত্র মখল অমনি। মসি সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চন্না লৈবা 'থীব্রা' হায়রিবা খুলসিদা লৈবা তাংখুলশিং অমদি উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী কচাইগী মীওইশিংনা শীজিন্নৈ। 'লীলম' হায়রিবা মিং অসিনা থীব্রাদা



ঙাসে-আ পূলিম ঃ তাংখুল মখাগী অনীসিনা লীলমশিং

কৌনবা মিংনি অদুগা উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টকী কচাইগী মীওইশিংনা 'ঙাসেঅ লূলিম' হায়না খঙনৈ। সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টকী ওইনাম খুন্দা লৈবা পূমৈশিংনা 'শাখৈ' হায়না কৌনৈ। যন্ত্র অসি অয়াম্বনা তাংখুলশিংনা শীজিন্নবা যন্ত্রনি ৪৫° এঙ্গলদা কোনবনি। মসিগী অশাংবনা সেঃ মিঃ ১১০ নি। মখোক্তগী কোনশিনবা অশাংবনা সেঃ মিঃ ৫০ নি। মখোককী

কোনশিনবগী মতোন্দা মখূল অমা হুৎলি। মখূলদগী মতোন ফাওবগী লাপ্পবনা সেঃ মিঃ ৯ নি। অদুগা অশাংবা মতোন্দা মখূল অমা হুৎলি মসিগী লাপ্পবনা সেঃ মিঃ ৮ নি। যন্ত্র অসি ব্রা নৎত্রগা য়েংদৌনা নৎত্রবদি শাবা য়াদে। 'য়েংদৌ'* বু তাংখুলনা 'কশে' হায়না খঙনৈ। ব্রানা 'মৈবী' হায়না কৌনৈ। মরক্তা তাইনফমদা পুল্লিবা মওং অসি লীনা কূপ্না ইংলগা নৎত্রগা পয়ানা কূপ্না ইংলগা য়াম্না নানবা মওংদা শেম্না পয়ানা পুনবনি। অকোনবগী তাইনফমদা খোইরুনা মেল্লি। মখুল অনী মখোক অমদি মতোন্দা হুৎলি। মখোক থংবদা চীম্না কাপ্লগা মতোন্দা খুবি অমদি খূৎয়ায়না মেনখোক মেনশিন তৌরগা মখোল খোকহনবনি। যন্ত্র অসি অয়াম্বা কুম্মৈ হরাওগী থৌরমদা শীজিন্নৈ। যন্ত্র অসি হৌজিক্তি কয়া তোয়না শীজিন্নবা উদ্রে। থীব্রা খুন্দদি মখোয়গী মনাৎকী ওইবা চৎন-লীচৎপু লীদুনা থম্বা পামজবদগী খুন্দুদা লৈবা ওজা অমখক্তা শাজদুনা থম্বনি। থীব্রা খুন্দদি যন্ত্র অয়াম্বা মুৎশিলকপগী মওং উবা ফংই। যন্ত্র অসি খোংবসু ওজা মশামক অমদি খুনগী খুল্লাকপা অনীসি নত্তনা অতৈদি হৈতে।

## রুসেম

যন্ত্র অসি চীংগী লমদা শীজিন্নবা য়াম্না মরু ওইবা খোংনবা যন্ত্র মথল অমনি। যন্ত্র অসি অকঙবা তুম্বাদা ব্রা মচা তরুক নৎত্রগা তরেৎনা হাপচীন্দুনা চীংগী কাংলূপ থরনা খোংনবা যন্ত্র মথল অমনি। যন্ত্র অসিবু শীজিন্নরিবা চীংমী কাংলূপশিংদি আইমোল, চীরু, কোম, লমকাং, অমদি থাদৌ কুকিনচিংবনি।

আইমোল অমদি থাদৌ কুকিনা 'শুসেম' হায়না কৌনৈ। চীরুনা 'রোসেম' হায়না কৌনৈ। চান্দেল ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা লমকাং অমদি খোইরেনতাক্কী কোমশিংনা 'রুসেম' হায়না অদুমক খঙনৈ।


রোসেম : চিরু

যন্ত্র অসি অকংবা তুম্বা অমদা মতোন্দা অপিকপা মরিল হোবা ব্রাকক অমা হাপ্পগা খোংবনি। তুম্বাগী মবুক্তা মথক থংবদা অশাংবা মরিল হোবা ব্রাকক অহুম হাপকনি। মখাদা খরা তেনতক তৌবা মচৈ অহুম হাপকনি, পূম্না মচৈ তরুক হাপকনি। মচৈশিং অদুগী মনীং অমদি মমাংদা মখূল অমমম

* য়েংদৌ = *Arund donax.*

হোহনগনি। হোরিবা মখূলশিং অসিদা মেনখোক মেনশিন তৌরগা মখোন থোকহনবনি। হাপলিবা মচৈশিং অসি খরা খরা খেন্নে। মথক থংবা মচৈ অহুম অসি নানথোক্তনবগীদমক লীনা ফাজিনগনি। তুম্বদা ব্রাগী মচৈশিং হাপ্পা মতমদা চেৎশিন্নবা খোইরুনা নগশিনগনি। মচৈশিং অসিগী মতোন্দা লৈতেং ওইবদা নত্তনা মখোল ফজনা থোক্ক নবা আইমোলশিং অমদি লমকাংনা ব্রাকক অমা হুইতেম শানা কক্লগা উপশিল্লি। মতোন্দা য়েন মতুনচিংবা হাপ্তুনা ফজনা লৈতেং তৌদুনা শেম শাই। চীরু অমদি কোমশিংনা মচৈগী মতোন্দা অপিকপা তুম্বা মচানা উপশিল্লি। অদুগা মতোন্দা য়েন মতুনচিংব্রা থেৎতুনা ফজনা শেম শাই। চুড়াচান্দপুরদা লৈবা খোইরেনতাক্কী কোম নত্তবা অতে কোমশিংদি লৈতেং হাপতনা ইচম চম্বা শীজিন্নবসু লৈ। থাদৌশিংনা অতে চীংমীশিংনা ব্রা হুইতেম শাবা হাপ্পা অমসুং তুম্বা মচা হাপ্পগুম্বা তোঙান তোঙানবা মচুগী লংনা ব্রাগী মতোন্দা য়েৎশিল্লি। মদুদা মথং মনাও নাইনা শীজিন্নবা লং মচুশিংদি অঙাংবা, অশংবা, অমুবা, অঙৌবনি। মচৈ হাপ্পগী মশিংসু খেন্নবা খরা লৈ। থাদৌ অমদি কোমশিংনা মথক থংবদা মচৈ মরী মরী হাপ্পী। মসিগী মওং অসিনা থাইনদগী চৎনরকপনি হায়না লৌনৈ। পুম্না মথক মখা মচৈ তরেৎনি। মচৈ তরেৎ ওইরিবসিগী থাজনবীদা শলাই তরেৎকী ব্রাফম ওইনা লৌই। মমাঙতৈদা লৈশেম্বা মতমদা, শলাই খায়দোকপগী মতাংদা শলাই ১/১ না মচা ১/১ ওইনা লৌরগা যন্ত্র অসিগী মচৈ অসিদসু মচৈ তরেৎ শুহনবনি মসিবু মখোয়না শলাই তরেৎকী ব্রাফমদা পুশিন্দুনা লৌবনি।


শুসেম ঃ থাদৌ কুকি

আইমোলশিংনা হাপলিবা ব্রা মচৈশিং অসি মখোয়গী লোন্দা 'রোচল' কৌই। মচৈ অহুম অসিনা 'অওই', 'অপুই', অমদি 'অতে' কৌনৈ। খোইরুনা 'খোইনাৎ' কৌই। মতোন্দা ব্রাকক উপশিনবসি মৈতৈনা 'লুহপ' হায় অদুবু আইমোলশিংনা 'রুনাথ' হায়না


শুসেম ঃ আইমোল

খঙনৈ। য়েন মতুনচিংবা ফজনবা লৈতেং তৌবিবসিনা 'আরমুন' হায়না কৌনৈ। যন্ত্র অসিবু শারিবা তুম্বা অসি পিকপা য়াই চাউবা য়াই। চাউবা পিকপা থেম্নবগী মতুং ইম্না মখোনসু থেম্নগনি। কনাগুম্বা 'রুসেম' শীজিন্নবা কাংলুপ থরনা য়াম্না পিকপদা লৈতেংগী মওং ওইনা খোংনবসু লৈ।

যন্ত্র অসি শীজিন্নবদি জগোই ঈশৈগী থৌরমশিংদা শীজিন্নে। অসিগুম্বা নাৎকী ওইবা জগোই ঈশৈগী থৌরমশিং অসিদা অহলশিংনা খোংলগা লৈশাবী পাখঙশিংনা জগোই শাই, খুনগী হরাও কুম্মেগী থৌরমশিংদা শীজিন্নবত নত্তনা পাখঙশিংনা নুমিদাংবাইরমগী মতমদা তুরেলগী খোংনুং লাম্না লৈশাবীশিংগী ময়ূমদা কোয়বা চৎপা মতমদসু য়াম্না নুংশিনা খোংদুনা চৎলি। যন্ত্র অসি হৌজিক্তি অসুম অসুম হস্তরকপগী মওংসু উবা ফংই। মসি শাবিনবা মীসু তাঙই। খুনগী অহৈবা মীশিংনা মখোয়গী খুনশিংদা ফংবা মচাক্না শাজবনি। যন্ত্র অসি ঙল্লিঙৈ মতমগী য়াম্না থোৎ মেঙনা নুংশিবা (হারমোনিক ওইবা) মখোন থোকপা যন্ত্র মখল অমনি হায়নসু লৌনৈ।

## হেমলৈ

যন্ত্র অসিসু চীংগী লমশিংদা য়াম্না মরু ওইনা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসিগী অশাংবনা সেঃ মিঃ ১৭ শাংই অদুগা পাকপনা সেঃ মিঃ ১.৫ পাকই। মসি ব্রাচেৎনা পানা ইৎলগা মবুক হোন্হনবনি। তেংখলগুম্বা অপাবা মচৈ অমা হাপকনি। ব্রাচেৎকী মখোক্তা লং অমা হাপকনি অদুগা চীনবান ময়াদা পুশিল্লগা খূৎনা লং অদু খৎ-খৎ চীংলগা মখোন থোকহনবনি। যন্ত্র অসি হৌজিক্তি পীপ্রাইগুম্বনসু শাদুনা য়াম্না লৈতেংগী



পাউমাই নুপীনা চিং খোঙবগী শক্তম

ওইবা মওংদা শীজিন্নবসু য়াওরে। যন্ত্র অসি থাদৌনা 'হেমলৈ', অনালনা 'তামপু', লমকাংনা 'তিংতৌ', ওইনাম খূন্দা লৈবা পূমৈ কাংলুপনা 'চিং' হায়না কৌনৈ। জেমৈনা 'তূক' হায়না খঙনৈ। যন্ত্র অসি নুপীতনা অয়াম্বা খোংদুনা শীজিন্নবা যন্ত্রনি। যন্ত্র অসি থাদৌশিংগীদি খ্বাইদগী লিরবা যন্ত্র মখল অমনি। যন্ত্র অসিগী মখোন অসি য়াম্না নুংশিনদি



তিংতৌ : লমকাং

পেংপেং : মরিং

তাইহ্ অদুগা শৈহেক শৈদা হাপ্তুনা খোংবদি কয়া য়াদে। থাদৌশিংনা শীজিন্নবা খরা পিকপা মওং অমা লৈ মসিদি ঈশৈ ফজনা খোংবা য়াই হায়না মখোয়না থাজনৈ। অচৌবা মথল অসিনা চুম্নগী মখোল অমা অদুম খোকচবনি। মচাসিনা কনাগুম্বা নুপীশিংনা মচাবু নুংশিনা নাউশুম্বদা ঈশৈগী মরোন্দা শক্তুনা খোংবা য়াই হায়না লৌই। ফজনা ইৎলগা ময়েক্কা হক খোক্তুনা শীজিন্নৈ।

# খীংনবা অমদি খৎনবা যন্ত্র

তম্পাক লমগী ওইনসু খীংনবা যন্ত্রশিং অসি লমদম অসিগী কলা সংস্কৃতিদা অচৌবা তোপ তোপ্লা মশক অমা লৌরি। লমদম অসিগী খীংনবা মরু ওইবা যন্ত্রশিংদি শরীক, ঝাল, মাঙ্গং, করতাল অমদি মন্দিলানচিংবনি।

## শরীক

শরীকতা মখল অহুম থোক্লা য়েংবা য়াই। অহানবদা মাইবীনা শীজিন্নবা শরীক মচা, অনীশুবদা হিন্দুগী লাইশঙশিংদা সেবা চৎপা ব্রাহ্মনশিংনা শীজিন্নবা শরীক মচা, অদুগা হিন্দুগী লাইশঙশিংদা মখোঙ হৈরেগা ব্রাংনা য়াল্লগা মরী পাল্লগা খীংনবা শরীক অচৌবা মখোয়শিং অসিনি।


মাইবীগী শরীক

শরীক শীজিন্নবদি লমদম অসিগী লৈশেম নোংশেম্বগী মশক তাকলিবা 'লাই হরাওবগী' থৌরমশিংদা মরু ওইনা শীজিন্নে। লাই হরাওরমদাইদা মাইবা মাইবীশিংনা মখোয় মখোয়গী থম্মোয়গী তেংথাখোলনা ঈশৈ ওইনা শকুনা ঈশিং তরংদা লৈরিবা লাইশিংবু হরাওনবা ঈকৌখৎপা মতমদা শরীক অসি খীংদুনা ঈকৌখৎলি। নোংঙানবগী লাই হৌদোকপা, নুমিদাংগী লাই শুম্বদা শরীক খীংদুনা পাঙথোকই। শরীক লাই অফবা কৌশিনবা অমদি লাই ফত্তবা তাম্থোকপদসু শীজিন্নে। মরু ওইনা লাই হরাওবগী থৌরমদা য়াওরিবা শরোই খাঙবা হায়রিবা থৌরম অসিদা শরীক খীংদুনা শরোই খাঙবা থোকই। হঞ্জিনবা মতমদি শরীক মখোন থোকহনবা য়াদে। করিগুম্বা মখোন থোক্রবদি শরোই ঙারোই ইমদুনা লাকই হায়না থাজনৈ। মসিদসু নত্তনা লাই হরাওবগী তাঙ্কক তাঙ্কশিংদা শরীক্লা অচৌবা থৌদাং লৌরি। মাইবীনা লাইমাঙ

ফমদুনা লাইবাউ চেনবা মতমদসু শরীক থীংই। মসিদ নত্তনা লাইরোই নুমিৎতা মাইবা মাইবীশিংনা ঔগ্রী হংগেন চোংবদা শরীক অসি পায়দুনা ঈশৈগা লোয়ননা জগোই শাই; শরীক অসি মসিদসু থাদোক্লবা য়াদবা অমা ওইরি। শরীক অসি ইমা লৈমরেলগী মশকনি হায়দুনা 'শরীক চুমজাও লৈমা' হায়নসু কৌনৈ। মাইবীশিংনা অহানবা শরীক পায়বা মতমদা ইমা লৈমরেলদা কৎলগা মমা গুরুওইবীশিংনা মচা মনাই ওইরিবা মাইবীশিংদা শিন্নদুনা পিবিবনি।



মাইবীগী শরীক শেমগৎপগী মওং

শরীক অচৌবা হিন্দুগী লাইশঙশিংগী মনাক নক্তা অৱাংবা মখোঙ য়ুংদুনা য়াল্লগা মরী পাল্লগা থীংনৈ। শরীক অসি লৈবাক নিংথৌনসু লাইদা কৎলি। মীচমশিংনসু লাইদা কৎলি। শরীক লাইদা কৎপা মতমদা কৎলিবা মীওইশিংগী মিং, তারিকনচিংবা থাদুনা কৎনৈ। করিগুম্বা মতমদসু কৎলিবা দেবতা অদুগী মিং ফাওবা ইদুনা হাপনৈ। মসি শরীক মচাশিংদসু অদুমক চৎনৈ।

মাইবীগী শরীক মচা অসি চাউরাক্লা সে: মি: ৫ মুক শাংই। অকোনবনা সে: মি: ৪ নি। মনুংদা অকোনবা য়োৎ অমা হাপ্লগা শাংবা মান্নরপ তৌবা শরীক মতুম অমা য়াল্লগা মখোন থোকহনবনি। মঙক চেংশিল্লগা মথক্তা য়োৎ অমা কোল্লগা হাপকনি। য়োৎ অসিগী মথক্তা অকনবা তারা অমা লৌশিল্লগা চাউরাক্লা সে: মি: ১৪ শাংনা হাপকনি। অসিগুম্বা অশাংবা তারা অসিদা ফি য়েৎলগা খুৎপায়ফম শেমদুনা শীজিন্নবনি। য়েৎপগী মওংদি মঙক চেংশিনবা শরুক্তগী তারাগী অরোইবা ফাওবা লাইফিনা য়েৎতুনা শীজিন্নবগী চৎনবী লাকই। য়েৎপা মতমদা পৈশা চান্দি ময়েক অমগা লাংথ্রে মতোন তরেৎ (৭) য়াওনা য়েৎকনি। মসিদা লাইগী ফনেক তোঙ্গা ফনেক না হান্না য়েৎকনি অদুগা লাইফি ফিদোন্না য়েৎকনি। লাংথ্রে মতোন অসিনা মীওইবগী থৱায়নি হায়না নুংগী ৱাখল ফোঙদোক্লে। লাইফিশিংনা য়েৎপা লোইরবা মতুংদা লং অহিংবা লংজা তরেৎনা মথক্তা চেৎনা কিশিল্লি। শরীক অসি ইমা লৈমরেল শিদবীগী মশকনি, অমদি মনুংদা হাপলিবা শরীক মতুম অসিনা নুপীগী হকচাং থোঙনি হায়না লৌনৈ। অয়াম্বা মতমদা অফবা চে অমদি লাগী লাতোন মথক্তা থমগনি। লম্বী লমখাং চৎপদা মনুং মেল্লগা মখোন থোকহন্দনা পুগনি। মখোন থোক্লবদি নুপীগী হকচাং কয়াৎশিংদা নুংঙাইতবা ফাওই হায়না লৌনৈ।

লমদম অসিদা নিংথৌ গরিবনিৱাজনা পানবা খৃ: ১৭০৯-১৭৪৮ মতমদগী হিন্দু লাইনীংনা মশা মরেং ফয়া লাকপনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা খৃ: ১৭৬৩-১৭৯৮ গী মতমদা চপ চানা মপুং মরৈ ফাদুনা মহৈ য়ানখি। মতম অসিদা হিন্দুগী লাইশঙশিংদা শরীক মচা অমদি অচৌবশিং শীজিন্নবা হৌরকখি। শরীক মচাদসু খরা চাউবা, ময়ায় ওইবা, অপিকপা, হেন্না পিকপা মখল কয়া শীজিন্নরকখি।

শরীক অপিকপা, চাউরাক্লা মতোনগী কোনবা সে: মি: ৯ দগী সে: মি: ১২ মুক চাউবা শীজিন্নৈ। শরীক্কী শাংবনা সে: মি: ৮ দগী সে: মি: ১১ মুক শাংবা ফাওবা শীজিন্নৈ। খুৎ পায়ফমগী অশাংবনা সে: মি: ১২ দগী সে: মি: ১৬ ফাওবা শাংবা অসি চাংচৎতা শীজিন্নৈ। মসিদগী পিকপা অমদি হেন্না পিকথবসু অদুমক শীজিন্নৈ। শরীক্কী খুৎপায়ফম মচৈগী মতোন্দা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, হনুমান অমদি কামধেনুনচিংবগী শক্তম হৈদুনা শীজিন্নৈ। হিন্দুগী লাইশঙশিংদা শীজিন্নবা শরীকতি মতোন লাওথোকই। অদুগা মাইবীনা পায়বা শরীকনা মতোন উমশিল্লি থরোগী মশক মাল্লি।


হীন্দু লাইশঙদা শীজিন্নবা শরীক মচা

শরীক অচৌবা চাউরাক্লা কে: জি: ৮০০ মুক লুম্বসু লৈ। কে: জি: ১.৫ তগী কে: জি: ২ ফাওবা লুম্বশিং অসিনা য়ানদুনা মরী পাল্লগা খীংনৈ। শরীক্কী চাউবা শাংবা চাউরাক্লা চাংচৎতা সে: মি: ৪৮ ব্রাংই, কোনবনা সে: মি: ১০০ কোল্লি। মরী পানফমগী অকোনবা শরুক্তা লমদমসিগী চৎনবী ওইনা চীংলাই হাপ্তুনা শীজিন্নৈ। শরীক অসি হিন্দুগী লাইশঙশিংগী লাইগী আরতি কৎপা, লাইগী লুক কৎপা মতমদসু খীংদুনা শীজিন্নৈ। হিন্দু লাইশঙশিংগী লাইগী থৌরমশিংদা শীজিনৈ। শরীকশিং অসিবু ঐখোয়না ঈশৈগী যন্ত্র অমা ওইনা লৌনৈ।


হীন্দু লাইশঙদা শীজিন্নবা শরীক অচৌবা (মথক্তা য়াল্লগা শীজিন্নবা)

মচা অমদি অচৌবা শরীকশিং অসি শেঙ্গেংনা হৈদুনা শাবশিংনি। শিনফম অসি মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা পানবা খৃঃ ১০৭৪-১১২২ মতমদগী হৌনা শাগেশিংগী শিন য়েনবা মতমদগী হৌনা হৌজিকফাওবা অহেবম শাগেনা হৈদুনা লাকলি।

## য়োৎ খীংবা

'থায়না য়োৎ খীংলিঙৈগী মতমগী ঝানী' হায়দুনা চৎনমরবা অরিবা মতমগী থৌদৌবু পাউরৌনরি। মৈতৈশিংনা শিরবা মতমদা য়োৎ খীংবা চৎনরকই। মসিবু 'কাশা পাউতাকপা' হায়নসু খঙনৈ। হান্না লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী মফমদা মাগী শাগৈগী মীওই অমা অশুমাইনা শিরে হায়বগী পাউ তাকপনি। মসিদসু নত্তনা খুন লৈকাইদা মী অমা শিরে হায়বগী পাউ খঙহনবনি। ক্কাথাগী* মৈতৈ লাইনীং চৎপা মীওইশিংনা শিরবা মতমদা শিরবা মী অদুগী খুয়াদা য়োৎ অমা মুংলগা অতোপ্পা অমনা খীংদুনা কাশা পাউতাকপা হৌজিক ফাওবা থাদোক্লবা য়াদনা চৎনরি।

## ঝান


ঝাল : মৈতৈ

থেংলবদা যন্ত্র অসি ১৮ শুবা চহী চাদা লৈরে হায়না লৌনরি। খৃঃ ১৮২৪ দা মহারাজ গম্ভিরসিংহনা স্নাসন তেম্না পানবা মতমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবাদা খোর পালাদা ঝান পায়দুনা হৌদোকখি। মসিদসু নত্তনা মহারাজ নরসিংহগী মতম খৃঃ ১৮৪৪-১৮৫০ দা মেরা থাগী হরি শয়ন শকপদা ঝান খীংদুনা নাম সেবা হৌদোক্লুনা ঝান শীজিন্নখি।

শেঙ্গেংনা শাদুনা শীজিন্নবা যন্ত্র মখল অমনি। চাউরাক্পা সেঃ মিঃ ২২ - ২৩ মুক পাকই মরী তেম্না হাপ্পী। চাউরাক্পা সেঃ মিঃ ৭ মুক শাংবা লং মপুল নৎত্রগা লাইগী ফিদোনগুম্বনসু পুন্না কিশিল্লগা মরী শেমদুনা শীজিনৈ। যন্ত্র অসি হিন্দু লাইশঙশিংগী লাইগী আরতি কৎপা, মেরা থাগী মঙ্গলার্তি (মঙ্গল +আরতি) অমদি হরি শয়নগী মতমদা শীজিন্নবত নত্তনা অশিবগী থৌরম অস্থি লৌখৎপা মতমদসু শীজিনৈ।

---

* ক্কাথা মৈতৈগী অরিবা খুননি। ইম্ফালদগী ইন্দো ব্রহ্মা রোডতা কিঃমিঃ ৯৫ মুক চৎলগা লৈবা মোরে য়ৌদ্রিঙৈদা খুদেংথাবী লমথাইদগী অন্নাং পাংনা চীংলোন অনী লাইরেনশিবী, অমদি পুমবুমচীং লাল্লগা কিঃমিঃ ৮ মুক চঙশিল্লগা লৈবা খুননি।

## মাঙ্গং


মাঙ্গং : মৈতৈ

মাঙ্গং যন্ত্র অসি খেংলবদা খৃ: ১৬৯৭-১৭৪৮ দা পানখিবা লাইনিংথৌ চরাইরোংবগী মতমদা লৈরে হায়না লৌনরি। মাঙ্গং মবূক তোঙবা যন্ত্রনি। মাগী পাকপা পূন্না সে: মি: ৩৫ পাকই। মবূক্কী অতোঙবা শরুক্না সে: মি: ২৩ মুক তোঙই। মাঙ্গংসু মরী তেল্লি। চাউরাক্লা সে: মি: ১৫ মুক শাংই। মরী শেম্বগী মওং ঝানগা মান্নে। মাঙ্গংদি অয়াম্বা লাইগী আরতি কৎপা মতমদা শীজিন্নে। শিবগী থৌরমশিংদসু শীজিন্নে।

## মন্দিলা


করতাল : মৈতৈ

শেঞ্জেংনা হৈরগা শাবা যন্ত্রনি। লৈঙোইদা চাউবা পিকপগী ওইহন্নীংবা মওংদা শেন্নগা শেঞ্জেংনা হৈরগা শাবনি। চাউরাক্লা সে: মি: ৭ মুক চাউবা মবূক কুন্নপ তৌবা পোৎশকনি। সে: মি: ৬৬ শাংবা লংনা লোলগা মরী অয়াম্বা অঙাংবনা ওইনৈ। মসিদা তোঙান তোঙানবা মচুশিং মরক মরক্তা লাংদুনা ফজনবা মওংদা শেম শাদুনা মরী ওইনদুনা পায়নবসু য়াওই। মন্দিলানা নুপীশিংনা পায়নৈ।

## করতাল


করতাল : মৈতৈ

করতালসু মন্দিলাগুম্না লৈঙোইদা হৈরগা শেম্বনি। চাউরাক্লা সে:মি: ১৩ মুক চাউবসি চৎনৈ। মরীসু মন্দিলাগুম্না লং লোলগা শেম্মী। চাংচৎতা চাউরাক্লা সে:মি: ৭০ শাংবা অসি চৎনৈ। মন্দিলাগী মরীদগী খরা হেন্না শাংই।

করতালনা নিপাশিংনা পায়নৈ। মন্দিলাদগী করতালনা চাউবা হেনবা মরমনা নিপাশিংনা পায়নবনি।

করতাল মখল কয়া থোক্লা শীজিন্নরম্মী। মদুদি - অরিবা করতাল, অনৌবা করতাল অপাবা, অনৌবা করতাল ময়ায় ওইনা থাবা, অনৌবা করতাল অথাবা, অরিবা করতালনা জয়শ্রী গরিবনিৱাজ মহারাজ খৃ: ১৭০৯-১৭৪৮ না পানবা মতমদা বঙ্গদেস পালা হৌদোকখিবা মতমদগী শীজিন্নরে হায়না লৌনরি। অনৌবা করতাল অপাবা অসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতম খৃ: ১৭৬৩-১৭৯৮ দা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী নট সংকীর্ত্তনদা মহারাজ মশামক অমদি শ্যামশাই, ধরশাইনচিংবনা পায়নরে।

মন্দিলা অনৌবা ময়ায় ওইনা থাবা অসিনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম খৃ: ১৮৩৪-১৮৪৪ দা সংকীর্ত্তনদা মপুং ফানা শীজিন্নরে হায়না লৌনরি। অনৌবা করতাল অথাবা অসিনা চূড়াচান্দ মহারাজগী মতম খৃ: ১৮৯১-১৯৪১ দগী শীজিন্নবা হৌরে। মসিদগী শমথরকপনা হৌজিক ফাওবা অদুম শীজিন্নরি।

## রামতাল

রামতাল অসি খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮, মৈদিংঙু ক্যাম্বগী মতম খৃ: ১৪৬৭-১৫০৮ দা লৈরে অমদি মতমদুগী বিষ্ণু পুজাদা রামতাল শীজিন্নরে হায়না লৌনৈ। রামতাল অসি মন্দিলাগুম্না মবুক কুৎতে। পাকলপ তৌই। মন্দিলাগী চাউরিবা শরুক্তগী খরা পিকথবা অমদি খরা হেনগৎপসু লৈ। যন্ত্র অসিগীসু মরী তেন্না হাপকনি। অয়াম্বনা মনোহর শাহি শকপদা শীজিন্নৈ। কোথা কীর্ত্তনদসু পায়নৈ। মসিদদি পুংসু খোল য়ৈগনি। মসি বেঙ্গোলগী সংকীর্ত্তনগী মশকনি।


রামতাল ঃ মৈতৈ

যন্ত্রশিং অসি পোৎশক্কী মতুং ইন্না খুদোংচাবা য়েংদুনা শীজিন্নবনি। করতালনা মন্দিলাদগী চাউবা হেনবনা অয়াম্বনা নিপাশিংনা শীজিন্নবনি। মসিনা নিপা পালাদা অরিবা পাল্লা ধোপ পাল্লা অমদি সারর্দ্ধ কর্ম্মদা শীজিন্নৈ। করতাল মরীনা মুগানা হাপ্লগা মবুক্তা পেক্রক মচুনা ওইরিবসি য়াম্না ফজনবনি অসিগুম্বা ফজনা শেন্নবা পোৎ অসি সংকীর্ত্তন নত্তনা অশিবগী থৌরমদা শীজিন্নদ্রিবসি মসিনা অরু অহেনগী পোৎ ওইবননি।

মন্দিরলানা নুপীশিংতগী ওইবা পোৎনি। নুপীশিংগী সংকীর্তন খুদিংদা শীজিন্নৈ। মাগী মরীনচিংবা অঙাংবা অমোনবনচিংবা ওইরিবসি য়াম্না ফজনবগী মশক পুথোকপনি।

অমরোমদা করতাল অসি রাধাগী শক্তমনি, অদুগা মরী অসিনা রাধাগী শমলাংনি, করতাল মখোন অসিনা রাধাগী খোঞ্জেলনি হায়না লৌনৈ। করতাল অসি শীজিন্নদুনা শকলিবা শৈশক অসি মণিপুরদত নত্তনা অতোপ্পা লৈবাক্তা লৈতে। মসি মণিপুরগী ওইবা তোপ তোপ্পা মশক অমনি। করতাল পায়বা মতমদা পুংসু অচৌবা য়ৈগনি। অমরোমদা করতাল অসি অচৌবা ওইবনা খোঞ্জেলসিগা চান্নবা পুংসু অচৌবা ওইবনি।

ফিজেৎকী মতাংদসু করতাল পায়রবদি কোয়েৎসু অচৌবা য়েৎকনি, ফৈজোমসু কুপ্পা হাপকনি। ফিশিংসু অচৌবা ভাত্তা ওইগনি। মসিনা য়াম্না চম্না অমদি অচুম্বা পামজবগী মশক ফোঙদোকপনি।

ঝান পায়রবদি পুং য়ৈবসু কোয়েৎ মচা য়েৎকনি। পাল্লা পুম্নমকসু য়েৎকনি। ফৈজোমসু কুপ্পা তুংদা য়েপখৎতুনা শেৎকনি।

## চীংগী লমদা মরী পানবা খুৎনা খৎলগা শীজিন্নবা যন্ত্রশিং

### ওলোবী কাদা

যন্ত্র অসি সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টতা লৈব মাও অমদি মরাম নুপীশিংনা খোংনবা যন্ত্র মখল অমনি। চাউরাক্পা সেঃমিঃ ১২০ মুব শাংবা অপিকপা রা অশাংবা অমনা তুম্বাগী মনীং মমাং ফাওনা লেংশিল্লগা, পেনাগুম্ন চৈখোক হাপ্লুগা তুম্বা মমায়দা পুংমা তিংলগা শেম্বা যন্ত্রনি। অপিকপা রাদা মতো থংবা শরুক্তা রাচেৎ নৎত্রগা, অকনবা য়ো মচৈ অমনা হাপ্লুগা তরা তিংলগা খুৎ খৎলগা খোংবা যন্ত্রনি।

যন্ত্র অসি খোংবগী মওংদি ফৈনা থম্লগা হকচাংলোমদা নক্পা তালপুরাগুম্না খুৎনা খৎলগা খোংবা যন্ত্রনি। যন্ত্র অসি অয়াম্বনা নুপীশিংনা য়াম্না পাম্না খোংনবা যন্ত্রনি।



ওলোবী কাদা ঃ মাও

## রূ-পেরকোং

যন্ত্র অসি চুড়াচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্তা খুন্নারিবা মারশিংনা শীজিন্নবা যন্ত্রনি। চাউরাক্পা সেঃমিঃ ৫৭ মূক শাংবা রূপূম মতাং পানবা, পূম্না কোনবা সেঃমিঃ ১৬ ওইবা, রূপূম অমদা মবুক্তা সেঃমিঃ ১৯ মূক শাংনা কোংথোক্লগা শেম্বা যন্ত্রনি। কোংথোক্লিবা মবুক অসিগী মনাক নক্পা রূপূমগী মশাদগী কলমগী শরুক্না পিক্পা তরাগুন্না তিংলগা শেম্বনি।









রূ-পেরকোং ঃ মার

খোংবগী মওংদি মবুক্কী অহাংবা শরুক্কা পাম্নমা খুৎনা পায়রগা হকচাংলোমদা ওনশিল্লগা মাংলোমদা ইম্থোক্তুনা খুৎ অনীনা খৎলগা মখোল থোকহনবনি। কনাগুম্বশিংনা হায়বদি হেন্না খোজেল থোকহনবা পাম্বশিংনা অহোবা অচৌবা দ্রমগুম্বা অমদা ইনশিন্দুনা খোংনবসু য়াওই।

# যন্ত্রশিং শাননবগী থৌরাং অমসুং থৌওং

মথক্তা পনজল্লিবা তোঙান তোঙানবা যন্ত্র মখলশিং অসিগী শাননবগী থৌরাং খুন খুনগী ওইবা থৌরাং অমসুং থৌওং তোঙান তোঙয়া লৈজরবসু মপূং ওইনা য়েংবদা খুনগী ওইবদা লাইথৌ তিনথৌ অমসুং চৎনবীনচিংবা মরম শাগোয়দুনা লোয়নরকই। যন্ত্রশিংগী মরক্তগী খরা লৌখৎলগা থমজরি।

## পূংজাউশিং শাননবগী উ থিবা

পূংজাউশিং শাননবগী উ থিবা অমদি উশিং অদু চিংলকপগী খুন খুনশিংগী তোঙান তোঙানবা মাগী মাগী চৎনবী কয়ামুক লৈ। খুনশিং অসিগী থাজনবী ওইনা তোঙান তোঙানবা তিনথৌ লাইথৌগী থবক তৌই। ওল্লিগৈ মতমদগী হৌনা খুনবূ নৎত্রগা লাইথৌ তিনথৌগী মরমদা খঙবা মীওইশিংনা খুনগী মহুৎ শিন্দুনা মঙ তমদুনা উ থিবগী থবক পাঙথোকই। থিরিবা উশিং অদু কদায়দা লৈবগে হায়বসি মঙদা উহল্লী। অসিগুম্বা উশিং অসি অসিগুম্বা মফমশিং অসিদা লৈরে হায়বা খঙলবা মতমদা অখঙ-অহৈ, অমাইবা-অমাইবী অমদি নিংথৌ য়াওনা তৌরবসু মনাই মশল অকল অথৌ পূম্না চৎতুনা নুমিৎ থবান অফবা খন্দুনা য়েংনরম্বসি চৎনরম্মী। নুমিৎ কুইনা শাংনা চৎকদবা লম্বী ওইরবদি চেঙজেল য়োমদুনা চৎলী। লমশাং চৎপদা ব্রাদনবা হায়দুনা ঈশৈ শকপা হৈবা, পেনা শকপা হৈবা অশেবা অমদি ফাগি পুবা মীওইসু পুদুনা লোইনরম্মী। হৌজিক ফাওবা থাদোক্লদনা অব্রাং সেকমাইদদি উশিং অসি য়াল্লনি হায়বা নুমিৎ অদুদা সনা কোনয়াই, লুপা কোনয়াই হন্দুনা মাগী কৎফম থোকপা লাইগী তিনগী পোৎলম চৈরম কয়া কৎলি। হায়রিবা থৌরম অসি য়াম্না ওল্লিগৈ মতমদগী পাঙথোক্লরকই হায়বসি অরিবা খুৎই লাইরিক *হিজন হিরাও*দগী খঙবা ঙম্মী। লৈত্রামদদি লৈশাবীশিংনা খরি য়ুপান হৈদুনা হৈকৎ লৈকৎ কয়া তৌই। সেকমাইগী থাজনবীদদি উ অসি য়াল্লমদাইদা *উকোকলোন*, *উরাউলোননচিংবা* শকই। উ অসি য়াল্লমদাইদা হান্না ফজনা কোকথোক চামথোকপগী মথৌ তৌগনি, অদুগা উরাউরোল শক্কনি। উ অসি য়ানবা মতমদা অখঙ-অহৈ, অমাইবা-অমাইবীশিংনা উ নঙবূ য়াল্লিবসি য়ুমগী শাইজিন ইচুম য়াননবা, য়ুমগী উখোং ওইনবা অমদি ওক্নী মচিঙ্গাক

হুন্নবা খুদেং ওইহনগে হায়না য়ানবা নত্তে, নঙবু অফবা থবক্তা শীজিন্নবা য়ানবনি হায়না উ য়ানবদা হোয়-হা নচিংবা হোইরাউ লাউদুনা শকপনি। হায়রিবা থৌরমশিং অসিখুন খুনগী থাজনবীগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মিঙৌ লৈজরবসু ইরাৎ থৌনিগী মওংদি চপ মান্নে। খুনশিং অসিগী পুং শাননবা উশিং অসি চিংলকপা মতমদা ঈশৈ নোংমাইনচিংবা কয়া শকই। শকলিবা ঈশৈশিং অসি চকপা খুনশিংগী ওইনদি চকপা লোন্দা শকপা ঙাক্তনি। উশিং অসি চিংলকপা মতমদা নুপী অঙাং লমলানবা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ।

চীংগী লমদা মরুওইনা তমেংলোং খুনগী রোংমৈশিংনা উ লৈরবা মতুংদা থৌবেগী মপুনা খুনগী মশা কনবা নহা ৩০/৪০ খনগৎলগা উ য়ানবা থাগনি। মসিদা চঙগদবা চান-থক্লবা খুদিংমক থৌবে মপুনা পুথোক্লনি। নুমিৎ অফবা য়েংদুনা উ য়ানগনি। উ য়ানবা য়াবা মতম হায়বদি তিঙ্গা লাইতং থোকলোইদবা মতম য়েংদুনা য়ানগনি। মসি মরু ওইনা খুনগী মীওহ পুন্নমক্না চন-থক্লবা পৈশিন্দুনা থন্নবা মতম হায়বদি খুনগী মীওইশিং অৱা পোথাদুনা নুংঙাইনা লৈরবা মতমদা তৌগনি। উ অসি য়াল্লগা মফম অদুদা পুংগী মওং অসি শেমদোক শাদোক্লগা পুরক্লনি। উ অসি য়াল্লমদাইদা য়েনাউ মচা অমা য়েলহিং থাদোক্লনি। পান্নাউ শিংনাউ কৎকনি। উ অসিবু লাইনি হায়না মখোয়না খঞ্জদুনা কৎপনি। মখোয়গীদা চৎনবী অমা লৈ মদুদি করিগুম্বা পাম য়াল্লমদাইদা অমদি উয়ান শীংয়ান তৌরমদাইদা মখোয়না মফম অদু কোকথোকপা মতমদা তীল-কাঙ জিব পানবা পুন্নমক শোকখি শিখিবা পুন্নমক্কী পাপ কোকপীয়ু হায়না হায়জবা অমদি থবক অদু তৌবা মতমদা খুজু-খুৎলাইনা শোক্তনবা অমদি মীশি মীনা খোক্তনবা 'শিং' অসি লাইদা কৎলী অদুগা লাইদা কৎলবা 'শিং' অদুগী মহিসু থকই। মসিগী মওংগা চপ মান্নবা উ য়ানবা মতমদসু তৌই। উ অসি য়াল্লমদাইদা য়েলহিং থাখিবা য়েন অদু হাৎলগা উ অসি য়ানবদা য়াওবা অহল অনীনা চাগনি। য়েলহিং অসি থাবগী মরমদি ককথ্রবা উ অসি অমুক হন্না য়েম্নীং হনদুনা অনৌবা ময়োল চোংদনবনি। চাগদৌরিবা য়েন অসি অহল অনীনা চাপ্রবা মতুংদা অরেম্বদু লংথোক্তনি নৎত্রগা ফুমজিনগনি। অতোপ্পা মীওই অমত্তনা চাবা য়াদে। মসিগী থৌরম অসি খুনগী অখঙবা মাইবগুম্বনা তৌগনি। অসুম্না উ অসি য়াল্লগা মওং তানা শেন্নবা মতুংদা ময়াম চঙদুনা ঈশৈ নোংমাইনচিংবা শক্তুনা খুন য়ৌনবা পুরক্লনি। খুনগী অহেবশিংনা শেম শাদুনা পুংগী মশক মওং লাক্লবা মতুংদা খুনগী মরু ওইবা লোয়শঙদা থমগনি। অসিগুম্বা উচিংবগী চৎনবী অসি কাংলুপ খুদিংমক্তা অদুমক লৈ। হৌজিক্কী মতমদদি চৎনবী অসি থাদোক্লরে।

অঙনবা মতমগী পুঙ তিংবদা 'চকপা তিংশাংনা পুং তিংই' হায়না *চকপা তিনশাং লোন্দা* ইরি। মসিগী মতুং তারকপদা লোয়শঙ লিংদুনা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মতম খুঃ

১০৭৪-১১২২ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ অসিগী হাক্তজা শাগে শলাইশিং খায়দোক্তুনা মাগী মাগী শাগেনা চান্নবা মশিন য়েনথোকপদা থোংপম পুং হুৎপগী মশিন পীখি। মৈহুম উতোং হুৎপা, হুৎপগী মখৈ মখোয়গীনি। অসুম্না মথং মথং চথরকপনা হৌজিক্তি শাগে শলাইগী রাফম লৈতনা পামজবা, হীরম অসিদা হৈ শিংবা মীওইশিংনা চারোল শুরোল নাইনা পুং তিংবগী মওং চথনরি।

## মৈতৈ পুং শাবগী থৌওং পরিং অমদি খুজু খুৎলাই



পুংগী মওং-মতৌ উৎপা

পুং শানবা উ, শাগদৌরিবা অদুগী পাকপা চাউবা, শাংবগী মতুং ইন্না অককপা ওইনা লৌরুরগা শাফমদা পুরকই। পুং শানবা পুরকপা উকক অদু থরা কংহল্লবা মতুংদা মপান থংবা শরুক ফুনদ্রেনা খেৎলবা মতুংদা মনুং থংবা শরুক অদু খেৎলগা পুংলী তিংবা পুংলোই লোইবদা থা অমা মথাই (১.৫) চঙই। পুংমায় তিংনবা শউন শেম্বদি চফু অমদা শুনুগা শুধাগা শেম্বা মহী হাপচিল্লগা য়ামদ্রবদা নুমিৎ নিনিদগী তাদনা তীংলবা মতুংদা শেমনৈ। তীংবা অসিনা মতু কেলহননবনি। অতীংবা পুংমায় ওইনবা শউন অদু কংহনবদা নিংথম থাগী মতমদি য়ামদ্রবদা নুমিৎ মরীরোম চঙই। কালেন থাগী মতমদদি নুমিৎ অনীরোম চঙই। হায়রিবা অতীংবা শউন অসি মনাউ ওইগদবা পুংমায়দা তিংনৈ। অদুগা মরুগীদমক্তদি মতুদং শৎপা শউন্না তিংনৈ।

## পুং শাননবগী খুজু খুৎলাই

১) পালোং (ময়াং অমা), ২) ফুনদ্রে (খুৎথিল/য়েনথাং), ৩) পাইজা, ৪) প্লাস, ৫) পুংহুৎ (অচৌবা, ময়ায়, মচা), ৬) থেঙ্গু, ৭) লেপলৈ, ৮) ফৈরেল হোরাই, ৯) শীংজং, ১০) হাংমৈ খুদোং, ১১) শংগাই, ১২) অরামদার, ১৩) শকেৎ (শউন খেৎনবা), ১৪) পাইজ মাইকোন (মনুং খেৎনবা), ১৫) নাপচৈ (পুং, ধুলোক), ১৬) অকলা, (পুংগী য়াৎনবা) অসিনচিংবনি।

পুং শাগদবা উকক অসি মানা মানা পামজবা মতুং ইন্না পিকপা চাউবগী নাপ লৌরগা লেপলৈনা মনুং অসি হুৎকনি। লেপলৈনা হুৎলবা মতুং ফুনদ্রেগী মতেংনা মপান থংবা খেৎকনি। ফুনদ্রেদা মচীন অনী লৈ। অমনা খুৎখিন অদুগা অমনা য়েনথাং




পূং তিংবদা শীজিন্নবা খুৎজু খুৎলাই খরা ওইরোমদগী
(১) শকেট (২) পূংহুৎ (৩) শঙ্গাই থাঙ (৪) নাপচৈ (পূং অমসুং ধুলোক) (৫) য়েম্থাং মচিন তুম্বা (৬) য়েম্থাং মচিন পংবা অমসুং (৬) পাইজ মাইকোন

হায়নৈ। অমনা খরা চাউই মতোন পঙই অমনা খরা পিকই মচীন তুম্মী। মচীন অনী অসি মনীং মমাংদা হাপ্পুনা শীজিন্নবসু লৈ অদুগা কনাগুম্বনদি তোঙান তোঙান্না শারগা পায়নবসু লৈ। মচীন পঙলপ তৌবসিনা খুথিন হায় অদুগা মচীন তুম্বা পিকপা অশাংবনা য়েনথাং হায়। খুৎলায়শিং অসিগী মতেংনা পূং খেৎলি। নাননবগীদমক অরামদায় শীজিয়ে। মসিনা মপানগী ওইবা শরুকনি মনুংগী ওইবা শরুক্তা ময়াঙ হাপ্পা চন্নবা লেপলৈনা হান্না হুৎলবা মতুংদা ময়াঙ চন্নবা পাইজা মাইকোন্না অমুক তেংথোক্লগা ময়াঙ হাপচিনগনি। পূংগী মথক থংবা শরুক খেৎপগা লোয়ননা মনুংগী শরুক অদুসু লৌথোকপা লোয়রবা মতুংদা থাবগী চাং অসি চাউরাক্লা সে: মি: ১-২ ফাওবা থানা থমগনি। মসিগী মতুংদা থা অমরোম থমদুনা ফজনা কংহল্লবা মতুংদা পূং তিংবা অদুম য়ারে। মসি কনাগুম্বা ওজাশিংনদি চহী ১/২ নৎত্রগা থা ৫/৬ অদুম থমনবসু য়াওই। মসি মাগী মাগী ঙমজবগী মতুং ইনবনি।

পূংদা মরু অমদি মনাউ হায়না অনী লৈ। পূংদি অয়াম্বা ব্রাংনা শানৈ। মনাউগী শরুক্তা নাউথোংনা উয়িন নৎত্রগা নানপ হায়রিবা অসিনা শানৈ। হৌজিক্তি শীজিন্নবা য়াবা অফংবা উশিংনা শান্নবসু য়াওরে। নাউথোংগী মতোন্দা য়োৎকী মকোন অমা হাপকনি। মসি শউন তিংবদা চপশিনদনবা ঙাকলৌ পিবনি। মরুগী শরুক্তসু লী অমা হাপকনি মসিসু মনাউগী মওংগা মান্নবা ঙাকলৌ পিবনি।

## পূং তিংবা য়াবা শউনশিং

১) ষণ মউন, ২) ইরোই মউন, ৩) শন্দং মউন।

পূংমায়দা মনাউগী শরুকনা ষণ হনুবীগী শউয়া ওইগনি। অদুগা মরুগী শউনা ষণনাউ মচাগী মউয়া ওইগনি। মরীনা শন্দংগী মউয়া ওইগনি। ইরোইগী মউনদি পূংগী মনাউগী মরীলদা মকোয় অমা য়াওরি মদুদা হাপ্পুনা শীজিন্নগনি। মসিদা শীজিন্নবগী মরমদি শউন অতৈদগী ইরোইগী মউন অসিনা কনবা হেল্লি।

## পূংগী মরী তিংবগী মওং

পূংমায়গী মরুদা মচা নিফুমাথোই, মনাউদা কুন্থানীপাল ওইগনি। পিকপা চাউবা খেন্নবগী মতুং ইন্না খরা খেন্নবা য়াই। মচা লোনবদা মরুগী শউয়া কীমননা ওইগনি। পূং তিংনবা মরী অসি চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ৩০৩৪ মুক শাংবা শউয়া তিংগনি। পূংখুন মনাউদা কুন্থানীপাল ওইরবদি মরুদা নিফুমাথোই ওইগনি। অরিবা পূং অচৌবদদি পুঙখুন নিফুমাথোই মনাউদা ওইবা মতমদা মরুদা নিফুমরি ওইগনি। পূংখুন ৩/৩ গী চাংদা খেন্নগনি। পূং গী লোনবা মতমদা মরুদগী হৌরগা মরুদা লোইশিনগনি। লোইশিনবদা মরীলগী লী অদু চান্নদ্রবদি মনাউলোমদা অদুম লোইশিনবসু য়াওই অদুবু অয়াম্বদি মরুদা লোইবনা নমই। পূং মায়গী কাটাদা মনাউগীনা ষণ হনুবী মউন মতু শৎপনা ওইগনি। শউন অসি শুনু অমদি শুধাদা নুমিৎ ৩/৪ নিরোম তীংলগা পাং তিংলগা নুংশাদা কংনা ফৌদোক্কনি। মরুগীনা মতু শৎলগা অদুম তিংগনি। মরুগী কাটানা শন্দংগী মউয়া ওইগনি। মতু শৎতবসু তৌনৈ। মতু শৎপনা নানবা ফজবা হেল্লি অদুগা লোয়ননা মরীল তেংথোকই। মতু শৎতবনা মরীল চৎলি। মরম অদুনা মরুগী শউয়া মনাউগী শউনদগী নোপ্পা হেল্লি। মনাউগী মনুংদা লী অমা কোলগা হাপকনি। মসিনা ইরোইগী মউয়া ওইগনি। মরীল অসিগী মথক্তা শউন মচেৎ মচাশিংনা লোনবনি। মরুদদি মরীল য়াওদে মরী মচাশিং লোইনা ফুন্না লোনগনি।

পূং শাবা মতমদা য়ামদ্রবদা মী অনীদি চঙই, অনৌবা খুজু খুৎলায় শীজিন্নরবদি মী অমত্তনা অদুম তৌবা ঙমই। হায়বদি খুৎনা পায়দুনা মীময়াম চঙবগী মথৌ তাদ্রে। হৌজিক্তি অয়াম্বা ইলেকট্রিকনা খেৎপা অসি চৎনরে। তিংবনা নুমিৎ নিনী নৎত্রগা নোংবা তথ্বাই ফাওবা চঙই।

মৈতৈ পূংদা মরু মনাউ পূন্না কাপ থাই। ধুলোকতি কাপ নামত থাই। পূংমায় পারগা কাপ পানা থাগনি। মমায় থারগা কাপ থানা থাগনি। কাপ হেন্নবদি মরী পুবা ব্রায়। কাপ থাবগী মওংদি খুদোনবীনা পানা পানা তৈগনি। য়ামদ্রবদা খুৎতৈ নিফুমাথোইমুক তৈগনি। পূংগী নাকল অনীদা খুদোপ ১/১ হাপকনি, মসিনা পূংলী পান্নবনি। পূংলী অসি থাঙ্গং মরী হায়নসু খঙনৈ। মরী অসি অহানবদা লংজমনা খ্বাংদা শারগা শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্ত। শামতুনসু শারগা শীজিন্নরে। পূং মরীগী শাংবনা পূন্না সেঃ মিঃ ৪৪২ শাংই অদুগা মতোন মতোনদা চামর হায়না জুম জুম য়াম্থবা অমা য়াওরিবসিনা চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ৩০/৩০ মুক শাংই। মরী পান্নবা মতুংদা লংজম ফী অপাবা অমনা পূংয়োম ওইনা মবুক্তা য়োমদুনা পূং অসি শীজিন্নৈ।



ধুলোক তিংবগী শক্তম

## পূংগী খোঙহৌ

পূং তিংবা অসি অহানবদদি য়াম্না চম্না তিংনরম্মী। মমায়দা শউন অমনা কূপশিল্লগা লীনা মরী ওইনা তিংনরম্মী। তিংবা মতমদা শউনগা তাইননা শউনমক্তদা লীনা হুৎলগা তিংই। মমৈথংদা শউম্না মপান অকোয়বদা থানা হাপ্তুনা মপাঙ্গল কন্নবা শেমদুনা পূং তিংবা হৌরকই। অহানবদা ইচম চম্না লীনা মরী তিংলম্বা অমদি শউনগা হকথেংননা মরী তিংবা অসি পূংজাউশিং, লাংতৈপূং অমদি তানয়ৈপূংনা শাখিনি। হৌজিক হৌজিকসু মসিগী মশক মওং উবা ফংলি। মসিদগী মথং মথং চাওখৎলকপনা হৌজিক্কী মওং তারবা মরু মনাউ নাইবা পূং মৈতৈপূং অসি লাকখি।

## তৌদ্রি/বাঁশী হুৎপগী মওং

তম্পাক্কী লমশিংদগী তৌদ্রি বাঁশী হুৎপা য়াবা ব্রা লৌরুরগা কংহনবা মচুম খক্লবা মৈদা সিজন তৌগনি। (ব্রাহিং তানথোকপা হায়নসু কৌনৈ, ব্রা মনুংদা য়াওবা ঈশিং কংহনবনি) মসি কংহন্দ্রবদি শুম চাই। মরম অদুনা ব্রা অসি য়াম্না মতম চঙনা কংহনবসি চৎনৈ।



বাঁশী শেম শাবগী শক্তম

অঙনবা মতমদা তৌদ্রি অসি শঙ লিংদুনা শাফম তোঙায়া লৈরমদে। কনাগুম্বা পামজবা, খুৎহৈবা অমনা হেক্তা শারগা খোঙনরম্মী। অয়াম্বনা তৌদ্রি মতাং পানবা ব্রাদা শেমনৈ। শনৈবী ব্রা মতাং অমদসু হুৎনরম্মী। তৌদ্রি হুৎপসি অয়াম্বা মতমদা চীনকামফম মখূন হান্না হুৎলগা মখাদা মখূন তরুক হুৎকনি। অয়াম্বনা তৌদ্রিদি মতাং খাঙবা ব্রানা হুৎনৈ। তৌদ্রি অমদি বাঁশী অসি অয়াম্বনা শনৈবী ব্রা অমদি খোক ব্রানা হুৎনৈ। মণিপুরগী ব্রানা তৌদ্রি/বাঁশীগীদমক ফবা হেল্লি ব্রা লূম্মী। লূম্নীবমখৈ তৌদ্রি/বাঁশীদা মখোন ফজবা হেল্লী। শনৈবীদগী খোকব্রানা অমুক্কসু বাঁশীগীদমক ফবা হেল্লী। খোকব্রানা লূম্বা হেনবনিনা খোঞ্জেল ফজবসু হেল্লি। তৌদ্রি অসি অয়াম্বনা লাই হরাওবগী থৌরম, নিংথৌগী থৌগন ইনবা, শিবগী থৌরম, হরাও কুম্মৈগী থৌরমশিংদা খোংদুনা শীজিন্নরম্মী। মসিদগী অসুম থেংথরবা মতম হায়বদি লান মতুংদা শিনফম অমা ওইনা বাঁশী হায়না কৌদুনা হুৎপগী থবক তৌবা হৌরকই। মসিদগী তৌদ্রি অসি মৈতৈ বাঁশী হায়না খঙনবা হৌরকই।

বাঁশী হুৎপা মতমদ হান্নগী তৌদ্রি হুৎপদগী নিয়ম লৌরগা হেন্না নিয়ম নাইবা মওংদা শেম্বা হৌরকই। বাঁশী অমা হুৎপা মতমদা মাগী পিকপা চাউবা খেন্নবগী মতুং ইন্না অশাংবগী শরুক্তা ফিথুপ অহুম থোক্লা খায়দোকই। ফিথুপ অহুম থোকপগী অহানবগী শরুক্তা মচীন থংবা শরুক্তগী সে: মি: ২ মুক চথরগা চীনকামফম হান্না হুৎকনি। চীনকামফম হান্না হুৎলবা মতুংদা ফিথুপ অহুম থোকপাগী ময়ায়গী শরুক্তগী লৌরগা মখুন তরুক

হৎকনি। মখুনগী মতোন থংবা হায়বদি মখারোমদা চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ৯ মুক খাকহৌগনি। বাঁশীগী স্বরগী অনেম অব্রাংগী পাদমগী মতুং ইন্না মখূনগী লাপ্লবগী চাং লৈগনি। অয়াম্বনা খূৎনা পায়বা থুংবগী মনুংদা হৎকনি। চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ২ মুক লাপ্লগনি অদুগা মরক্তা খরা হেন্না লাপ্লবসু লৈগনি। বাঁশী করিগুম্বা কান্দা পীথ্রাইনা মচীন্দা য়োং তোপ্লা হায়না তোপসু শীজিন্নে। বাঁশীদা খ্বাইদগী চাউবদা সেঃ মিঃ ৮৭ শাংবা লৈ। মরিলগী মতুং ইন্না (দাইমেটর) কোনবা খেন্নগনি। চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ১৩ কোনবা লৈ। থাবগী চাংনা চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ১ দগী ১.৫ ফাওবা থাবা লৈ। খ্বাইদগী পিকপদা সেঃ মিঃ ০.৩ থাবা অসি চৎনৈ। শাংবনা চাউরাক্লা সেঃ মিঃ ১৮ শাংই, কোনবনা সেঃ মিঃ ৪.৫ গুম্বা কোল্লি।

## খোংবগী মওং

তৌথ্রিদি খোংবা মতদা মথক মখা অনীদা খূৎনিংথৌ থাদোকপা য়াদে। মসি নৎত্রবদি মখোন ফজনা থোক্তে। খোংবা হৌগ্রবদি মরক্তা লেপ্লসু য়াদে। চকপা খুনশিংদনা খূৎয়ায়না শীজিন্নে। বাঁশীগী সুরগী অনেম অব্রাং শেম্বদা অয়াম্বনা হিন্দুষ্ঠান্নি সঙ্গীতকী নিয়ম মতুং ইন্না শেম্মী। অনেম অব্রাংগী পাদম শেম্বা মতমদা 'পা-সা-রে-গা-মা-পা-গী 'পা'গী স্বরদা অয়াম্বা পাদম ওনগনি। অনেম্বা, অব্রাংবা, ময়ায় চীনকামফমদগী অনেম অব্রাংগী থাক শেমগনি।

## বাঁশী হৎপদা শীজিন্নবা খূৎলাইশিং

১) য়োংচৈ মখল অহম (মরিল তেংনবা) অচৌবা, মচা, ময়ায়, ২) রেতি, ৩) তেনসারি, ৪) পাইজ, ৫) সোরি, ৬) চেগপ, ৭) ভারতি, ৮) ফিবিকোন, ৯) পায়াগী নাপচৈ, ১০) সেরিস পেপর, ১১) মুক (নম্বর থানবা), ১২) রং (জেব্রা, স্প্রিট অনীনা শেম্বনা রং ওইনা থাগনি) অতৈনা থাবা য়াদে। কংহনবদা ব্রানা থোকই।

অঙনবা মতমদা বাঁশীগী মচু লোকপসি শন্থি লৈবুংদা ফুন্নগা মচু লোক্লরম্মী। মসিগী মচুশিনা তঙাং তঙাং খ্বাইদগী হেন্না ফজবা ব্রাগী মচু ওইনা বাঁশী মচু লোকপদা চৎনরম্মী।

# থাজনবী অমসুং তৌহৈদবা

লমদম অসিগী চৎনবী অমা ওইনা থবক থৌরম খুদিংদা 'থাজনবী' অমসুং 'তৌহৈদবা' হায়বসি য়াম্না মরাং কায়না লৈ। অহলশিংনা থবক থৌরম খুদিংদা মসিগী থাজনবী লৈবনি, তৌহৈদবা লৈবনি হায়বসি অদুম তাকপি। লম অসিগী পুন্সিরোলগা থাদোক্লবা য়াদনা লৈরিবা ঈশৈগা শৈগোন্নবা যন্ত্রশিং অসিদসু থাজনবী অমসুং তৌহৈদবা হায়বসি লৈ।

মৈতৈগী অরিবা খুন অন্দ্রো অমদি ফয়েংদা শীজিন্নরিবা অঙনবা মতমগী পূং লৈত্রিঙৈগী পূংগী মশকনি হায়না লৌনরিবা অন্দ্রোনা খোং ফয়েংনা হোওন হায়না খঙনরিবা পোৎশক অসিসু মখোয়গী অচৌবা থাজনবী লৈ। অন্দ্রোগী খোং অসি লেংথোক লেংশিন, থাংদোক থাংজিন তৌবা য়াদে, নুমিৎ, থা মশক উবা য়াদে হায়বগী থাজনবী লৈ। খোং অসি নিপা নুপীগী মশক ওইনা লৌই। অন্দ্রোগী খোং শুবনা লমতা থাদা পনম নিংথৌ হরাওবদা শুই। হরাওবা মতমদা খুন্দা অতোপ্পা মী অমত্তা চঙবা য়াদে। ফয়েংগীনা কালেন থাগী পানথৎলকপা পূর্নিমা নুমিৎতগী হৌই। হোওন লোয়শঙকোয়বা হায়বা থৌরম অসিদা শুগনি। থৌরম অসি নুমিৎ মঙানিদগী হেনবসু য়াদে, তাবসু য়াদে।

অন্দ্রোগী খোং শুবনা লৈবাক মরা তপ্না পান্নবা, খুল চাকহোঙ ঙাহোঙনবা, তেকপী ওককোন থন্নবা, কাইরৈ য়েনগোন থন্নবা চাদা নাউদা শন্দোক্লবা, নিংথৌ পুন্সি নুংশাংনবা শুবনি। খোং অসি শুবা মতমদা ঈশৈগা লোয়ননা শক্তুনা শুগনি। মসিবু শুগদবা মীওইদি মীশক খল্লি ময়ূম পাল্লবা নিপা ৭/৭ (তরেৎনা) না শুগনি অদুগা খোং অসি শুবগী মরম খঙবা মীওইসু ওইগদবনি। ফয়েংদা শুরিবা হোওন অসিগী পানন্দমদি থকসি খাশি ঙাকপা অমদি চাদা নাউদা শন্দোক্লবনি। খুনসিগী থাজনবীদা ব্রারী অমা লৈ। হোওন অসি নিপা-নুপীগী মশকনি হায়না লৌনৈ। হরাওবা মতমদতা নত্তনা অতৈ মতমদা শীজিন্নবা শোকপা য়াদে।

লৈশেমলকপা মতমদা নিপা অমগা নুপী অমগা লৈরম্মী। মখোয় অনীসি ইমা লৈমরেল শিদবীগী মচানি হায়না থাজনৈ। মমৈথংদা চাদা নাউদা শন্দোক্ল

বগীদমক তাকপীরম্মী। মদুদা মখোয় অনীনা মচীন মৌপ্পা ওইবনিনা য়ারমদে। মমা অমত্তনা পোকপনি করম্মা লৌন-লৈনদুনা চাদা নাউদা শন্দোক্তনি। লাইশিংনা হায়বা ইন্দবগীদমক মখোয়গী চান্ন-থক্লবা অমদি ফিরোলনচিংবা অমত্তা পীদ্রে। মমৈথংদা থাঙবা ঙমলক্রদুনা মচীন মৌপ্পা লৌন-লৈনবা তাথি। মমৈদা মখোয় অনী লৌন-লৈনদুনা চাদা নাউদা শন্দোকখি হায়না থাজনৈ, মীওইবা খুদিংমক অসি মখোয়গী মচা মশু ঙাক্তনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা লৌন-লৈনবগী থবক অসি চারোল শুরোল কন্নানা অমুক হন্না তৌদনবগীদমক ব্রাশক্লবা ওইনা 'লোয়শঙ কোয়বা' হায়রিবা থৌরম অসি মঙানি চনবা অয়োইবা নুমিৎ অসিদা ব্রারী অসি শক্তুনা ব্রাশকনৈ। ব্রাশক্লবগী মওংদি অসিগুম্বা থৌওং অসি অমুকহন্না থোক্তনবা অমদি মসি তৌরবদি কনাগুম্বা মীওইশিং অদু অহলশিংনা হায়নবদা উদা হৈবা মীনা উদা শিবা, ব্রাদা হৈবা মীনা ব্রাদা, থাঙদা হৈনবা মীনা থাঙগী ময়াদা চৎপা ওইয়ু হায়না ব্রাশক্লবনি। লোয়শঙ কোয়ব-গী মনুং অমসুং মপান অনীমক্তী ঈশৈ তোঙাল্লি, শকপগী লোনশু চকপা লোন্দা শকপনি। ঈশৈগী মরোল অমত্তা মায়দে। শুগদবা মীওইসু-ময়ূম পানদ্রিবা নিপাশিংনা শুগনি। হোওন অসি শাবদি খুনগী অহৈবা মীশিংনা শাজবনি। শাবগী উশু খুনগী অনকপা মফমদগী থিরগা শাবনি। হোওন অসি খুন অসিনা হেক হৌদোরকপদগী লৈরকলে হায়না থাজনৈ।

ঙল্লিঙৈ মতমদগী কোনুংগী তানয়ৈবা লোয়শঙনা মতম খঙনবা পুংজা খুদিংগী য়ৈবা পুং, তানয়ৈপুং অসি শেমখিবগী মতমদি লৈনুং লোঞ্জা অরিবগী মতমদগী অতিয়া শিদবগা মালেম লৈরেনহনবী মমাগা চিংঙু খোয়মোম অনীমক্তা চৎন-হৌনরকপদগীনি। মতমসিদগী তিল্লম লাইরম কায়দনা নিংথৌ মরোল খুদিংগী য়ৈদুনা লাকই হায়না থাজনৈ। অসিগুম্বা মতম খঙনবা পুংলোন অসি লেপফদে অমদি কায়নসু য়ৈফদে। পুংলোন অসি কায়না য়ৈরবদি লৈমা নিংথৌ অমসুং লৈবাক মীয়ামগী ওইনা মিহন পুংজা কায়বগা মান্নে হায়না ঙসি ফাওবা অহলশিংনা থাজনরি। মসিদা নত্তনা কোনুংদা থমলিবা তানয়ৈপুং অসি চৎনবী অমা ওইনা মথক্তা থাকল খল্লগা থম্মী।

লমদম অসিগী থাজনবীদা পুং হায়বসি করম্মা ওইরকপগে অমদি করম্মা পুং কৌথিবগে হায়বগী মতাংদা অসুম্মা থাজনৈ। মদুদি পুং হায়বসি মীওইবগী হকচাংগা মরী লৈনহন্নী। পুং হায়বা পোৎশক অসিনা মীওইবগী হকচাংবু ওইহন্নগা শিংলী নাউরীনা মরী ওইহন্নগা, মিহুলগী কাংলোম্না ফাজিন্দুনা মীওইবগী হক্চাং কয়াৎকা

মরী লৈননা পূং অসি পুথোরকখি। মতুংদা মীওইবনা খুন্দা লৈতানা লৈরক্লবা মতমদা ঐখোয়বু শেমবিরিবা শকউদবা য়াম্না শক্তি লৈবা পোৎশক অমা লৈ হায়না থাজনরকই। মখোয়গী মফমদা হৈকৎ লৈকৎ তস্বা হৌরকই । চীং তম অনীমক্তা মাগী মাগী নুংগী চৎনবী চৎন-লোনচৎ লৈঙাকলোয়চিংবগা মরী লৈননা পূংজাউ থমনৈ। পূংজাউশিং অসি খুন খুনগী ‘লোয়শঙ’ শাদুনা থমনৈ। খুনগী লোয়শঙশিং অসি মখোয়গী খুনগী বিচার লোয়শঙনি হায়না লৌনৈ। মসিদা নুপী নহা চঙবা য়াদে হায়না চঙনদে। করিগুম্বা চঙবা তারবসু মনীংথোঙদা খজিক্তং চঙবা য়াহল্লী। পূংজাউশিংসি লাইগী মশকনি হায়না লৌনৈ খুরখুলদদি মরু ওইনা খুন্দা মীওই অমনা হয়ান চীঙ্গিনচিংবা তৌবা মতমদা লোয়শঙদা বিচার তৌগনি। বিচারগী মতুং ইম্না পূংখোংদা পুনবগী ব্রাফম লাক্রবদি অরোইবা বিচারনি। মী অদু শোইদনা শিরগনি হায়বনি। অঙাং নুবীনসু পূং মখাদা লীৎতুনা চৎথ্রবদি শোইদনা শিগনি হায়বগী থাজনবী লৈবনা হৈকৎ লৈকৎ তৌদুনা ইরাৎ থৌনি তৌনৈ। অন্দ্রো খুন্দসু পূংজাউশিং অসি য়াম্না লুনা লৌনৈ। মতম চাদনা শোকলুবা য়াদে। মরু ওইনা অন্দ্রোদদি পূং শিং অসি মবুক্তা ফি য়েৎতুনা য়াম্না লুনা থমনৈ।

পূং তিংবা মতমদা অশোয় অঙাম থোক্তনবা লাইদা খুরুমজবগী মওং অদুম তৌনৈ। নুমিৎ থাবান অফবা য়েংদুনা তিংবসু হৌনৈ। অহানবদা ব্রাংলেন নহা পূংদিংবনা তিংবনি হায়না খুরুমজবসি চৎনৈ। পূং তিংবা লোইরগা ওজাশিংনা ব্রাহ্মন অমদা শান্তি হায়দোকপা য়াওই অদুগা লাইদা খেরনচিংবা কৎনদুনা খুরুম্বসু লৈ। অদুগা য়াম্না চেকশিন্না খোঙনা খূৎনা শোক্কনি হায়দুনা থমনৈ।

তরেনবা যন্ত্র পেনাদসু থাজনবী চাউনা লৈ। পেনা লৈশেমঙৈদগী লোইনরক্লবা শামৈ অনীনা তক্লরগা থোরকপা খোম্থোক্লা মীওইবগী পূকনীং শুমহৎনিংঙাই ওইবা লিরবা লাইশিংনা হৌদোকলম্বা পোৎশক অমনি হায়না থাজনৈ। পেনা অসি লৈমরেল গুরুগী মশকনি, লৈমরেল গুরু অনীনা অহানবা ওক্লবা মফমবু ওকশঙ কৌই। পূকনীং অনীনা লাংনরে লাংশং কৌই। উনিংবা পূকনীং অনী উম্নরে চাম্নরে উচান কৌই। মরেক মহাও থোকই, উচান মরেক কৌই। লাংলম্বা পূকনীং অনীনা পেম্নরে হায়বদগী পেনা কৌখি। অসুম্না লাইশিংনা লৈমরেল গুরুগী পাদম লাকনা পেনা পুথোকখি। পেনা মরুনা লৈমরেলগী মশকনি, পেনা চৈজিংনা গুরুগী মশকনি। অমরোমদা চৈজিংনা নোংথৌ ইপাগী মশকনি, মরুনা মালেম ইমাগী মশক ওইনা লৌনরি।

অঙনবা মতমদা লমদম অসিদা য়েক শলাই কয়া খায়দোক্লুনা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা শলাইশিং অদুগী নিংথৌ অমমম লৈদুনা লৈবাক ব্রায়েন তৌনা পাল্লম্মী। থেঙথরবা মতমদা নিংথৌজা শলাইদা লোইনা পূনশিনখিদুনা ঙসি মৈতৈ হায়দুনা পূম্না লৈরকখি। নিংথৌরোল কয়াগী মতমদগী মৈতৈ কংলাদা লৈবাক্কী থৌদোক ব্রাথোক্তা শীজিন্নবা পুংজাউ লৈরম্মী। পুংশিং অসি অয়াম্বনা খঙনবদা কংলা য়াইবুং নৎত্রগা কংলা লানবুং হায়নসু কৌনৈ। লৈবাক্কী ওইবা থৌদোক অয়াম্বদা য়াইবুং অসি থীল্লি। শা লানগী মতমদা লানবুং হায়না শীজিন্নৈ। মতম অমদা মাগী মাগী শলাইশিংগী ব্রায়েনশঙগী মনুংদা পুংজাউ শীজিন্নবগী মমি ফজনা উবা ফংই। ঙসি ফাওবা চীনবুং ওইনা মোইরাং কংলৈরোলগী ব্রারীদা পেনা শকপা অশৈবশিংনা পুরেম্বনা মচানিপা খম্বা পোকপা মতমদা হরাওমন্দুনা মোইরাংগী কংলা পুংজাউ থীল্লুবদা থোংলেম্না য়েক্লবনা লান্দারক্ল মাল্লে হায়দুনা লানগী শাপোৎ লানপোৎ তৌদুনা লাকপগী ব্রারী শক্লুনা ঙসি ফাওবা লীনরি। মসিদসু নত্তনা হৌজিক হৌজিকমক চকপা খুন অন্দ্রো, লৈত্রাম, সেকমাই, খুরখুলনচিংবদা লৈরিবা পুংজাউশিং অসিনা শাখিনি। অসুম্না মতম অমগী লৈবাক ব্রায়েন পথাপকী লীচৎ অমা কায়দনা চথবা ওইনা খুনশিং অসিদা পুংজাউ অনী অনী লৈ। পুংশিং অসিবু লাইবুং নৎত্রগা খুনবুং হায়না খঙনৈ। অন্দ্রোদদি পানা পুং হায়বা তোঙান্না পুংজাউ অনী অমসু লৈ। অসুম্না মথং মথং চাওখৎলকপনা য়াম্না মওং তাবা যন্ত্র কয়া পুথোক্ল বা হোৎনরকই। খুয়োই তোমপোক্কী মতম খৃ: ১৫৪-২৬৪ দগী তানয়ৈপুংগী লোয়শঙ লিংথৎপদা নত্তনা মওং তানা মরু মনাউ নাইবা পুং তিংবা হৌরকই। মসিদগী মথং মথং শমথরকপনা মৈতৈ পুং পুথোরকখি।

## থাজনবী

পেনানা তাইবঙপান শেমলকপা অমদি চাদা নাউদা শন্দোকপগী মশক অমা তাকলি। পেনানা তেংবানবগী মপু ওইবা লাইনীংথৌ লাইরেম্বী অনীগী শক্তম লৌরগা অনীনা তক্লবদা পুকনীং শুমহৎনবগী থোনথোক ফংবগুম, তেংবানবা অসিদা পি-পা পুন্দ্রবদি তাইবঙ ওইবা য়াদে হায়না লৌনৈ। লাইনীংথৌ য়াওদনা লাইরেম্বী ইমা লৈরগা অমদি লাইরেম্বী ইমা য়াওদনা লাইনীংথৌ মতোমত লৈরগসু তাইবঙদা লৈরিবা থব্রায় পানবশিং অসি শেমলকপা শারকপা য়াদবগুম পি-পা অনীগী মশক উৎপনি। মরম অসিদগী লাইরেম্বীগী শক্তম লৌরিবা পেনা মশা অসিবু য়াম্না মরু ওইবা মরম্না 'মরূ' হায়না মিংথোম্নরি। অসুম্না পেনা শকপা অশৈবশিংনা পেনা

অসিবু য়াম্না মরু ওইবা অমদি ইমা মাবু খুরুমজবা, ব্রাংনা থাংগৎচবা উৎপা ওইনা মমা ওইরিবা পেনা অসিবু 'ইথাদা পম' হায়না শৈথাদুনা শকনৈ।

অহলশিংগী থাজনবীদা পেনা অসি নুমিৎ থা থব্রানমিচাক্কী মশক্কা ওইবগী মওং লৌরগা অশীবনা হায়া শকপা য়ৌই হায়না ফোঙদোকলি। অমুক্কা অসুম্নসু ফোঙদোকলি, তেংবানবগী মপুনা তরং ওইনা লৈরিঙৈ তেংবানবগী মওং লৈত্রিঙৈ, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থব্রানমিচাক, অমম অঙাল খাইদরিঙৈ পূম্নমক লৈত্রিঙৈ মথন্তা ওম্না থোইনা তরং মালং ওইনা সাইওন্দুনা লৈরিঙৈদা তরং অতিংববু ইপুং লোইনবা অপকপা তরং মালংনা ইমা ওইনা হাইনা হুমনা অসুম্না লৈরিঙৈদা মালেম নোংথৌ মনুং ওইননবা শেমগে নিংলকলে।

'হুং' খোম্লোক ইব্রাই ইনিলনা তিংপানবা তাইবংপালবা মথং মথং শেম্লক্লে। কোরৌ নোংমদোন নুংনাং কাউখংনুংদগী মালংবা নুংশিৎ শিদবনা তোকলেন তপ্না হুম্লকপা চীংঙু য়াব্রা নখোনজেল অহানবদা লাংবল খোইমু খোন্দাম্নবনা খোঞ্জেল 'উং' ময়েক থোক্লা মপোক খোইরা য়াল্লকপা। চীংঙু য়াব্রা নখোঞ্জেলনা নমু পোংথেল্লকপা লাইনীংথৌ। অসুম তৌনা মপুসিদবগী য়াব্রা অহানবা খোঞ্জেল ইব্রাই ইনিল অসিনা পেনাগী অহানবা খোম্লোক ওইখিয়ে।

মপু শিদবগী নুংগী ব্রাখলনা ইনুং পূংদা লূপখিদুনা মালেম লৈশাবু ফুককৎ চিংখৎ থাংকৎলকপা মতমদা ইনুং পূংগী সাইওম্না কামপি লাইজ মালংবা চাইনরে। অসুম চাইনরকপনা মথং মথং খোম্লোক ইব্রাই ইনিল ওম্না-ওম্না সাইওল্লক্লে। কোরৌ-নোংথৌনা পেনাগী চৈজিং ওইখরে। মালেমগী শকওংনা মরূ লেপখরে। শরিকনা য়োংশরিক মিহুন ১০৮ গী মওং লাকখরে। 'হৈ' 'হা' খোঞ্জেল থোরকলে। মীওইবনা নিংশা হোল্লিবা খিবিকপু হৈ হা কৌয়ে। 'হৈ' দি নুংশিৎ নুংহুমনে। 'হে' দি লৈপাকনে 'উং'দি ইব্রাই ইনিলনে। থব্রায় মঙা শুপ্পবা খোম্লোক খোঞ্জেলনে লেপনা খঙবিয়ো। লিরি শিৎপবু 'রি' কৌয়ে। লৈয়ে হায়ববু 'রৈ' কৌয়ে। অসিতি মিগা থানা তরুক শুপ্পবা ময়েকনে। উং, হুং, হৈ, হা, হে অসি খিবিক্কা পেনাগী শৈহৌ শৈশক ওইগদবনে। চাক্রিকপদি খুংখোংবা, তাংক্রিকপা, খুংখোংবা, তাংচিংবা মৈ ঈশিং নুংশিৎ অহমক্কী খোঞ্জেল অদুবু শিংলীগী লীতোন খিত্তা হোবদা হায়নরে, পেম্নরে অদুবু পেনা কৌয়ে। অসিবু মপাল থোক্লা তাইবংপান্না খোংবনে। চাক্রিকপদি নুংশিৎনে তাংক্রিকপদি ঈশিংনে, তাংচিংবদি মৈনে। মন্নি লিসাবা ময়াং লাংসাবা হায়বদি শরীকনে। হিংনা চাবা মরম চাম্মা মুম্লগা চাবা মরম চাম্মা হায়বদি খোইরিনে।

অনী তকলো লীতকও তোকত্রিও। অনীমকসে তোকত্রিমখৈ পোকসু পোক্লদবনে শিসু শিগদবনে অদুবু, নুংপু শিনা খাইনবা মখোয়রোই কৌয়ে। থব্রায় পাল্লিবা খিবিকপু চঙনা কায়নদে শিনা কায়নৈয়ে। অসুম্না লমদমসিগী অহলশিংনা 'পেনা'দা থাজবা থম্মী।

মণিপুরদা মৈতৈদা নত্তনা চীংমীশিংগী মনুংদসু পেনাগা মশক মান্নবা যন্ত্র খোংনবা অসি চৎনৈ। তাংখুননা খোংনবা যন্ত্র পেনা 'তিংতৈলা' কৌই। মখোয়গীসু যন্ত্র অসিগী মফমদা থাজজবা ব্রারী কয়ামসু তোপ্পা লৈজে, মতম পূম্নমক্তা খোংনিংই হায়দুনা পঙখোং খোংবসু য়াদে। মৈতৈগী নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎ অদুদগী ওক্টোবর-নবেম্বর থা ফাওবগী মনুংদা রিচুয়েল ওইবদসু অমদি লাইগী থৌরম অমসুং লাইগী থৌরম নত্তবদসু শীজিন্নৈ। মদুগীসু মথক্তা নুপী অঙাংশিংদসু পঙপায় পায়হনদে। তিংতৈলাগী মখোল অসিবু ঈশ্বরনা য়াম্না পেনবী হায়না লৌনৈ।

কবুই (রোংমৈ) শিংগীসু পেনা মানবা খোংনবা যন্ত্র 'লাবূং'গীসু তোঙানবা যন্ত্র অসিগী মতাংদা থাজনবী লৈ। তাইবঙপানববু শেম্বীরব্বা মপু অদুবু বিষ্ণুনি হায়না খঙনৈ। বিষ্ণুগী মচানিপাগী মমিং গাইরমনং কৌই। অসুম্না হায়নৈ, নোংমা বিষ্ণুনা গাইরমনংদা 'পোংলিং শিবূৎ' কৌবা উরু ব্রারুগুম্বা পোৎশক অমদগী লাবূং অসি শারগা খোংনবা পাউতাক পিরম্মী। লাবূংগী নুংশিরবা মখোল তারগা মী, শা, উচেক ব্রায়া পূম্নমক্লা মাবু থোইদোক্লা নুংশিরম্মী। হৌজিক্লা পাখঙশিংনা লৈশা মনাক্তা চৎপদা অমদি বসন্তগী মতমদা লৈ-শুনা নুংশিনা শাৎপা মতমদা পাখংশিংনা লৈশাবীশিংগা লোয়ননা লাবূং খোংদুনা উমং-ব্রামংদা কোয়চৎ চৎমীন্নৈ হায়নৈ। মসিনি কবুইশিংগী লাবূংদা থমজবা নাৎকী থাজনবী।

কোরীথরাউচি অসিসু ঙল্লিঙৈ মতমদা মীশি-মীনা থোক্লবা মতমদা খুনজাশিং অমদি লৈকাই, শাগৈ নাতৈদা পাউ তাকপা মতমদা খোংবত নত্তনা নোংথক্তা ওনখৎলগা লাইশিংদা থাজনবী অমা ওইনা পাউ তাকপদা খোং নবগী চৎনবী লৈরম্মী।

মোইবূং অসিসু ঙল্লিঙৈ মতমদা শা-লানগী মতমদা খোংদুনা শীজিন্নবত নত্তনা নিংথৌশিংনা লমদা সনা খোঙলেঙবা মতমদসু লমইন থৌগন ওইনা খোংই। লমদম অসিগী থাজনবীদা মী অমা মাঙখ্রে হায়না লৌনরবা হায়বদি অঙাংবু ওইরবসু অহলবু ওইরবসু হেলোই নৎত্রগা লাইনা চেনখ্রে হায়না থাজনবা মতমদা মোইবূং অসি খোংদুনা থিবগী চৎনবী লৈরম্মী। হৌজিকসু করিগুম্বা মতমদা অদুম শীজিন্নবা

উই। মসিনা তাকপদি মোইবুং অসিগী মখোল্লা লাই ফত্তবা ফাওবা তানথোকপা ঙম্বগী মগুন লৈ হায়না থাজনকরই।

করতাল মন্দিলাদা থমলিবা থাজনবী অসিসু লমদম অসিগী বৈষ্ণবকী রাখললোনবু থাজজবা মীওইশিংগী থম্মোয়দা চেৎনা লৈজবা অমনি। বৈষ্ণবকী প্রভাবাতা লূপখিদুনা কলিযুগত হরি মাগী মিংলেন শোনবা, নাম সংকীর্ত্তননা অথোইবনি হায়না লৌনৈ। নাম সংকীর্ত্তন নত্তনা কলিযুগতা ইবুংঙো মাগী খুয়া ফংনবগী লম্বী লৈত্তে, মরম অসিনা যন্ত্রশিং অসিদা কৃষ্ণ অমদি রাধাগী ভাবতা পুশিল্লকই। করতাল অমদি মন্দিলা য়ৈরিবসি ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী উন্নবগী মশকনি হায়না বৈষ্ণবশিংনা লৌনৈ। ইবেম্মা রাধানা মপোক কয়াদা শ্রীকৃষ্ণ মাবুত নীংজবগী মহে ওইনা কলিযুগতা নাম সংকীর্ত্তন তৌদুনা ইবুংঙো মাবু ফংজরবনি। মন্দিলাগী মরী অসি ইবেম্মা রাধাগী শমলাংনি হায়না অসিগুম্বা, ভক্তিদা লূপপ্রবা অহলশিংনা থাজনৈ। মরম অদুনা কলিযুগতা ইবুংঙো মাবু ফংজগে হায়রবদি নাম সংকীর্ত্তননা অথোইবনি, ইবুংঙো মাগী মিংলেনতনা অরান খুভম ফংগনি হায়বসি অয়ৌবী থাজনবীনি। লমদম অসিগী নাম সংকীর্ত্তন শকপা ওজা গুরুশিংনা যন্ত্র অসিবু য়াম্না থাক ৱাংনা চেকশিন্না থনজ্জে।

# ব্রারোইশিন

## মণিপুরী ঈশৈগী যন্ত্রশিংগী সমস্যা অমসুং তুংগী আশা

ব্রারোইশিন ওইনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া শীনবা থুংনা শীজিন্নরিবা যন্ত্রশিং অসি লমদম অসিগী সংস্কৃতিদা অচৌবা থৌদাং লৌরি হায়বসি হায়মনবা থোকলোই। হায়রিবা যন্ত্রশিং অসিবু য়োকখৎপা অমদি চাওখৎহনবা হায়বসি অচৌবা কান্নবা অমা ওইগনি। মসিদা য়াম্না লূরিবদি যন্ত্রশিং অসি কনানা য়োকখৎকদকে অমদি করম্না চাওখৎহনগদগে হায়বসিনি। যন্ত্রশিং অসিদা য়াম্না তুং কোইনা শীজিন্নবা য়াবা মওঙদা শাবা য়াবা অমদি য়াদবা হায়না অনী থোক্লা য়েংবা য়াই। চীংগী লমশিংদা শীজিন্নবগা তম্পাক লমশিংদা শীজিন্নবগা অনী অসি য়াম্না থেন্নৈ। চীংগী লমশিংদা শীজিন্নরিবা যন্ত্রশিংদি অয়াম্বনা য়াম্না তুং কোইনা শীজিন্নবা য়াবগী মওংদা শানদে। তম্পাক লমগী যন্ত্রশিংদি খরা তুং কোইনা শীজিন্নবা য়াবা মওংদা শান্নৈ। অনৌবা লাইনীং লম্বী লৌরবা মতুংদা হান্না শীজিন্নরম্বা চীংগী যন্ত্রশিং শীজিন্নবগী মফম লৈরকতবনা মরম ওইদুনা হৌজিক লোইনা মুৎশিল্লকপ য়াবগী অকিবা লৈরে। কাংলূপকী ইরাংনা মরম ওইদুনা হরাও কুম্মৈদসু থোইনা খোয়জংনদ্রে, মসিগী মথক্তা যন্ত্রশিং অসিবু পামজবা অমদি পামজনা য়োকখৎনীংবা মাগী মাগী কাংলূপকী মশক মাঙহন্দনা থমনীংবা অহল কয়া লৈশিল্লক্রে। অরিবা যন্ত্রশিং অসি শীজিন্নবা মতমদা অনৌবা মীরোল্লনা চাওখৎপা ব্রাৎলি হায়না খনবগী মওং লৈরে। শুপ্নগী অথন্নবা থৌরমদা মতৌ তমদুনা মওং মান্ননবা হোৎনবা মঙাইরে। হৌজিক্কী অনৌবা য়াওলদা লূপ্তুনা ঐগী ঐগী ইনাৎকী চৎনা লোনচৎ ফাওবা কাউনরে। মতম অমদদি যন্ত্রশিং অসিনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা জাতিগী ইজ্জৎ ঙাকলম্মী হায়বা ফাওবা কাউনখ্রবনি।

চীংগী লমদা শীজিন্নবা যন্ত্রশিং অসি ইচম চম্বা ব্রানা অমদি য়েংদৌনা হেক্তা শাজিনবা ওইরবসু মখোয় মখোয়গী মনাৎকী ওইনদি য়াম্না চান্ন-চূনবা কাউঙমদ্রবা যন্ত্র অমদি অদুম ওইরি। শম্না হায়রবদা 'লেমহলৈ' হায়রিবা যন্ত্র অসি ইচম চম্বা ব্রাচেৎনা ইৎলগা লং ভিংলগা মসিদা খূৎনা খৎলগা ইচম চম্বা মখোন থোকহনবনি।

ইচম চম্বা যন্ত্র অসিদা কাউগুমল্লবা থৌদোক কয়া গুসি ফাওবা লোয়নদুনা চৎলিবনি হায়বসি নীংশিংনল্রে। অসিগুম্বা য়েংবদদি করিসু লৈত্তনা উরিবা যন্ত্রশিং অসিগী থৌদাংদি অসুক্কী মতীক চাউই হায়বসি ঐখোয়না যন্ত্রশিং অসিগী মশক মওং অমদি চন্নফম নৈনরুরগা অদুম খঙবা গুম্মী। মরম অসিনা হায়রিবা চীংগী লমশিংদা শীজিন্নরিবা যন্ত্রশিংনা মাগী মাগী অপিকপা কাংলুপকী মশক তাকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরবনিনা যন্ত্রশিং অসি তুং কোইনা লৈবা য়াবা মওংদা শেমদুনা কনফম থোকই। সরকারগী মাইকৈদগীসু মরী লৈনবা লোয়শঙনা মীৎয়েং চংবীদুনা যন্ত্রশিং অসি কনফম থোকই। মসিদসু নত্তনা মাগী মাগী কাংলুপকী নহারোলশিংগীসু অচৌবা থৌদাং লৈ। মসি নৎত্রবদি চীংগী লমশিংদা শীজিন্নরিবা যন্ত্র অয়াম্বা মুৎশিনখ্রগনি হায়বগী অকিবা লৈরে।

তম্পাক লমগী ওইনসু যন্ত্রশিং অসিনা লমদম অসিগী হৌরকফম তাকপদা নত্তনা ইনাৎকী ওইবা থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌবা যন্ত্র কয়ানি। অদুবু যন্ত্রশিং অসি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অহোংবা লাকপনা হান্না লৈজরম্বা মীৎয়েংদগী য়াম্না থাপ্পা লৈরকলি। মতম অমগী অরিবা যন্ত্র খোং হৌজিক্তি অখঙবা খরদনা খঙবগী ব্রানি মতম খরগী মতুংদা মীরোল খরা চথপ্রবদি কাউরকপা য়াবগী অকিবা লৈরবনি। লমদম অসিগী খ্বাইদগী মরুওইনা পোকপা, শিবা অমদি মৈহৌরোলদগী লৈরকলবা লাই হরাওবগী থৌরমদা শীজিন্নরিবা পেনা যন্ত্র অসিগী মহৎতা ভাইওলিননা শিনবগী মওং লাকলে। মসিদসু নত্তনা মপালগী ইথিল, মরু ওইনা নোংচুপলোমগী অকনবা সুর অমসুং শাথেকশিং ইনাৎকী ওইবা জগোই ঈশৈগী অমসুং লাই হরাওবগী থৌরমশিংদা অকনবা শাফু পিরকলি। বেণ্ড পার্টিগী সুর অমসুং তাল চানবা হোৎনবদা লাইবৌ জগোইদা ডিস্কো দালকী খোঙথাঙ হাপচিল্লকপা থিংহৌবা ফৈ। ত্রেনীং নীংথিনা ফংদবা (লীলাগী নুপী শাবীগুম্বনা ওইরকপা) মাইবীনচিংবা লাই হরাওবা জগোইদা য়াওহনবা চুমদে। হোজিক্কী মতমগী (অধুনিক) ঈশৈ শকপশিং খরনা গুর চুমদবা খুৎলং ঈশৈ অমদি খুনুং ঈশৈগী অচম্বা সু র শেমদোক্লুনা শক্লুরকপা অসিনা মমাঙঙৈগী ইনাৎকী যন্ত্রশিং অসিবু তোপ্পা থৈদোক্লগা মপালগী যন্ত্রশিংবু ফোক ম্যুজিক্তা য়ানশিল্লক্লবা হোৎনরকপা অসিসু কদাই ফাওবা অরাল-অহই য়াওরক্লদগে হায়বদু য়েংহৌবা ফরে। লাই হরাওবদা মতম অমদদি তৌদ্রি, পেনা, লাংতৈপুংনা তৌরম্বদু হৌজিক্তি খোন, শাইদ্রম অমদি ক্লানিয়োৎনা মহুৎ শিনখ্রে। হায়রিবা যন্ত্রশিং অসিবু য়োকখৎপা হায়বসি হৌজিক্কী নহারোলশিংনসু অচৌবা শিনফম অমা ওইনা তম্বদা ইকাই অমদি মোইবুং খোংবা অসিসু শিনফম অমা ওইনা তম্বদা ইকাইনিংঙাইগী

য়া লৈতে। মসিবু হন্থবা থাক্কীনি হায়না খল্লবদি কলা অসি মুৎপদা অচৌবা মতেং ওইগনি। মরম অদুনা হায়া লৈরম্বা অহলশিংনসু থয়ায় য়াওনা হোৎনদুনা অনৌবা মীয়োলদা থৌনা অমদি আশা পিক্কম থোকই। অসুম্না লমদম অসিগী যন্ত্রশিং অসি কনবদা অচৌবা থৌদাং লৌফম থোকই।

হৌজিক্কী মতমদা মপালগী লমদগী মরু ওইনা নোংচুপলোমগী অথীনবা, অয়েবা, অরাঙবা, অখোংবা যন্ত্রশিং- ড্রমসেট, গিটার, ভাইওলিন, সেক্সাফোন, ওর্গান, পিয়ানো, একোর্দিয়ান অমসুং মণিপুরগী বেণ্ড পার্টিশিংনা শীজিন্নরিবা বেগ পাইপ, ত্রমপেট, বেজুল, (ব্যুগল) অসিনচিংবশিং অসিনা ঐখোয়গী লমদম অসিদা কীর্ত্তন, সংকীর্ত্তননচিংবদা নত্তনা লাই হরাওবনচিংবগী মৈহৌরোলগী হরাও কুম্মৈশিংগী শৈশক্তা ফম্বা চনবদগী হীগ্না চল্লখ্রে। শউন শাবু অমগী লম্না লৈবাক তথাই অমা কনখিবগুম যন্ত্রশিং অসিসু কয়ম্বা মীয়োলদা ঐখোয়গী লমগী অশুপ্পা ওইখিগদবনো হায়বদুদি খণ্ডত্রিবা মতমগী য়াহং ওইরি অদুবু য়াম্না নক্না থাজবা লৈরবনি। মরম অসিনা হায়া লৈরম্বা যন্ত্রশিং অসিগী মশক মওঙ মাঙদনবগীদমক ঈশিংনা ঈশিং শঙ্গোমনা শঙ্গোম হায়দুনা ঐখোয়গী অশেংবা পোৎকা মপালদগী চঙলকপা যন্ত্রশিংগা অনী অসিসু নাখৈ অমা শেংনা থম্বা য়ায়বগীসু মাগী মাগী মফম তোঙালহন্দুনা নাখৈ শেংনা থমহৌবা অমা চণ্ডই। মসি নৎত্রবদি খুদিংমক য়ানশিন্নখিদুনা কনানা কনানো হায়বদা খনদোকপা য়াবগী তাংকক অমা পোয়দনা লাক্লগনি।

*****

**মতেং লৌজখিবা লাইরিক অমসুং তাময়খিবা মীওইশিং ঃ**


১। এন. খেলচন্দ্র, এল ইবুংঙোহলসিং (সম্পাঃ), *চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল,* ১৯৮৯।

২। ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পাঃ), *নুমিৎ কাপ্পা, ইম্ফাল,* ১৯৭৭।

৩। এম. চন্দ্র সিংহ (সম্পাঃ), *পাম্মোইবী খোঙ্গুল,* ইম্ফাল, ১৯৭২।

৪। এন. খেলচন্দ্র (সম্পাঃ), *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা,* ইম্ফাল, ১৯৬৭।

৫। এল. চন্দ্র সিংহ (সম্পাঃ), *পোইরৈতোন খুন্থোক,* ইম্ফাল,১৯৭৯।

৬। কে.ঐচ. চন্দ্রশেখর (সম্পাঃ), *লোইয়ুম্বা শিলয়েন,* ইম্ফাল।

৭। ও. ভোগেশ্বর (সম্পাঃ), *নিংথৌরোল লম্বুবা,* ইম্ফাল, ১৯৬৭।

৮। এন.জি. কুলচন্দ্র, *মৈতৈ লাই হরাওবা,* ইম্ফাল, ১৯৬৩।

৯। য়েংখোইবা ভাগ্য (সম্পাঃ), *লৈথক লৈখারোল,* ইম্ফাল, ১৯৫৭।

১০। সরাংথেম বরমনি সিংহ (সম্পাঃ), *মৈতৈ নিংথৌরোল,* (শেমদোক চাউথোক্লবা খূৎনম), ইম্ফাল, ২০০০।

১১। সরাংথেম বরমনি, *মোইরাং শাইওন,* (অহুমশুবা শরুক) ইম্ফাল, ২০০৩।

১২। ৱাই, লুখোই সিংহ (সম্পাঃ) *লাই হরাওবা,* ইম্ফাল, ১৯৮৯।

১৩। এন. কুলচন্দ্র সিংহ (সম্পাঃ), *চকপালোন্ খুন্দাবা,* পন্দিত লোয়শঙ, ইম্ফাল, ১৯৯৩।

১৪। ডাঃ পি. গুনিন্দ্রো, *মণিপুরী কলচরদা মীৎয়েং অমা,* ইম্ফাল, ২০০০।

১৫। এম, চন্দ্র সিংহ (পন্দিত অচৌবা), *চকপরোল,* চকপা ফয়েং, ১৯৭২।

১৬। আর. কে. অচৌবীসনা (সম্পাঃ), *পেনা অনোই,* (মণিপুর ইষ্টেট পেনা অশৈবা লোয়শঙ) ইম্ফাল, ১৯৯৭।

১৭। এল. চাউভল সিংহ, *চোলোম,* ইম্ফাল, ২০০২।

১৮। এলাম, ইন্দিরা, *লাই হরাউবগী অনোই ৱারোল,* ইম্ফাল, ২০০১।

১৯। এলাম, ইন্দিরা, *লাই হরাওবগী ৱাখল্লোল পরীং,* ইম্ফাল, ১৯৯৭।

২০। ডাঃ ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ (সম্পাঃ), ফোকলোর বিজ্ঞান (অহানবা শরুক) অনীশুবা শেমদোক্লবা অমদি চাউথোকহল্লবা খূৎনম, ইম্ফাল, ২০০১।

২১। অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা (সম্পাঃ), *মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তন বিচার* (অনীশুবা শরুক), ইম্ফাল, ২০০২।

২২। কোনসম মনিকচান্দ সিংহ (সম্পাঃ) *শঙ পান্নবগী মশিল,* ইম্ফাল, ১৯৯৭।

২৩। অসেম ইবোমচা অশৈবা (সম্পাঃ) লোইশঙবী থৌরম থৌগন, ইম্ফাল, ১৯৯৭।

চেক্লোঙ ঃ

১। ও. ভোগেশ্বর সিংহ, *পেনাগী হৌরকফম*, সাহিত্য, ২০ শুবা মশীং, ভোল্যুম ৮, আগষ্ট, ১৯৭৫, লাঃ ১০।

২। ডাঃ এম. মণিমোহন, *মণিপুরদা মীশিং হেনগৎলকপা*, ৪২ শুবা চাক্লাম খোঙচৎ, ৪২ শুবা মশীং, ২০০৭, লাঃ ২৩।

৩। ডাঃ চিরোম রাজকেতন, *অন্দ্রোগী মহৌশাদগী লৈরকপা লৈঙাক পথাপ*, সাহিত্য লৈচল, ২৯ শুবশীং ভোল্যুম ১০, ইম্ফাল, মণিপুর লিটরেরি সোসাইটি, আগষ্ট, ২০০৩, লাঃ ১৬।

২৪। N. Khelchandra Singh, ed; *Manipuri to Manipuri and English Dictionary*, Imphal, 2004.

২৫। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, *অরিবা মণিপুরী লোনগৈ*, ইম্ফাল, ১৯৭৮

২৬। Shimray R.R., *Origin and Culture of Naga*.

২৭। Deva, B.C., ed; *Musical Instruments*, Delhi, National Book Trust, 1997

২৮। Hagins, J.C., *Notes on Meithei (Manipuri) Beliefs and customs*.

২৯। Hodson, T.C. *The Meitheis*, London, 1908.

৩০। Wides Jim, and Ginger Summit, *Making Gourd Musical Instrument*, California, U.S.A., 1999.

মতেং লৌজখিবা লাইরিক ঃ

৩১। Bahadur Mutua, *Cane and Bamboo Crafts of Manipur*, Mutua Museum, Imphal, 1994

৩২। Laimayum Bishwanath Sharma, *Guide Book, Mutua Museum Cultural Heritage Complex*, Mutua Museum, Imphal, 2006

তামজখিবা মীওইশিং ঃ

১। মঙলেম মৈতৈ, চহী ৪৫, লম্বু, সেকমাই।

২। লাইশাংবম লোকেন সিংহ, ৪৯, খুলাকপা, সেকমাই।

৩। তোম্বা মঙাং, ৬০, ভিলেজ সেক্রেটরী, লৈশ্রাম।

৪। ডাঃ সান্তনি দেবী, ৩৫, খুরখুল।

৫। ইঃ চাউবী, ৫০, খুনুং ঈশৈ শকপী, অন্দ্রো।

৬। চন্দ্রসিং, ৫০, খুলাকপা, অন্দ্রো।

৭। অঙোম চাউবা, ৫৬, খুলাকপা, ফয়েং।

৮। মুতুবা বহাদুর, ৬৫ ডিরেক্টর মুতুবা ম্যুজিয়ম?
৯। লাইশ্রম বিরেন্দ্রকুমার, ৭২, ম্যুজিকোলোজিষ্ট।
১০। লৈমপোকপম সুবোন, ৬২, পুং য়েবা (যন্ত্রশিংগী মরমদা খঙবা)
১১। হুইরেম মেম্মা দেবী, ৪৫, মাইবী, পাৎশোই।
১২। ফুরিতশাবম শ্যাম সিংহ, খুলাকপা, খুরখুল।
১৩। ডাঃ মৈকাম থোইবা সিংহ, ৪২, Guest Lect, Dance Dept. MU.
১৪। হিদংময়ূম লালকাহ্নাই শর্ম্মা, ৬৪, বাঁশী খোংবা, বাঁশী শাবা, নম্বোল মখা লৈকাই।
১৫। নিংথৌজম নবদ্বিপ, ৫৮, পুং তিংবা, কাকৈথেল ময়ায়কোইবী।
১৬। Village Chief, Tamenglong.
১৭। Siarlow Rongeisan, 52, Village Chairman, Chandel
১৮। ডাঃ পাওনম গুনিন্দ্রো, Asst. Prof. M. Dept.
১৯। কম্পু গাংতে, ৬২, H.T.C. Ex. Chairman, Moreh
২০। Village Chief থিবা (খুনগী নিংথৌ)।
২১। খুনগী ওজা থিবা।
২২। ডাঃ এলঃ কেঃ কুমার, নম্বোল ফোইজিং।



লমদম অসিদা তোঙান-তোঙাননা চঙলকখিবা মীওই কাংলূপশিং অমদি ধৰ্ম্মগী শাফুশিংগী মতুংইন্না ঈশৈগী যন্ত্ৰশিং অসিদসু অহোংবা কয়া লাকপগা লোয়ননা চাওখৎলকখি অমদি মশীংসু য়ামখৎলকখি। লমদম অসিগী খ্বাইদগী লিরবা উপূম অমগী মবুক্তা শাংনা কোৎথোক্তুনা শেল্লগা মপান্দা শুরগা মখোন থোকহনবা যন্ত্ৰ, অন্দ্ৰোনা "খোং", ফয়েংনা "হোওন" হায়রগা খঙনবা যন্ত্ৰ অসি উ মপূমদগী কোৎথোক্লগা মমায়না শউন তিংলগা শীজিন্নবা পূং লৈত্ৰিঙৈগী মমাঙদা লৈরম্বা যন্ত্ৰ অমা ওইরমগনি হায়না লৌনৈ।